

# KHONGCHAT

*a travel memoir by:*

**Thokchom Manihar (Sonney) Sinha**

*Published in arrangement with:*
SANATHONG
Madhu Bhavan
Jana Neta Irabat Road, Keishampat,
P.O. Box No. 87
Imphal - 795001, Manipur (India).

| | | |
|---|---|---|
| *First impression* | : | **August 1999** |
| *Second revised impression* | : | **August 2003** |

*Price:* **Rs. 80/-**

***Printed in arrangement with:***
**SANATHONG**
**Jana Neta Irabat Road, Keishampat,**
**Imphal - 795001, Manipur (India)**

গোবিলা কৌবা শা'দু ঈবোইবা হৈতে। ঈশিংদা কূমথবা কি। অথেনবা পাৎ-কোমদগী খুজোক্লা শোক্লগা ঈশিংদি মথকই। মুন্না খল্লুবগা ঐসু গোবিলা অমনি। সাহিত্যগী সমুদ্রদা ঈবোইবদি হৈতে অদুবু খৌবাংবদি লৈ।

অদুনা ঐগী 'খোঙ্চৎ' মপান নাইদ্রবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈপাক্তা.....।

## থাগৎচবা

অমসুং

## ঙাকপীনবা হায়জবা

তশেংনমক্তি লাইরিক অসি পুন্সী ৱাবী নত্তে, লমকোয় ৱারীসু নত্তে, ইতিহাসসু নত্তে। অচুম-অরাল অনীমক ইপূন-পূল্লবা কাবক-কাবক্কী লাইবিক্লি। কবিগুম্বদা অখঙ-অহে শাবা মানবা মওং-মতৌগী খুৎইগুম্বা থেংনবীববদি পাবীরিবশিংনা ইরাল অদুগীদমক ঙাকপীনবা হায়জরি।

মণিপুর (ইন্ডিয়া) দগী নুংশিরবা মৰূপ আর কে বিদুর, সনথোঙ্গী ইনাও মণীন্দ্র কোন্সম, লৌবেম্বম চনু ভারতী অমসুং মাগী মনাও বিদ্যুৎপর্ণা (নোমীতা) অমদি কানাডাদগী মৈতৈ জগোইগী কলাকার পেবম শান্তিবলা দেবী, ময়াম অসিনা ঐগী না-পু তাদবা ময়াং লৈবাক্কী মৈতৈলোল অমসুং বানানশিংবু শেমদোক চুমথোকপীবগী চাউরবা থৌদাং লৌবীখি। মখোয়গী মফমদা চাউরবা লমন তোশিঞ্জরে।

খুৎই অসিবু লাইরিক ওইনা ফোঙবা তারগদি মাগী মিং হাপ্লক্তনবা কনাগুম্বা অমনা ঐবু ৱাশকহনখিবা অমখকসু লৈখি। অদুবু ৱাশক অদু ঙাকচবা ঙমজদ্রে। ঙাকপীগনি।

**শোণী**

মোন্ট্রিয়াল

এপ্রিল, ১৯৯৯।

*Think where man's glory begins and ends*

*And say my glory was I had such friends*

- W. B Yeats

ঐবু খুৎ শন্নদুনা য়ুরোপ-এসিযাগী লৈবক খুঙ্গং সহর শীনবা থুংনা পুবিখিবী, শেল-থুমতা নত্তনা অৱা-অনাগী মতাঙ কয়াদসু থৱায়-হকচাং য়াওনা মতেঙ পাংবিখিবী থমোয় চাউবী জাপানিজ চনু হারুয়ো নকাজৱাগী (Haruyo Nakazawa) মফমদা . . . . .

NAKA ZAWA HARU YO

中澤春代 Kanji

なかざわ はるよ Hiragana

ナカザワ ハルヨ Katakana

স্মৃতি ওইনা থমলম্মী...

মশামক্কী খুৎইনা জাপানিজ লোলগী কাঞ্জি, হিরাগনা, কাতাকানা ময়েক্লা ইরম্বা মহাক্কী নুংশিববী কোলোই সিংলেন।

Travel is glamorous only in retrospect.

*- Paul Theroux*

**১৯৭৬ মে।**

হৌখ্রবা মতমগী ৱানি।

লন্ডনদগী থা অনীগী য়ুরো-রেল পাস লৈরগা, অহুন্নকশুবা য়ুরোপ মহাদেশ কোয়বা খোঙচৎতা মিলানগী এফ এস সেন্ত্রেল ট্রেন স্টেশন য়ৌবকপদা নুমিদাংগী পূং তরেৎ তারে। ঐনা ফ্রাঙ্কফুর্ট তম্না চৎকদবা ট্রেনদি পূং মাপলদনি। পূং অনীরোম ৱাৎলিবদুদা স্টেশনগী খা ওইবপ্পা লৈবা পীরেল্লি বিল্ডিংগী অচিকপা বার অমদা বিয়াব থক্লি। মসিগী মমাঙদা ঐহাক মিলান সহরগী ময়োলনি হায়না খঙনবা দুযোমো (Duomo) কেথিড্রেলগী লম্পাক্তা দোলোরিজ কোলাম্বোদগী বিদাই লৌখি। মদুনা মা-ঐগী অরোয়বা মীৎকুপনি হায়বসু যাই। চিনবানথোঙগী ওইনদি থোইদোকপা ৱারী লৈখিদে। অদুবু থমোযনুংদা কায়নবগী মৈশাদুমদি অদুম ফংখি।

খৃ ১৩৮৬তগী চহী ৫০০ চংনা শাগৎখিবা কেথিড্রেল অসিগী ইতিহাসতা ঐখোয় অনীগী ৱারীদি লৈফম থোক্তে হায়ববু, লম্পাক অসিদা নীংঙমদ্রবা থমোয় অনীগী ফৃইনা হোন্নখিবা নুংশাস্বরগী মনিলদুমদি লৈখিব্রা খল্লি।

মে থা, য়ুরোপকি ওইনদি বসন্ত লোইরমদাই মতাঙনি। ওলাংথা চংলকপগী খুদমসু উৎলক্লে। মায়কৈ মায়কৈদা উপাল-ৱাপাল পূম্নমক হৈ-লৈনা মতোল লোম্বা হৌরক্লে। লিরি-লিরি শিৎপা নুংশিত্তা অশংবা মনা-মশিংগী মনমসু ফাউরক্লে। ঋতু অনী তাইনবা মতাঙসিদগী হৌরদুনা ওলাংথা লোইদ্রিফাওবা নুমিৎসু থেঙনা তাবা হৌরগনি। তশেংনমক য়াম্না নীংথিবা ঋতুনি। অদুগীসু মথক্তা ময়াম্না হায়নৈ,শারিবা নুংশা-মৈশাসিদি ওলাংথা মাঙজৌননা লাক্লেদনা। ওলাংথাবু ওইরবদি য়ুরোপতা হরাউ কুম্মৈগী মেলানি। অদুবু মেলাদি লাইরদুনা ঐঙোনদদি হরাউ-নুঙাইবগী কুম্মৈ পূম্নমক কপনীংনা থোকই।

দোলোরিজদগী বিদাই লৌরবা মতৃংদা ঐসু তপ্ন-তপ্না ঐগী মল্লবা রুকস্যাক অদু নংগনদা পোশিল্লগা দুয়োমোদগী স্টেশন তম্না থোরকই। চৎলমদায়দা ওইররোইদবনি খন্ন-খন্না হায়বদি হায়রম্মী - ‘আরিবেদার্চি’- অমুক হন্না উনসিকো!

ইটালিদা বিয়ার ঈশিংদগীসু হোঙনা ফংই। মখোয়না বিরা কৌই। ঙসি মদু ঐনা য়াম্না থকনীংনা থক্লুবসু নত্তে, ট্রেন ঙাইবগীসু নত্তে, তশেংনমক্তি ঙাইহাক মমাঙদা অরোয়বা ওইনা থেংনখিবী দোলোরিজবু ঐগী থমোয়সিদগী কাউথোকপা ঙম্লবা হোৎনজরুবতনি। অমুকসু , লাইবক থীবা হায়গদ্রা, লৈনৃংদা চেনবা মেট্রো ট্রেন তোংলদুনা স্টেশন তম্না লাকপা মতমদা ফুরিৎখাউসু চপ্পীখি। শেলবুদি য়ামদে অদুবু লু কোকপদা লেন তাবা হায়বদু থোক্লে। হঞ্জিন-হঞ্জিন বিয়ার কয়া অমা থক্লুবসু থমোয়গী পেনদবা অমদি দোলোরিজগা কায়নবগী দৃশ্যদু খক কাউথোকপা ঙমখিদে। মীৎ উইশিল্লবসু মীৎতা শং-শংনা উই- দুয়োমোগী মথক্তা খিল্লিবা লাই লীশিং অহুম শীনবা থুংনা ফাউরকপা সনা অহীংবা মচুগী নুংশা মঙালদা মপি তৈথোক্লগা লেপ্তুনা লৈহৌবদু।

ঐনা খঙজবা অমা লৈ, নুংশি-নুঙোলগী ৱাখল খনবসি খোই মহুম থুগায়প্ত্রগা খোইনা চিক্ল-চিক্লা চৈনাখোলগা লোয়ননা খোইহি থিবগুন্নবনি। ঐসু ঙসিদি অচিকপা বার (য়ুশঙ) অসিদা চী ক্লা খোইহি থিবি। অমুকসু খল্লি, খোইহি থিবগী মহুত্তা ইন্ডিয়ান ফিলোসোফব চার্বাগকী, চা-থক্কুনা নুঙাইথোকউ হাযবা ৱাঙুলোন অদুনা চুমগদ্রা!

খা থংবা ইটালিগী অপীকপা সহব ভেনিসকি লিডো কৌবা ঈথৎমচা অমদা ঙসিদগী নুমিৎ কুননিমুক্কি মমাঙদা মা-ঐ অহানবা ওইনা উনখি। সানমার্কোদগী বিযাল্টো ব্রিজ লাল্লগা লিডো তম্না চৎলি। ভেনিসতা খোঙনা চৎপা নত্রগা হি গুম্বা গোনদোলা অমদি মোটরবোট তোংবা নত্তুনা চৎথোক চৎশিনগী অতৈ লম্বী থোইদোকপা লৈতে। লম্বী হায়ববু গ্র্যান্ড-কেনেলগা শিংলিগুম্না শম্নরিবা খোংলম চনীরোম অদুনি। অদ্রিয়াটিক্কী শংবান্নবা মচুগী ঈশিংনা পূমকোয়-কোয়শিল্লবা ভেনিস সহব য়েংবদা পুক্লীং হুনিঙাই মশক্লি। নীংথিরবা লাইজথক্তা লুপ্লি-লুপ্লি শাৎচবা থরোগা পাংখক্লি। মথক্তগী য়েংবদদি মঙানি পানবা থাজ মাল্লি। মফম অসিদনি ঈশিং মনূংদগী নূংনা পল খাগৎলগা শাগৎখিবা য়ূম কয়া অমগী মনূংদা মার্কোপোলোগী ময়ূমসু ইতিহাসকি' শাক্ষি-গোপাল ওইনা লৈরিবা। অসিদা নত্তে খৃষ্টান সাধু সানমার্কোবু নীংশিংবা ওইনা শাখিবা নীংথিরবা বেসিলিকা অমসুং অকাদেমিয়া ম্যুজিয়মদা টিটিযন, মাইকেল এঞ্জেলোগী চিত্রকলা, ভিভালদিগী ভায়োলিনগী সুবনা ভেনিস সহববু লৈতেংলি।

ভেনিসত্তগী লিডো থোইনা থাপ্পা লম নত্তে। ঐদি 'সুম কোয়বা ওইনা লিডো তম্না খোঙশাল্লকপনি। য়ুরোপকি ওইনা ওলাংথা হেক হৌবকপগা নুমিৎকি মঙাল ফংবদা নুংশা য়াইনবগীদমক সমুদ্র খোংবানসে মীনা ফিঙৌ ফৌই। নিংথম থাগী ঈংখ্রবা মতমদা ইমূংদা ফুমজিনদুনা লৈরম্বদগী কাব্রং তিনগুম্না মহুমদগী নুংশা মঙাল থিবকপগুম্মী। মফম অসিগী নুংশাদি ইম্ফালগী ঈংলবা নিংথমথাদা থোকপা নুংশাগুম্না মেঙই। তাঙনসু থোকপা নুংশানি। মবম অদুনা মফমসিগী মীওইশিংনা নুংশা

মঙালদুত্তবু ফংনবা কোয়তান তাম্নে। তত্তনা নুংশা মঙাল ফংবা অবাপ্পা লমদমদা হোলিডে কোযবা চৎপা ঙমজদবা মীওইশিংনা বাজাবদগী সন্তান্ মোলোম তৈবগা পাম্মুনা ফংজবা নুংশা মঙালদা কুচু লাংশিন্নবা হোৎনজে। লাংশিনবা কুচু অসি শক ফজে হাযবতা নত্তনা কে-মৌবা হৈবা অচৌ-অশাংগী ভাব অমসু চেল্লি। মতৌশিংদো উবগা নুংশিবা পোকই। খল্লি, নুংশানা কাহৎলবা ঐখোযগী কুচু অসে মখোযনা কযাদা পামজবমগদবা !

লিডোসিদা থৌনাইদবগী হৌনবী ঐসু নীংশিং-থোইদিং মপোৎ অমা হৈদোক্লগা মরু খুনদুনা শান্নবি। হন্না যেংখিবা মীৎযেংদা উই, ইমান্নবা কযাগা লোযননা তামহৌববা ঈবমদম মণিপুবগী দি এম কলেজগী লম্পাক্তা শিংজু বোবা চাব-চাবদুনা ছাত্রীশিংগী মনাক্তা ইকোয-কোযনা খোঙগ্রাই তানা নুংশা যাইখিবদো ! উই অঙাং ওইবিঙৈদগী তিন্নবকপা বিদুব, জয, শিবদত্ত, বিহাবি, কুলো, ধীবেন, প্রফুল্ল অমদি অতে মিং কাউথোকখ্রবা মরূপশিংগী নুংশিববা মাযথোঙ কযা। ইচম চম্না তিন্নবম্বা ছাত্রী কযা। নুংশিজে হাযবা ঙমদনা তাম্নখিবী ছাত্রী কযা। নীংশিংলুবগা অমুক্কসু হেন্না নুংশিবকই। নুংশিবকই শিখ নুপীমচা অদো। হৌজিক্তি মাগী মাগী পুক্সীগী খোঙচৎতা কনানা কদাইদা লৈবিবা কনানা খঙগনি! মখোয়না ঐবুসু নীংশিংলমগদ্রা!



ভোনিস; [illegible] (চি)

নৃপানা নুংশা যাই হাযদুনা মাযথোঙদা চহীগী মযিনা মযুং মফৈ মশিঙ নাইদনা খুইববী পোৎফম ফন্বী ইনদোন থৌনা ওজম ওংবী বমনিনা হাযখিবদু কাউবা ঙমদে- 'ইবুঙোখোয ইনদোন্না হাযবসে তাও, নুংশা যাইনুকো, ফজবা নমাযদু যোংমায মানজনি। নৃপীনা যাবীবোই।'

নমথাক কদব কবিনো খঙজদ্রবী চমজববী হনুবী অদুবু ঐখোযনা লক্লবী -'যোংমায মানগে-মানজসনু নৃপীনা যাগে যাদসনু বেবা লৈতে, নঙ্গনদা ইশংকাবী হনুবী নঙবু হেক্তা লৌশিল্লগা লোইবেদনা'। - 'যানিমচা, হাযগনু তৌহেদে, নমানি-ননদোন্নি। নযা পৃম্নমক কেনজনি।' অসি হাযবগা ফাক-ফাক হৌনসু নোকই। হনুবীদুদগী ঐখোযনা শিংজু-বোবা, চুকপ ক্বা-পানকা হেক-হেক শোৎ্গি । থা ফাবগা শিংবি। মোবে ললোনবীগুম্না অযাকপা ব্রাহৈনা নোংমতা শেল থৌবা লৈখিদে। শেল মৎপীখ্রে হাযনসু ব্রাকৎপা পাহোম্বা লৈখিদে। অদুগা কৈদৌনুংদসু ব্রাবৌদুনা শাউখি-লাকখি হাযবগী খুদমসু ফংখিদে। শেংনা চন্নবা মচা-মশু লৈজদ্রবা নহা ওইনা লুখ্রাবী ওইখিবী ইনদোন অসিবু ঐখোযনা ইমাগুম্না নুংশিজৈ। মবক মবক্তা কবম্বা ব্রাখলদগীনো খঙদে ইনদোন অসিনা ঐখোযদা লেমনসু পীজথোকই। শেলেপ মুৎপা কাববাবনি ইনদোনগী । অদুবু নোংজু নুংশা খাকপা লৈতনা, কলেজবু হাংলবা পোৎফম ফন্বসে শোযদ্রবনি। কবম্বা মখলগী কৰ্বি নিশানো মদুগী অর্থ ঙসি ফাওবা লৌবা ঙমদ্রি' খঙদে হনুবী অদু হৌজিক কদাযদা লৈবমগদবা' হিংবু হিংলম্লবদি মহাকসু মৈতৈ অহল অমগুম্না তুলসিবুং মনাক্তা চাক্কি পুখম থাবদুনা হঙ্গাম থোংবা, হব্রাইচাব যোংচাক-আলু ইবোনবা, ঙাকিজৌ অযাইবা পৃম্নমক নুংশা যাইনা যাইনা চাবমগনি। চাংদমনিঙায লৈত্রবা মৈতৈগী চিঞ্জাক অসি হেক নীংশিংলুবগা লৈতোনদা মহাও ফাওবকই। ভান্দ্রা উৎসবকি মনম ব্রা-বা লাকই। নোংচূপকি পিজ্জা, হাম্বৰ্গব, স্টেক, ফিস এন চিপ্স্, সুভলাকি, ইন্ডিযাগী চিকন-মাটন কবি, বিবযানি, তন্দুবি, বাংলাদেশকি ইলিশানকা মনাক নকপা যাপোৎ নত্তে।

নুংশা য়াইবগী ৱা খঙদে, ফংঙমদ্রবা চিঞ্জাক্কি মহাও খঙদে ঐনা ইনদোনদা ঙসি হায়জনীংবদি, মসি লোযনমক্কি ৱাংমদা মীৎকুপ খরদংগী ওইজরবসু তোল্লবা নচা ঐহাক্না ইনদোনবু নীংশিংজবগা লোয়ননা শিদ্রিফাউবা ইকায়খুম্নবা উৎচরমগনি।

মীনা খুরক হাঙদ-মখৈ ক্রিক-ক্রিক ইন্নরবা মফম অসিদা কনানা কনাগী নাক্তা কনানা কনা অমগী ৱাখলনা কনাবু থিরুবা ঙমগনি! মীওইবদি মশা মশাগী ৱাখল ঈপাক্তা তাউবা ঙাক্তেনি। ঐসু মদুগী ৱাংমদা লৈবা মী নত্তে। ভেন্দিং মেশিনদগী বিয়ার কেন অমা লৈরগা মখুম হাংদোক্তুনা মদুদগী কাখৎলকপা কোঙ্গোলশিংদু চুপ্প-চুপ্পা ঐসু নুংশা য়াইরি। হৌখ্রবা মতমগী ৱা নীংশিংলী। হৌখ্রবা থৌদোকশিং মঙনি হায়বা য়াই। মঙ মঙবা মতমদা ঐনা মঙলানদতা মখোয়বু ময়েক শেংনা উবা ফংই।

রোমদগী ভেনিস চৎপা ট্রেনদা, ঙরাং অহীং তূম্ন-তূম্না অঙকপা মঙ অমসু মঙখি। ঐসে মোৎখ্রবা ট্রেন অমদা কদাইদনো মফম খঙদনা চৎলম্মী। মতম অমদা ঐনা নুংশিজরম্বী, গৌহাটি বি. বড়ুৱা কলেজগী ছাত্রী অরুনা ফুকোননা ঐনা তোংলিবা ট্রেনগী কা অদুদা চংলক্লগা শেল নিরম্মী। ফ্রা-ফ্রা লাউবা, ফৈগন য়ৌনা শেগায়বা মেখলা অমা শেৎলি। শিৎ নানবা মথাদা থা শুদনা পোকপা মানবা মচা অমসু কোল্লি। মতৌদো উবদা থমোয় শোক্লা নুঙাইখিদে। অদুবু মীৎকপ থোক্লবা মতূংদা খঙহৌদনা কল্লক পেনবগী ৱাখল অমা ফাওরকখি। ঐনা খনখি, থমোয়দা ফাওবা চৈনাখোল হায়বসি পুন্সীগা কোন্নবা শব্দক অমনি। অৱা-অনঙদি মা-মানা লংজবগী ফলনি। নীংশিংবরা নঙনা ঐঙোনদা পীরম্বা চৈনাখোল অদো! মদুগী দন্দি নি খঙউ।

খলহৈদ্রবা ৱাখলসে খল্লুরবা তুংদা ইশাদা অকীবা পোকখি। ঐনসু কনা-কনাদা লংজখিবা কয়া লৈ। কনা-কনাগী পুন্সীদগী অরুনা ফুকোনগুম্না নোংমা শ্বাই লাউনা মাঙলকখিবা মীনি ঐসু। অদুগীসু মথক্তা জুরাসিক যুগ য়ৌনা লাপখ্রবী অরুনা ফুকোননা ঐঙোনদা

অপাম-নুংশিগী কাববাবদা কবম্না তোংজব-তোংজদবা হাযবদু নীংথিনা তম্বিবম্বগী লমনসু তোল্লি। মহাক্তি ঐগী ওঝানি। হেবী হুডিনিগুম্না মাঙবগী বিদ্যাসু চেনবীনি।

মী অমদা ইশাগী ইবাল তাইনবীবতা নত্তনা মীওইবগী অৱাবা ফিভম য়েংলগা পেল্লিবা ঐগী আত্মাবু ঐনা খুদক্তুদা শাথীনা তুকৎচখি। ইথন্তা ইকাযজবনা লুতোন থুমহৎখি। খনখি, নোংমতগী ওইজববসু কনাগুম্বী অমনা ঐঙোনদা নুংশিবম্বদু ঐগীদমক্তদি মমল নাইদ্রবা পোৎশক্লি খনফম থোকপনি।

অসুম্না নুঙাইতনা খল্লিঙৈদা তুং ওইবপ্না কনাগুম্বী অমগী খোঞ্জেল তাবকখি। চুব্দপ মচৈ অমা মখুৎনা নাল্ল-নাল্লদুনা ঐঙোনদা মৈখেৎ যাউব্রা হংলকখি। মৈখেৎ লৌথোক্লুনা পীবা মতমদা মাগী ইচম-চম্না নুংশিববা মাযথোঙদো উই। থোইনা ৱাং-চাওবী শাবান ওইদ্রবসু অশেংবা অতিযা মচুগুম্না মাগী মীৎস্না অনীদা মী ঙাউহনবা ঙম্বা মেদিটবেনিযান ঈগী শুম্মৎ-যাই অমা যাউবি। মশম মুশুক মুই। কুচুনা কোবী মচুনি। যাম্না ফজবীমক নত্রবসু চহী কুন মঙা-তরুক্কি চুং-ফিবাল চৃম্বী লৈশাবী অমদা লৈবা ফজবদু মাগী মাযথোঙদা, হকচাংগী কযাৎ খুদিংদা অৱাৎপা অমত্তা লৈখিদে। মহাক্নি লিডোদা ঐগী থমোযবু শুম্মৎখিবী কোলাম্বো শাগেগী নীংথিববী দোলোবিজ।

- 'নহাক জপানিজবা ?'

চুব্দপকি মৈখুদু খুদোপকি মওংদ৷ হাঙলবা মালংদা লৈন-লৈনা শান্নহনদুনা খঙহৌদনা হংলকখি। জপানিজবা হংলকপদুদ৷ ইশাদা নুঙাইতবা ফাওববসু নোক্ল নোক্লা ঐসু খুম্মী- 'নাতোন নম্বা, মমীৎ খুবা কুচু শেংবা পূম্নমক জপানিজ নত্তেনে। ঐহাক মৈতৈনি। বাংলাদেশতা পোকই। অদুমক ওইববসু ইন্ডিযাগী অৱাং-নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা মণিপুব কৌবা লৈবাক অদুনি মৈতৈ ঐখোযগী হৌবকফম'।

মালেমসিদা মৈতৈ কৌবা জাতি অমা লৈ, মণিপুব কৌবা দেশ অমা লৈ হাযবসে মহাক্না মপুন্সীদা তাখিদ্রিবা ৱাফম্নি। মমীৎ অনীদুনা অহঙ-খুদমগী মওংদা যেংলগা তূমিন্না লৈখি।

ঐনা মৈতৈগী মবমদা চুম্ব-লানবা খবা খঙজবদুমখৈ শম্নপ্না মঙোনদা তাকখি, ঐখোযসে মঙ্গোলিযান শাগৈদগী হৌবকপা ইন্ডিযাদা তিনদ্রিঙৈ মমাঙদা নিংথৌনা লৈঙাক্লম্বা, শা-ঙা চাদবা, জগোয-ঈশৈ পামজবা জাতিনি। অদুগা ফাগিওই-কবিওই মসিমসু হাযখি 'হিটলবগী মখুত্তা তাবম্বা জাতি অমা ওইবন্নবদি ঐখোযগী শব্দপোলাং কযা অমা ঙসি ম্যুজিযমদা লৈবম্বা যাই। ঐখোযগী লাখ তবামুক্না কোনবা মীশিঙ অসিদি হিটলবনা লোইশিনখিবা জ্যুজ শব্দক তকক-তবেৎকি অমত্তনি। লাইবক থীবা-ফবা খঙদে হিটলবগী মখুত্তদি তাহৌদ্রে। মবম অসিনসু ওইবম্বা যাই, নঙ ঐ ঙসি মফমসিদা থেংনববিবা। ঐসু মৈতৈ অমা ওইনা শক তাকপা ঙম্বগী খুদোংচাবা ফংজবিবা। .... ফবে ৱাফমসে তোক্লসি। চবেং-চবেং ঙাঙবসি ঐগী লাযনা অমনি। লম কোযবা থোবকপদগী অমুক্কসু হেল্লবনি। থাজবিযু, পুন্সীদা চবেং-চবেং ঙাঙখিদবা নুমিৎ হাযববু অঙাং পিশক ওইবিঙৈ মতমদর্তান।'

- 'চবেং-চবেং ঙাঙবসি ইটালিযান ঐখোযদবা হাযববু....।' ৱাহৈদু মখা তাদ্রিঙৈদা মখুৎ তিংথোক্লকই- 'মিং দোলোবিজ কোলাম্বো। পোক্লফম লমদম্না সিসিলিগী কোনুং পালার্মো। অদোমগীদি ?'

খুৎ তিংথোক্লুনা হৌনবী উৎপদি থন্নদুনা দোলোবিজনা কবি ওইনা লৌখিবা মদুসু খলহৌদনা অপংবা অমগুম্না ঐনা হায- 'ইহে ইবেম্মগী পোক্লফমদি কোজানোস্ট্রা অমদি মফিযাশিংগী সিসিলি ওইবেকো।'

ঐগী ৱাহৈদু তাবগা মহাক ইকাযবপ তৌখি। অদ্রিযাটিক সমুদ্রগী লশিং মফোলগুম্না তাউথবকপা ঈথক-ঈপোমগী কোঙ্গোল মকোইশিংদু যেংন যেংনা খুম্নকই- 'অচুম্বনি, মফিযাগী হৌবকফম্নি

সিসিলি। মধ্যযুগতগী চেন্নরক্লবা ক্রাইম অসিনা য়োম্লবা সিসিলিগী অপুমবা মশাদগীসু শিংথানীঙায় ওইবা নাট্যকাব লুইজি পিবেনদেলো, নুংশি-নুঙোলগী কবি কশিমোদোগুম্বা মীওই কযাসু মযাউবি, নত্রনে?'

ঐখোয়গী ওইনসু হায়নীঙাই খবা-মখেদি লৈতবা নত্তে। পীক্লবসু চাউববসু কলা সংস্কৃতিগা মবি লৈনবা খম্বা-থোইবী মহাকাব্য, জগোই-ঈশৈ, পুং-চোলোম, থাং-তা, পোলো, পনবা য়ারম্বনি অদুবু তাঞ্জাদুদদি পূম্নমক কাউখি। ইশাগী জাতিগী ওইবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতবগুম খনখি। চাউখৎলবা জাতি অমগী অফ-ফত্তা, ঐগুম্বা তুমিং অমনা ফাগি ওইরবসু করেম্মরুবদু হৌনদবনি। খল্লু-খল্লুরগা ইকায়মনদুনা মীৎ-মায় ঙাংশীল্লকখি।

হীবম হোংদোক্লবা করি হায়সিগে খন্ন-খন্না চুরূ প মচৈ অমা লার্নাশাল্লি- 'স্বর্গদা চুরূ প থকপা য়াদেবু হায়রবদি ঐদি স্বর্গদা চৎচরোই। অদোমদি করি খনবী?' মার্ক ত্বেনদগী (স্যামুয়েল ক্লেমেন্স) লৌবা ঐগী ব্রাহে অসি থৌশাদনা মহাক্লা ঐঙোনদা ওনখৎলকই।

-'মফিয়াগী ঈ ঐগী শিংলিদসু চেল্লি হায়বা য়াই। ঐগী ইখুরাশিংগী মরক্তগী অমদি অমেরিকাগী শিকাগোদা মফিয়া গ্রুপতা য়াউই। মফিয়া য়াউবসে ক্রাইমগী জগৎতা চাউরবা ইজ্জৎ অমনি। অদুবু ঐবু পোকপা অহলদুদি তঞ্জানিয়াগী খুঙ্গং অমগী পাদ্রিনি থাজব্রা। অব্রাং ইটালিগী খ্বাইদগী চাউবা সিসিলি হায়বা ঈথৎসিগী মিংচৎ থীনিঙাই ওইবা কয়া অমা লৈজরবসু মীওইশিংগী থমোযদি লৌথুপ-লৌকোই লৈতে। নুংশিখিবা থাজখিবা কনাগুম্বা অমগীদমক থব্রায় কৎপসি কবিসু লৈতনা লৌবা ঙম্বা জাৎনি।

মথমোয়দা নুঙাইতনা থোক্লবা ব্রাফম শেংদোক্লবগা ওইবকপা ফিভমনি মাগী। নোকমি-নোকমি তৌজরবসু স্বব শাংনা হোল্লকই, অদুদগী অমুক মখা তারকই- 'খঙবিরেদনা, ইটালিযানশিংনা চবেং-চবেং ঙাঙবগা লোয়ননা মশাবুসু য়াম্মা থাগৎচৈ হায়বসে'।

- 'খঙঙে অদুবু খঙদবা অমদি লৈ।'

- 'খঙদ্রিবদু করিনো ?' শন্নপ্পা ব্রাহ্ংনি।

- 'য়েংবা হায়বদুনি, ঐগীদমক্তা মফিয়াগুম্না নহাক্না থৰায থাবা ঙমব্রা ?'

খঙহৌদনা মহাক্না ঐগী নঙ্গল মপাদা খুদুম্না শুবগা হৌন-হৌনা নোক্লকই। লিডোগী লম্পাক্তা নুংশা যাইবম্বা মযামদো দোলোবিজগী অঙকপা খুনোক অদু তাবদগী কোযযেং-যেংনবকই।

- 'হে হে ঙাইখোনে, ঐনা অদোমবু নুংশিজৈ হাযদ্রি।'

- 'অদুদি কনা ওইরবনো মহাক অদু ?' ঐনা হংই।

- 'ওমেবতা ! ওমেবতা !

ঐনা ফনমক য়ুবোপ কোযজেববসু 'ওমেরতা' হায়বসে তাখিদ্রিবা ব্রাহেনি। অ, আ তম্লিবা অঙ দা তম্বীবগুম মহাক্না ওমেরতাগী অর্থ হল্লি-'মাফিযাশিংনা অপোক্পা ব্রা তক্লোই হাযনা লৌবা ব্রাশক অদুনি ওমেরতা'। অদুদগী মহাক্কী রুকস্যাক অদুদা মোনখাংনরগা তূমিন্না লৈখি।

নীংথিববী লৈশাবী অমগী মনাক্তা তূমিন্না লৈথোকপা ওইথোক্কে। ঐসু তপ্ন-তপ্না মনাক নকশিল্লি। মানা তাগদবা খোঞ্জেলদা নাপ-চিকলপ লোৎলপ্না ব্রাচোই ঙাঙবা হৌই - 'ফমজবা য়াগদ্রা?'

পাঙখুম পীবকখিদে। উইরুম উইকুম তৌবা মমীৎ অনীদুনা হাইফেৎতং য়েংলকই। মূনি ঋষিশিংগী পাউতাক লৈ- 'তূমিন্নবু লৈখ্রবদি অয়াবা মোৎ পীরবনি হায়না লৌগদবনি'। মূনি-ঋষিশিংগী পাউতাক অদু মন্ত্রগুম্না শোল্লগা নাকোইননা ফম্লগা ঐনা মখা চখৈ - 'ঐখোয়গী লোলদা চৎনবী অমা লৈ, ফম্ববু চল্লবদি হিপ্পসু চল্লি অদুনা ঐঙোনদগী চেকশিন্না লৈবীয়ু'।

তূমিন্না লৈবমবদগী খংপ্রেক-খংনা নোক্লকই -'নখোয়গী লোলসে লৌ য়াম্না চেল্লিনা !.... তূম্বা হিপ্পা লোয়নমক য়াগনি অদুদগী হেনবদি ঐখোয়গী লোলদা লৈতে'।

ফাগি জুগাইগী রস লৈবা মীওইদি পূকচেল চাউই হায়নৈ। ফাগিগী মকুমদা ঐগী অপাম-নুংশিগী পৌবপ চৎপা ব্রাখলগী অশোয়বা ব্রাহৈ যাউববসু দোলোনা মদু ঙাকপীনি হায়বগী আশা অমা থম্মী। মা-ঐ কৈদৌনুংদা খেংনখিদ্রিবা অনীনি। ফাগি জুগাইগী বস অসিনা মা-ঐ অমুক হেন্না নকশিন্নবগী থোং ওইখি। শকখঙদবা অমগা ব্রাবী শামিন্নবদা ইকাযবা পোকপদু দোলোদা উখিদে। মহাক্না হায, মহাক ইতিহাস অমসুং কলাগী ছাত্রীনি। পেবিসতা লৈদুনা সোর্বোনদা তম্লি। ওলাংথাগী ছুটিদা মবৈবাক ইটালিদা থোরকপনি। ময়ূম পালার্মোদদি চৎ৺ৗ৻বাই।

সিসিলি ঐসু যৌরুরে। মেইনল্যেন্ড ইটালিদগী কিমিঃ ১৬ পাকপা 'স্ট্রেইট ওব মেসিনা' লাল্লগা চৎলি। সিসিলি অসিমক চীং-মানগী লমনি। নোংজু নুংশা মণিপুরগা চাংদম্নবা যাই। ইউকেলিপ্টস, উচাল, চোরফোন, হৈজুগা পাম্বী য়াম্না হৌই। সিসিলিগী কাতানিয়া কৌবা সহরসিগী মনাক্তা লৈবা 'মাউন্ট এটনা' ভোলকেনোগী মথক মখা শীন-থুংনসু পাম্বীশিংদু হৌবা উই। ঐনা চৎলূবা মতমদুসু ওলাংথানি। নুংশা ফনা নীংথিনা শাই। অদুবু ভূ-মধ্যসাগরদগী হুন্নকপা নুংশিৎনা খরমখৈদি শাফহল্লি। সিসিলি চৎলুবগী স্মৃতি হায়ববু সিসিলিগী কোনুং পালামেগী লম্বীদা সিসিলিযান চাক্লিবা অমসুং থেলাগাডীদা পোৎ যোনবশিংনা নুংশিববু থাদুনা শকপা খুলং ঈশৈ অদুনি। মৈতৈগী খুলং ঈশৈগী ভাব হাইফেৎ চংই। নুংশিবা পোকহল্লি।

-'অদোম সিসিলি য়ৌবীকুবে?' দোলোনা হংই -'কবি করিদি উবিবকপগে?' ঐনা খুম্মি -'পালার্মোদা সেইন্ট রোসালিয়া কৌবা ধর্মগী উৎসব অমদা থোকপা অচৌবা প্রোসেশন অমসুং মেসিনাদগী কাতানিযা, সিরাকুস ফাওদুনা চৎপা মতমদা ট্রেনগী লাইন্দা

থবক শুবন্না মকোই-মবাং চোম্না খরনা হৌন-হৌনা ৱা ঙাঙবদো তাবদা মযাম্না শাওন-শাওনা য়েংবা মীৎয়েং (ইন্ডিয়া মচানিদি হায়দে)'। মানসু নোক্ল-নোক্ল খুম্মী- 'নুংশাগা শারে কোযেৎকা য়েৎশিল্লে অদুদা মাথা শাদুনা হৌন-হৌনা ৱা ঙাঙবা ওইরমগনি।' অদুদগী লৈঙোয়দা চুরূপ মতেক অদু মুথৎ-মুথৎনা হংলকই- 'কাতানিয়াগী বেল্লিনি থিয়েটরদা ওপেরাকাদি য়েংলকপ্রা? মিংচৎতা মফিয়াগী মথংদা ওপেরাসে ঐখোয়গীনি!'

- 'তাবিয়ু, মিংদি নীংশিংদ্রে অদোমগী পণ্ডিত অমনদি হায়খিবা লৈ, ওপেরা হায়বসিদি লায়রবশিংনা ফমুংদা শান্নবা লীলানি। ঐখোয় ইন্ডিয়া মচাশিংদি লাযরবা ঙাক্তনি। ওপেরা য়েংদে, শান্নে।'

- 'নুপা হায়বা জাৎসে ইকায-ইকি ৱাৎলি হায়বসি চুমথ্রবা ৱানি।' খারপ ঐঙোনদা য়েংলগা দোলোনা খুন্নকই। উপায় লৈতবগী মওংদা ঐনা ইথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লি।

-'ইকায়-ইকি তম্নবগী স্কুলদি লৈতেহে সিনোবিতা।'

- 'নহাক ভেনিসতগী কদাইদা অমুক চৎকদৌরিবনো ?'

- 'ঙসিমক মিলান চৎকনি।'

- 'ফরে অদু ওইরবদি ঐসু নহাক্কা লোয়ননা মিলান চৎপা হায়বদুনি মিলানদগী অমুক পেরিস তম্না চৎখিগে।'

খোঙবু ওইরসি হায়বকপদুদা ঐঙোনদা হায়ঙমদ্রবা হরাওবা অমা পোকখি। মঙদরা তাইবংদরা ঐনা লৈরিবসে ঙাইহাক জ্ঞান লাকশিনবা ঙমখিদে। লাইবক্তা থন্বাল শাৎলবোই খল্লি। তহা-তহা ঐনা খুম্মী- 'নহাকনা ঐগা খোঙবু ওইগনি হায়রবদি ঐগীদি লাইবক ফবনি'।

থা অনীগী যুরো-রেল পাস লৈরগা য়ুরোপ কন্টিনেন্ট যেংবা থোরকপনি। থা অনী চূপ্পা কোযববা মতূংদা লন্ডনদা হনগনি। স্পেইন, সুইজরলেন্ড, জর্মনি চৎপগী থৌরাংসু লৈরি। হৌজিকমক্তি মিলানদগী ফ্রাঙ্কফুর্ট অদুদগী অমুক কদাই যৌবা লেপ্পা ঙমদ্রি। পেরিসতি ইংলন্ডদগী বাই-রোডতা চৎপদা খ্বাইদগী খুদোং চাই।

ইংলিস চেনেলগী ইংলেন্ডলোমদা লৈরিবা হিথাংফম দোভর, ফ্রান্সকোমদনা কেলেই। তোর্বান অনী অসি কিমি ৩৪ লাপ্লে। লন্ডনগী ভিক্টোরিয়া স্টেশনদগী লাকপা ট্রেনবু হি (ফেরী)না ইংলিস চেনেল লাপ্তোক্লগা পেরিসকী 'গ্যর ডু নোর্ড' রেল স্টেশন যৌবদা পূং তরা-তরামাথোই চঙই। মতম অযাম্বদি ত্রেন তোংবদা চংবনি। হনগৎ-হনদা চৎপদা ঐগীদি পেরিস ফাউদবা যাদে। অদুবু হৌজিকমক দোলোগা লেযননা পেরিস চৎলবদি ঐগী প্লান প্রোগ্রাম শোযবগী রাফম লৈবদুদা মাঙোনদা ঐ পেরিসকি রাফমদি পল্লুদ্রে।

ইন্ডিযান অমদি ইটালিযান অনীগী শাজৎ-লিচৎতা মান্নবা কযামকুম লৈ। পনবা যাবদি রা কা-হেন্না ঙাঙবা অমসুং চাবা থকপা পামজবা অসিনি। ইটালিযানশিংনা চাব-থকপবু পামজবসিদি লঞ্চকী মতমদদি দুকান-ওফিস-ফেক্টরি খুদিংমক থোঙ লোনশীন্নে। চাবগী মথেলসু যাম্মী। চাবা লোইবগা মতম শাংনসু পোথানৈ, মদুবু মখোযনা 'সৈযেস্তা' কৌই। মদু লোইববা মতূং নুমিদাংরাইবমদা থোঙ অমুক হাংনৈ। অদুগা অমনা রা ঙাঙববু হৌখ্র বদি নোং খোংদ্রিফাও থাদে। মখোযনা রা ঙাঙবা হৌবগা লেপ্পা লৈতবদুদা যুরোপ অমেরিকাদা মখোযবু 'পাপাগালো' (তেনরা) কৌবী। দোলোবিজসু অদুমঙাই। অদুমকপু মশক মতৌ চংখোনবী অমনা ঙাঙলকপদা তানীংলোইদবা কনাসু লৈতে। ঐসু অদুমঙাই। নুমিৎ অদুমক্কি নুমিদাংদা ঐখোয অনীমক ভেনিসতগী মিলানগীদমক খোঙশানখি।

- ''মিলানবু ইটালিযানশিংনা নুংশিনা কৌবী 'মিলানো'। ইটালিগী কেজ-মৌজবা শেল পাযবী অতোপ্পী নুপীনি হাযনসু খঙনৈ। ফেশনগী জগত্তসু লুচিংলি। অদুগীসু

মথক্তা ইন্দস্ট্রিয়েল সিটি অমনি। ইতিহাস হায়ববু গৌল কৌবা জাতিনা লিংখৎলম্বা, 'আটিলা দ হূন' না নুংশি হৈতনা ওৎপী নৈবীরম্বা, মতম খরা নেপোলিয়াননা পালম্বা অমসুং চর্চকী শরিক মখোলদা য়াহৌবা সহরনি। সহর অসিগী ঐনা খ্বাইদগী পামজবা শরূক্তি গোথিক স্টাইলদা শারম্বা দুয়োমো কেথিড্রেলনি। মিলানোগী থমোয়নি হায়বদসু কায়দে।" দোলোনা তম্মী।

পৃথিবীগী মফম কয়াদগী খুৎশা হৈবগী পোত্থোক কয়া অমা মিলান সহরদা পুথোক্কুনা য়ুরোপকি মনূংদা খ্বাইদগী চাউবা মেলা চহী-চহীগী পাঙথোকপদু হৌখিবা এপ্রিল থাদা লোইখিবতা ঙাইরি। মেলাগী মতমদা হোটেল পেনসিওন হায়বসিদা লৈগে হায়রবদি চহী অমা মমাঙদগী রুম কলহৌবা তাবনি। মেলা অসি লার্গোদোমোদোসোলা কৌবা সহরগী অরোয়বা শরূক্তা তৌবা মেলানি। মিলান য়ৌরকপদদি মেলা লোইখিবনা কা অহাংবা থিবদা ৱাদ্রে। অদুবু ঐখোয় অনীদি পেনসিওন থিরম্মি। পেনসিওন হায়বসি হোটেলমক্তি নত্তে, পেইং গেস্টকুম্বা জাৎনি। কাগী মমল হোঙনা ফংই। 'ভিয়া ড প্রোতি ৬' কৌবদা লৈবা পেনসিওননি ঐখোয়না থুংবদু। পেনসিওনদুদা পোৎচৈ থনল্লগা ঐখোয় অনী রেস্তোঁরা থিবা থোরকখি। নুমিৎ অদু নোং য়াম্না চুই। ঐনা দোলাদা হায়- 'রেস্তোঁবা থিবদা নোংনা পূমচোৎ চোৎলনি অফংবা বিস্ট্রো (অচাপোৎ য়োনফম) খঙদে অমা খঙদে হেক্তা চংশিল্লসি, করি হায়গে'? মদুদা মহাক্না য়ানীংদবা উৎলগা খুম্মী- 'পংচা চাববুদি য়াই অদু ওইরবসু ঙসিদি মোমবর্তি থানবা রেস্তোঁরা অমদা চারুসি'।

দোলোগী রোমান্টিক ওইবা ৱাখলদু কায়হননীংদদুনা ঐসু তূমিন্না মাগী তুং ইল্লি। লম্বী চৎন-চৎনা মহাক্না খুদোম্বী থিল্লগা তাকই- 'আদা লৈরিবা চূড়া অসি উব্রা, মসি তম্না চৎসি।'

মহাক্লা খুদোম্বী থিল্লিবদু দুযোমোগী মতোননি। দুযোমো অসি থাই, ভিযেৎনামিজ, চাইনিজ, ফ্রেঞ্চ, ইটালিযান বেস্তোঁবা কযানা ইকোয-কোযশীন্না লৈবি। অদুগা মাযোক্লবদসু ম্যুজিযম, গিফ্ট্‌-শোপ অমদি মিংচৎ লৈববা ফেশন ডিজাইনবশিংগী দুকান্না ৱাই চাইথ্রবনি। দোলোনা ঐবু অতাঙবা বেস্তোঁবা অমদা পুশিল্লি। মীৎ তাংববু খুৎ শল্লগা পুবা অদুমক্কি।

- 'বোমদা বোমান ওনবনা চুমদ্রনে?' মাগী ৱাহংনি। ঐনা চুম্মী হাযনা খুমজববসু ৱেস্টর্ন চিঞ্জাক্তা হৈনবা পোক্তবদুদি উত্তে। হাউনা চাবগী ভাবতা খুদোম্বী মতোনদা স্পাগেতিদা হাপ্পা খামেন অশিনবগী সোছ অদু ঐনা চুপশিল্লি। দোলোদি চাবদসু ৱা ঙাঙবদসু মচিন লেপ্তে। মেনুগী মতুং ইন্না ঐখোযনা লৌবিবা স্পাগেতি পাস্তা অসিগী মমিং 'ভর্মিসেলি', মৈতৈ লোনদা হন্দোক্লগা তিনথ্রোক মচা হাযবনি। তশেংবমক্তি তিনথ্রোক মচা নত্তে। মৈতৈ ঐখোযনা চানবিবা বাতিনগী শাগৈনি। হৌজিক্তি সিমি হাযনা খঙনদুনা মনিপুবদসু ক্ষিবকা হৌদুনা পংচা চানববা মাল্লে। দোলোনা ভর্মিসেলিগী অর্থ হল্লমদ্রবদি ঐ হাউববসু হাউত্রবসু চাবমগদৌবনি। অর্থসি হল্লকপদগী থুক-লাউখিদুনা মাঙদা খিল্লম্বা বেড ৱাইনগী জাব অদু তংখাই চিংখিবা খঙহৌদে। চিঞ্জাক্তা ঐ বেবা-বেবিদি থাংদবনি। মপান থোবকপা মতমদা ইচম চম্বা অহোঙবতা থিবগা চাজে। তৌববুদি মৈতৈ মচা অমা ওইবনা মৈতৈ চিঞ্জাকপু ফংজববদি ঐগী লোইজবে।

লন্ডনগী ওক্তবীশিংগী মকোল সোহোগী মনাক্তা লৈবা চাইনা টাউনদা মৈতৈনা চানবিবা মনা-মশিং লোযনমক ফংই। অদুগা ইস্ট লন্ডনগী ব্রিকলেন, কমর্সিযেল স্ট্রিটতা বাংলাদেশকি দুকানশিং লৈবদুদা ঙা চাক, ঙাবি-ঙাতাইসু ফংই। অদুনা চিঞ্জাক্কিদমক থোইদোকপা সমস্যা লৈখিদে। ঙাবি লৌবগা চাক্কবগীদমক নোংমদি থানা দর্শন ফংলুববনি। ঙাবি লৌবগী মনম অদু খাঙবদা ৱাজববা থংনবা যূমগী সাহেব অমনা পুলিসতা ৱাকৎলুবদগী ঐবু থানাদা ৱাহং পাউহং তৌনবা কৌখৎখি।

চিঞ্জাক হুবানবা অবানবা থবক্লি। অপাম্বা চাজবদা অবানবা ওইনা লৌবদি চুমদে হায়না হায়বদগী কবি খল্লুববনো খঙদে থানাগী ওফিসাব অমনা ঐবু অমুক হন্না যূমদা থিনবিবম্মী।

-'নহাক ঐখোযগী চিঞ্জাকসি হৈনদবা মাল্লি। ঐনা নমফুদা পুবকপা ওইনা থোকখ্রে, ব্রাবৌনুকো।' দোলোনা মিপাই থীদুনা হায়বকই। ঐনা নোক্লগা খুম্মী- 'ব্রাবৌবদি থমখো নহাক্লবু পুবিববদি নোবোক্তসু হবাও হবাওনা চৎকনি। অদুগা চাবগী জাত্তদি মথবায় পানব-পানদবা চানৈ হায়বা পোৎশক অমত্তা ঐদি খাকচদে'।

ঙসাই মখৈ ফাগি জুগাইগী ব্রাবীতনি শানখিবা ঐখোয অনীনা। অদুবু মোমবর্তিগী থোৎলবা মঙাল, বেস্তোঁবাগী সাউন্ড ট্রেক্টতগী ঈংন-মেঙনা লাকপা ম্যুজিক, বেদ ব্রাইনগী অঙাংবা নেশা, নীংথিববী বিদেশীনি অমগী মনাক্তা ফমদুনা বাবী শামিন্নবগী নুঙাইবা, মাগসু কাযনগনি হায়বগী নুংনাংবা পূম্নমক অসিনা ঐবু সংসাব অমদা পুখি।

মীৎতা উই লিযোনার্দো ড ভিঞ্চিগী 'লাস্ট সপাব' কৌবা মিলানগী মোনাস্ট্রি অমদা লৈবা চিত্রকলা অদু। চিত্রদুদা যাউবি যীশুনা শিষ্য তবানীথোইগা লোযননা অবোযবগী ওইনা চাক চামীন্নবা। খল্লি, ঐগীসু অসিনা লাস্ট সপাবনিকো দোলোগা লোযননা। ঐঙোনদা মুন্না যেংলগা দোলোনা হংই- 'ঙসাইমখৈ কবি চিন্তাদা তাউবীকুবগে'?

ঐনা খুম্মী -'লাস্ট সপাব'।



Things that were hard to bear are sweet to remember.

*- Seneca, Hercules Furens*

ফ্রাঙ্কফুর্ট চৎপগী ট্রেনগী মতম ওইরক্কে। কা অমদা ইথন্তা তূমিন্না ফমলি। ঐগা ফম্মীন্নরিবশিংদো ময়ূমদগী ছুটি চৎলুরগা হল্লকপা ৱেষ্ট য়ুরোপতা শেল তানবা চেক, পোল, য়ুগোশ্লাভ, হঙ্গেরিয়ানশিংনি। মখোয়না শানরিবা ৱারীশিং অদু মরোল খঙদ্রবসু মখোয়গী ৱাঙাঙ শাঙাঙ অমদি মায়থোঙ উবদা মমা মপা, মতূ মচা থাদোক্লুনা লাকপগী নুঙাইতবদু ঐগী থমোয়দা ফাউই। হঙ্গেরিয়ান পাখং মচা অমনা মপোৎ মচৈ বক্কতা থম্ল-থম্লা ঐঙোনদা খঙহৌদনা কদাই চৎলিবনো হংলকই। ঐসু পাউখুম ওইনা জর্মনিদনি খুমখি।

কুচু শেংবা মীগী মশক্তি হেক য়েংবদা ফজবা মাল্লি। মাগী মশক অদু উবদা ঐনা ডি এম কলেজ কারিঙৈ মতমদা হাইফেৎ খঙনখিবী শীলা কৌবী মশক মতৌ ফজবী এ্যংলো নৈশাবী অদুগী মৌপ্পা কেলভিন ওইরমগদ্রা খনখি। কেলভিন, ঐগা য়াম্না খঙন-চান্নবা কনাসু নত্তে। কুইরবা ৱানি ১৯৬৪ গী । ইম্ফাল সহরগী অৱাং

মায়কৈদা লৈবা দেওলালেন্ডগী লম্বীদা নোংমা থেংনখিবা মতমদা শীলানা মৌপ্পা কেলভিনগা শকখঙনহনখি। অদুবু অমুক্তং উখিবা কেলভিনগী মশক ঐনা করম্না কাউরমদ্রিবনো মদু অঙকপা অমনি।

হঙ্গেরিয়ান পাখং মচা অদুগী মমিং নীংশিংদ্রে। মহাক্কা কুইনসু ব্রারী শানখিদে। নূপামচাদু কম্যুনিজমবু য়াম্না য়ানীংদবগুম তৌই। অদুবু রাজনীতিদা ঐগী জ্ঞান ব্রাৎপদুদা মখা চথখিদে। ঐখোয়না তোংলিবা ট্রেন অসি সুইজরলেন্দগী শরূক খরা ফাউরগা জর্মনিগী ফ্রাঙ্কফুর্ট তম্না চৎলিবনি। মখোয়শিংদো কদাই তান্না চৎলিবনো হায়বদুসু হংলুদে। হংনীংলুবসু পোক্তে। ঐসু ইশাগী তোঙানবা মঙলান অমদা তাউদুনা লৈরম্মী।

য়ূম থাদোক্তুনা লাকপা কুইরবনি ঐসু। য়ূমগী ব্রা কয়া অমা নীংশিংলকই। লৈখিদ্রবা ইমা-ইপা, ইচিল-ইনাও, লৈকাইগী ইমান্নবশিং, তপ্ন-তপ্না, হৌখ্রবা পুন্সীগী থৌদোক কয়া মথং-মথং নীংশিংলকই। ঙসিদগী চহী তরামঙামুক্কি মমাঙদা ঙসিগী অসুম্না ট্রেন অমদা তোংলদুনা সিলেটকি য়ূম থাদোক্তুনা লাকখিবনি। থৌদোক্তু মতম ফনা কুইজখ্রবসু নৌহৌনা ঙসিতা থোকপগুম থমোয়দা ফাউরকই।

পীক্লিবা মীরোল তাদ্রিবা অঙাংগী পুন্সীদগী তপ্ন-তপ্না মপুঙ-মরৈ ফারবা মী অমগী শক্তম ওইরকই। মপূং-মরৈ ফারক্লবসু অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী মপূং ফাদ্রিবা ব্রাখলগী মঙলান কয়া, অমদি কাউঙমদ্রবা থৌদোক কয়াগী হোংদ্রিবা শক্তমশিং। ঐগী মায়থোঙদা অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী মায়থোঙগী মমি লৈতে হৌজিক। অদুবু মতমদুগী স্মৃতিদি, মতমগী য়ুখল মরুমদা মমি-শামি ওইরবসু ময়েক কায়দনা অদুমক লৈ।

ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী অমত্তা ঙাইরবা খ্বাইদগী পামজনা মঙজখিবা মঙলান হায়ববু থিংবিনবা কনা য়াউদনা চৎনীংবা, য়েংনীংবা, থাপ্লবা লম কয়া অমা কোয়বা অসিনি। মতমদুদা ঐহাকসে

লম কোয়বগী নুঙাইববা মঙলান অমনা শুক্মৎলবা তোঙানবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈবা অঙাং অমনি। তামলবা লমদম কয়াগী নীংথিরবা সহব, চীং-মান লৌবুক লম্মাং, লব্রাই-খুঙ্গং অমসুং মদুদা লৈবিবা মীওই কয়া অমনা ঐবু অহীং-নুংথিল খাইদনা মখুৎ অনী তিংথোক্তুনা খুৎলাম তোযনা যুমদগী কৌথোকপগুম তৌখি। অদুদগী হেলোইনা পুরবা অঙাং অমগুম্না ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা ঐহাক যুম থাদোকখি। মতাং অসিদা ইশাগী মবমদা খরদং শেংদোকচনীংই- ঐ অসে অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অহল লমন্না হায়বা ইনগনদবা লমহেনবা, ফত্তবা থবক কয়াদা পুক্নীং চংগনবা ওইনা হৌবকখি। ফূন-চৈনবা, লৈকাই ব্রাথোক ওইগনবা থবক কয়ানা ঐগী শরূক ওইরম্মী। ফনা ওক্লবসু, শেল-থুম মরাঙ কায়দবা ইমুংগী মচা ওইরবসু, ঐহাকসে চুং-ফিরাল চাবা, মশা-মউ ফবা অকিবা মশক খঙদবা অঙাং অমা ওইনদি হৌরকখি।

শান্ন-খোৎনবা মতমদসু অঙাং অতৈগুম্না খক শান্নরক্তে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মূক্লা, থাং হাইবা, তাসনা শান্নবা মওং-মওংগী জুব্রার, অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা ঙাক্তনি। নোং হেক ঙানবদগী হৌরদুনা নারক মোংশোং উমং-ব্রামং কয়াদা কোয়চৎ চৎলি। যূমদা ঙাইহক্তা ফাওবা লৈনীংখিদে। লৈতান্না তাবা নাউরি মরু খরা বেড়ী মচৈ খরা খুদৈ মচিদা য়োমশিল্লগা নোংজু-নুংশা খঙদবা মখৈ অশুকপা উমং অমদগী উমং অমদা উচেক-ব্রায়া কাপপা চৎলি। ঐগী খুত্তা মথব্রায় থাখিবা উচেক্কি মশিঙসু য়াম্মী। মখোয়শিংদো চিঙ্গাক্কিদমক হাৎলুবা নত্তে। মীওইবগী আদিম ওইবা পুক্নীংগী স্পোর্টস মখল অমনা পীরকপা ঈথিলনি হায়বা য়াই। মৈতৈ অহল লমন্নদি উরগা য়াম্না তাথীবা অমদি চাউরবা অপরাধগী মশক্কি হায়না বিষ্ণু বিষ্ণু শোন্নগদবা থৌওংনি। মচু অঙাংবগা অমুবগা য়ান্নবা মকোক্তা মতোক কাবা খোইনিং অমা ঐনা নোংমা লালাবাড়িগী উমংদা নাউরিনা কাপ্লগা হাৎখি। অরাপ্পদগী উচেক অদো য়েংবদা কয়াদি ফজরে, মাগী ফজবদু ইনাক্তা নীংথিনা

য়েংজগে খল্লুবদগী হাৎলুবনি ঐনা। খুৎহাৎ অদুমক নীংশিংলুরগা হৌজিক ইশাবু চেঙ্গিস খান ওইনা খনদবা ঙমদে। নোংমা চেঙ্গিস খান্না শগোল থৌরগা লাকপা মতমদা চৎপা খোৎপা হৈত্রিবা অঙাং পীশক অমা লম্বী ময়াইদা কপ্তুনা লৈবা উবদা শগোলনা নেৎপীদুনা শিবা তারে হায়দুনা মহাক্কী লাংশোইনা থিল্লগা লম্বীগী মতাই অমদা থম্বিরম্মি হায়বগী ৱাবী লৈ।

ঐগী মৰূপ মপাংনি হায়দুনা তিন্নবম্বা মীওইশিং অদুসু ঐঙোনদগী চহী মঙা-তরুক হনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মখোয়গা তিন্নরুবগী মপান্না ক্লাস সিক্স সেভেনকা তম্লকপা মতমদগী নূপী-নহাগী ঈরাংসু নীংথিনা খঙলকখি। নূপী-নহাদা লাংলুবগীদমক চৈ কয়া অমসু চাখিদবা নত্তে। খঙদে পুন্সীগী মতাং অসিদা নূপী নহাগী ঈরাংদা তাউবা অদুগা লোয়ননা হকচাংগী অরোৎপা কয়াৎশিং য়েংনীংবা খঙনীংবসি মীওইবগী হৌনশাবা !

I travel not to go anywhere, but to go. I travel for travel's sake. The great affair is to move.

**- Robert Louis Stevenson:** Travels with a Donkey.

নোংমা ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নবা রমেশতা ঐনা হায়রুই - 'ঐখোয়না নূপী নহাদা লাঙলুবগীদমক লৈকাইগী ইমা ইবেনশিংনা য়াম্না থীনা ঙাঙনবে, কুন্দোনা মমাদা করি তমশিল্লুববনো খঙদে ঙরাং মাগী মমানা ময়ূমদা চংলক্কনু হায়দুনা থীনা চৈরকই। ভাই, ঐখোয়সে মীৱা-মীশা অদুম তাদুনা লৈবগী মহুত্তা কদাইদনো অমা চৎখ্রসিরা'? থৌ-ৱা ইশা-শাদনা মানা খুল্লকই- 'অসিদা ঙাওশিন্নবা পেল্লকত্রদুনা অমুক কদাই চৎলগা চৈ চাদুনা চরা হেনদুনা শিগে খল্লিব্রা'।

বমেশ লৌশিং লৈবা মীওইনি। পুন্সীগী অঙ্ক হোৎপা য়াম্না হৈ। মাদি অঙাং ওইবিঙৈদগী অমনবা হৱাগাডী শেম-শাবগী বিদ্যা তমদুনা শেল তানবগী লম্বীদা চৎখি। যূম থাদোক্তুনা চৎপগী ৱাফমসে মঙোনদা অমুক হন্না হৌদোক্লবগী থৌনা ঐঙোনদা লৈখিদ্রে। মরক মবক্তা ঐহাক ইথন্তা লালাবাড়িগী উমংদা লোংখাক-লোংনা হিপ্লগা যেংই, অহাংবা অতিযাদা মনীং মখা তম্মা পাইজবিবা ক্লাক উমাইবী কযাবু অদুগা মখোযনা পাইবিবদু উবগা থমোযনা মিহৌবদু খাঙবদা ৱাববা অৱাবগী মশক অমনি হাযনা খনদবা ঙমখিদে। যূম থাদোক্তুনা কযামুক চৎনীংবগে হাযববু নোংমদি সুবমা তুবেল ঈবোইদুনা লানথোক্লগা সিলেটকী বেল স্টেশনদা কোযচৎ চৎলম্মী। তোংনীংবনা ট্রেনদো হঙ্গৎ-হনদা কাথোক-কাশিন তৌদুনা শান্নবম্মী। অদুতসু নত্তে লম কোযবগী ৱাবী কযা, শম্মা হাযববদা কল্পনাগী সিন্দবাদ, মেগলান, দ্রেগ, কুক্কী ৱাবী কযা পাকবগা ঐহাক ইশাদা থোকপা থৌদোক্লুম বাখলগী ঈপাক্তা তাউদুনা লেনখি। মখোযগুম্মা ঐসু নোংমদি মমল যাম্লবা সনা-লূপা কযা পুবদুনা যূমদা হল্লকপগী মঙসু মঙখিদবা নত্তে।

অবাপ্পদা ট্রেনগী হুইসেল মখোল তাকবগা থমোয়দা তাশোন্না থিনবগুমখি। উঙমদ্রবা নীংথিববা লমদম কযা কযা ফাওদুনা চৎখিবগুম তাম্লবা খোঞ্জেলদুনা ঐগী থমোযদা ফাউহনখি। শিব-নাবা খঙদে লম কোযবা চত্তবা যাদে হাযবগী ৱাশক অমা ঐগী থমোযদা চেৎনা থমখি।

খুৎপাইশেল ওইনা ইমানা লোত্তুনা থমজবন্বা খরদো পুবদুনা নোংমা যূম থাদোকখি। ঐনা যূম থাদোকখিবা নুমিত্তু খৃ কুমজা ১৯৫৬ কী পোইন্‌ থাগী অযুক অমনি। বঙ্গালীশিংগী তিলু সংক্রান্তি নুমিৎসু থোকই। লমদমসিদা লৈবা মৈতৈশিংসু অথুম অহাও কয়া লান্নদুনা চামিন্নৈ। অযুক্তা লৈকাই লৈকাই খুদিংগী লৈশাবীশিংনা শেংনা ইরু মাইথজদুনা, চন্দন-চৱা থিনদুনা যূমথোঙ খুদিংদা থোইদিং চেংপাক্কি খোইদুম, মুড়িগী লালু, ফলমুল পুবদুনা চৎলি। নুমিৎ অসিগী খ্বাইদগী নুঙাইবা থৌদোক হাযববু তেলঙ্গা পাইবা, তেলঙ্গা অমগ-অমগা কক্লবা অসিনি।

তেলঙ্গাগী লংদুসু চেংবিছ্‌রা কৌবা উগী মকু ফুৎলগা মহী লৌদুনা মদুগা লোয়ননা মিংশেল মকুপ, গম, য়েরুম অহীংবগী অঙৌবা শরূক অমসুং হাপনীংবা মচু নৈশিনদুনা লংদু শিৎলগা থৌহল্লি। সিলেটি লোলদা মদুবু মাঙ্গা হায়রগা খঙনৈ। সংক্রান্তি অসি কমলা-চম্প্রা পানবা মতমনি। ছাতোক, জাফলোংগী মমিং চৎলবা কমলা থুমোক থুমোক দাও থানরগা তেলঙ্গা কক্লবী শান্নে, মৈতৈ মযাং লোয়নমক্না। লংলা তত্তুনা মালংদা মাঙখিবা মতমদা তেলঙ্গাদুগী পরিচয় অমদি লৈফম থোকই হায়না খনদুনা ঐদি ঐগী তেলঙ্গা পুম্নমক লোইনা মিং থাজিল্লি। ঙসিদি ট্রেনদা ফম্ন-ফম্না থোঙনাওদগী উই, লংলা তৎলবা মচু মচুগী তেলঙ্গা কয়া অতিয়াদা লৈর-লৈরদুনা মাঙখিবা।

য়ূমদগী খোঙবু ওইনা চেনমীন্নরকপা ধীরেননা সুরমা তুরেলগী মথক্তা কীন সাহেবনা শারম্বা থোং অদু য়ৌদ্রিঙৈনা ময়ূমগী ব্রা নীংশিংলক্তুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লগা হনখি। কীন ব্রিজগী মখামক্তদা সিলেটকী ফাওরবা চান্দনিঘাটকী থোংগ্রা লৈ। সিড়ি কয়ানা থোংগ্রা শেমখিবনো মদু কনানসু হায়বা ঙমদে হায়নৈ। মদুগা হেক থংনবদা মুসলিম জমিন্দার আলি অমজাদনা দান তৌরম্বা চাউরবা ঘড়ী অদুদা ঐনা পুংজা য়েংলুবদা মতম লৈত্রে খনদুনা ইথস্তা তহ্‌া-তহ্‌া স্টেশন তম্না ফৃগৎলি। তাঞ্জা থোক্লুবা হায়গদ্রা করিনো ইথা থাজদনা নরেন হায়বা ইমান্নবা অমা ঐগী খোঙচৎসিদা লোয়নখি। মহাকসে মহারাজ নরসিংহগী মিংদা থোল্লম্বা নরসিংহটিলা কৌবা মৈতৈ খুঙ্গং অদুগী মীওইনি। হান্নন শক খঙনরবসু লুনা তিন্নবা হায়বদুদি নত্তে। নৃপা মথস্তা পোকপগী হৌনবা মহাক খম থেংনা ঙাওই হায়না মীনা ঙাঙনৈ। ঐনা কাখৎলুবা কাদুদা নৃপীগী ইন্নফি মতেক অমা ইল্লদুনা কাচিন অমদা তাশীনদুনা ফল্লম্মী। বল্ব হুরানখিদুনা দব্বাদু মৈ লাক্তে। অদুবু নোঙাল্লমদাই মতমগী মন্নি মল্লিবা মরক্তুদা মানা ইল্লিবা ফিদো উবদা মশক উবা ফংদ্রবসু মৈতৈ ওইরমগনি হায়নদি খনখি। ঐসু মনাক চংশিল্লগা ফম্লুই। - 'হে! শোণী কদাই চৎলিবনো ?' অদুগা মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংলকই।

অহানবদদি ঐসু পাক হায়দোক্তে। কুলাউরা জঙ্কশন য়ৌদ্রিঙৈ মমাঙদা মরম পূম্নমক খঙনরে। নরেননসু মথমোয়দা অরোৎপা থমদনা তপ্ন-তপ্না মাগী থৌদোকশিংদো লিথোরকই- 'সংক্রান্তি মমাঙগী অহীংদা ইচননুপী শ্যামাগী অরোয়বা লৈতেং ওইজরিবা নাগী সন অহুম্না কোনবা লৈদো জুব্বারদা থাদোকখ্রে। হৌজিক য়ূম হেক হনখিবদা বাবানা ফুবনে-চৈবনে, শ্যামানা কপ্পনে-লাউবনে অমুক্তোইবা লোইরনি খনবদা জ্ঞান মম্মে! শ্যামাগী খল্লুরগা নুঙাইরক্তে। নহান্না মাগী খুদোপ্তু লোয়শিনবিখ্রবনি, মাগী খুদোপ্তু হনদোকপা ঙমব্রা য়েংগে হায়দুনা লাইবক চাংয়েং তৌরুবদা নাগী লৈদুসু চৎখ্রবনি।'

সিলেটতা লৈবা মৈতৈ অয়াম্বনা সংক্রান্তি নোংমা মমাঙদা লৌবুক লম্ফাংদা চরূনা খাংপোকশঙ শারগা নুমিদাং লেক্তুনা জুব্বার শান্নমীন্নবা অসি রিচুয়েল মখল অমনি। চরূগী শঙ অদো নোঙাল্লগা মৈ থাদোক্লে।

মতমদো ইন্ডিয়ান ফিল্ম 'দাগ' কি ঈশৈনা লৈরক খুল্লক ব্রাই চাইবা মতমনি। নরেননা ট্রেনগী থোঙনাওদা মঙক লিথোক্তুনা অহাংবা মালংদা য়েংলগা অতপ্পা সুরদা 'এ মেরে দিল কহি ঔর চল' শক্লকই। মাগী খোঞ্জেল নুংশি হায়বসে হান্না খঙখ্রবনি। হাকুম সরস্বতী পূজাগী বিসর্জন নুমিৎকি প্রোশেসন চৎপা মতমদা মাইকতা শকখিবা মাগী হিন্দি-বাংলাগী ঈশৈশিংদো ঙসিসু নীংশিংলি। ঈশৈগী ওঝা নাইনা তমলকপা নত্তবা অমনা 'সুক্কী মতিক ফজনা শকপা ঙমগনি হায়বসে থাজনীঙাই ওইদে। অদুবু নরেনদি নরেননি। অদুগীসু মথক্তা মাদি বাঁসিসু নীংথিনা খোংবা হৈ। মথোং মরম খঙদনা য়ূম থাদোক্তুনা চেনবগী চিন্তা, নরেনগী ঈশৈ, ঐগী থমোয়দা কপনীংবগী কেমিস্ট্রি অমা ওনখি। শাংলবা ট্রেনদুনা থেক খোইরদুনা পীক্লবা য়োৎকি পরীংঅনীদা চৎপদুসু উরগা অকীবা ফাউরকখি। ব্রাখলসু মঙং মঙং খল্লকখি করিগুম্বা মসিনা লোংথোকখিবা তারবদি করম্না চোংথসিগে!

করিগুম্বা ঐনা খোঙচৎ অসিদগী অমুক হন্না য়ুমদা হল্লক্কবদা ঐগী ইমাদি করি ওইহৌবা ! অদুবু যাত্রীক কয়াগী মায়থোঙ য়েংলুরগা অকীবা পোল্লম্বা পূম্নমক তপ্ন-তপ্না মাঙখিবগুম তৌই।

Frees us of all the weight and Pain of life:
That word is love.

- *Sophocles, Oedipus at Colonus*

মফম কদায়দা কবিগী চৎলিবা মদুগী চপ-চাবী পাউখুম ঐখোযগী ইফমদা লৈখিদে। ইচম চম্না হায়বগা নবেনদি লংজকবা মবাল মায়োক্লবা কিদুনা চেল্লিবনি। অমবোবদনা ঐনা অনৌবা এদভেনচর অমগী আশাদা পচ্ছুংফম খঙদনা চৎপনি। ঐখোয় অনী খোঙবু ওইমিন্নববসু য়ূম থাদোকপগী মবমদি তোঙাল্লি। মরম অসিনা ঐগী থমোয়দা মরাল লৈজদ্রবা, নীঙমদ্রবা অৱাবগী সুব অর্মদি তত্তনা ফাওখি। কপনীংবা পোক্লবসু মদুগী পিবাং মনিকশিংদো মোৎলবা সংসারসিদা ওৎপি নৈবিববা অৱাবা কযা·অমগী মরিকমক্তি নত্তে।

স্টেশনদা ট্রেন খান্নকপা খুদিংগী ঐখোয় অনীসু হেক্তা কুমথৈ। ক্বা বেড়ী লৈনবগীদমক্তনি।ক্বা মতপ অমমমদা পৈশা অনী-অনী পী। নাশিরুদ্দিন বেড়ীনা অনাগী তরেৎ তৌই। খুৎশা মরক্তা বেড়ী চপ্লগা কন্ন-কন্না নুং য়ৌনা চিংবা ঙম্লবা মতাঙনি। মিঠাইসু কয়ারক লৈদুনা চাখিবা মশিঙ লাকপা ঙমদ্রে।অউ-অউবা পংলৈতা লৈদুনা চাবদা ঐখোয় অনীগী পূক্তি অদুম থনখ্রবনি। তাঞ্জাদুদা কদায়দগীনো বাঁসি অমসু নরেনগী মখুত্তা পায়বা উরম্মি। মৈদা ইক্লগা ডিজাইন তৌবা টিপেরা বাঁসিনি। মাগী থমোয়নূংদা লোত্তুনা থমজরম্বা সুর কয়া, বাঁসিদু কাম্ম-কাম্মদুনা ফোংদোক্লবা হোৎনৈ। মরক্তা অমুক টিকেৎ চ্যেক তৌখি। নরেন্না লূপা অনীখক পীবদা টিটিদো করিসু হায়রমদনা অদুম চৎখ্রে।

কুলাউরা জঙ্কসশন য়ৌরকপদদি ঐখোয় অনীমক জ্ঞাণ মাঙখ্রে। অমরোমদা য়েংলুই ট্রেন, অমরোমদা য়েংলুই ট্রেন। মায়কৈ খুদিংমক্তা ট্রেনদমক ঙাইরম্লে। করম্বা ট্রেননা কদোমদা চৎকদৌরিবনো ব্রাখলদা লামবা ফংলক্রে। ঙাইহাক ব্রাখল খল্লগা ঐনা হায়, 'কলকতা চৎসি নরেন, য়ূম থাদোক্তুনা চেল্লবনি পাকিস্তানদা লৈরুদনা কৈদৌকনি'।

মানা খুম্লকই- 'কলকতাদি ইন্ডিয়াদনিনে ভাই, চংবদা চে-চাং চংই, হেক্তা চৎপা য়াবোই'।

ঐঙোনদা পাউতাক পীশিল্লে খল্লুদুনা ঐ হাইফেৎ ব্রারৌখি। 'খুনৌ লৈকাইগী তা বীরেনদি মমাগী অষ্ঠি পুরদুনা কলকতা চৎখি চে-চাংসু য়াউখিদে মদুদি করম্মা?' ঐনা হংই।

- শেল পীজরগা চৎপা ওইরমগনি। অদুবু অরিচা, গোয়ালন্দ য়ৌদ্রিমখৈদি জ্ঞান তাখিরোই। মফমদুদগী জহাজদা কলকতা চৎলি হায়নৈ। অরিচা য়ৌনবা করম্বা ট্রেন চৎলি হায়বদুসু থিসি।'

নরেননা ট্রেনগী পাউ লৌবা চৎখ্রিঙৈদা ঐখোয়গী কাদা মীনা ত্রিক-ত্রিক ইন্নবা হৌরক্লে। সিলেটকী শাহজলাল দরগাহদা মুসলিমশিংগী 'উরুস' উৎসব মতমদা মফম মফমদগী লাকপা ফকির কয়ানা 'ইশকেফনা' ওইবদুনা অমগ-অমগা খুৎনীং ইন্ন-ইন্নদুনা লাইশোল শোল্লগা দরগাহ তম্না ফূজিল্লকপগী মওংনি। ঐতা কাহৌরগা মরোইবে হায়বগী মতাগুম শিব-নাবা কিদমখৈ কাখৎলিবা যাত্রিকশিংগী মায়থোঙ উরুবদা মালেমসিদা মিনুংশি হায়বদো লৈত্রবোই নীংলুই। মীয়ামদুগী মরক্তুদা ঐগী লেংগা ওইনা তৌবী নূপীমচা অমা ব্রানা লৈবদু উবদা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলগা ইনাক্তা ফমহল্লি। মহাকসু তৌবীমল উৎপা ওইনা মীৎচিনা হাইফেৎ নুংশিনা য়েংলকখি। মীয়াই চল্লবী নূপী অমসু অঙাং মচা অমগা উচিন-নাচিন্না চিল্লবা মীরক্তুদা কাখৎলকখি। মমা ওইবম্বা য়াই খনখি। নরেনগীদমক ঙসাইমখৈ কনদুনা থল্লম্বা মফমদুদা

মখোয়শিংদো চন্নবা ফমহনলি। অদুগা নূপীমচাদুনা ঐগী ইনাকমক্তদা। চিনখ্রবা মীয়ামদুগী ইন্নবদা ইনাক্তা মহাক্কী লৈনাদগীসু হেন্না থোৎলবী হকচাংদুগী শুক্ষৎনা ময়ায় কারবা ঈথিল অমা ঐঙোনদা নৌহৌনা ফাওরকখি। ঐ লৈতাবা ঙমখিদে। নূপীমচাদো কুচু কুমেন শেংই। ময়াংশিংদা তাঙনা থোকপা কুচুনি। মশাসু তবা-তবাই। মায়থোঙদুসু য়েংবদা নুংশিবা পোকই। মমীৎ অনীদু লাউরপ তৌরগা লুতক তাই। সংসারগী অৱা-অনঙগী মশক উরবা মমীৎনি। হঙ্গাম মপাল মচুগী ইচম-চম্বা লংজমগী পারবা শাডিদুনা ফনা চেকশিন্না লোৎশিনগে হোৎনজববসু ঈথক-ঈপোম্না থল্লবা হকচাংগী কয়াৎশিংদো লোত্তুনা থম্বা য়াখিদে। ঐনা মুন্না য়েংবদু উবকপদা ইকায়রপ তৌনা পারবা ফিজিদুনা খুমজিন্নবা হোৎনখি। ঐখোয়না ফল্লিবা মওংদো অশুক্কী মতিক মওং চাদনা য়াম্না চিন্না ফল্লম্মি। মওংদুদা মা-ঐ য়াম্না তোইনা কা-হেন্না নকশিন্নরকপা কয়া অমসু য়াওখি। মথোৎ কারকপদা ঙাইরিবী বাঙ্গালী নিঙোল অমগা মতৌ অসুম্না ফম্মিন্নগনি হায়বদো মঙদা ফাওবা থল্লুদে। হরাউবা অমদি নূঙাইবনা লুতোন শাৎখি। অকিবা লৈতনা মাগী মিং তূমিন্না হংলুই। ঙাইহাক অকোয়বদা কোয়েং য়েংলগা অঙাং মচানা বানান তৌদুনা হায়বগী মওংদা তপ্না খুম্লকই- 'মে হে র বা নু'।

-'নমাগা নৌপ্পাগদি উরে অদুগা নঙগী আব্বাদি উদেনা!' ঐনা খঙহৌদনা হংলুই। মেহেরবানুনা- 'ঐ ইথন্তনি' হায়রম্লগা মীৎলুদগী শিন্থখিবা মপি ফিজিনা লোন্না তৈথোক্লবা হোৎনৈ। যাত্রীকশিংগী কাথোক-কাশীন কুমথোক-কুমশীনগী চরাংনবা মরক্তুদা ঐখোয়না শানরিবা ৱারীদো কনানসু থওইনদে। ঐসু তাঞ্জা চারে হায়দুনা ৱাহং কয়া অমসু হংখি। মহাকসে সিলেট ফেঞ্চুগঞ্জগী কুশিয়ারা তুরেল তোর্ব্বানদা তাবা পীক্লবা খুঙ্গং অমদগীনি। ধাকা তম্না মচেগী মনাক্তা চৎলিবনি। মচেদো ধাকাদা ইমূং অমগী 'মাতারি' ওইরি হায়। মাতারি হায়বদি মীনাই নূপীনি। মমা মপা অমত্তা লৈখিদ্রে। হি তোংলদুনা

কুশিয়ারাদা ঙা ফাবা চৎখিবদগী মপাদো নোংপোক পাকিস্তানদা তত্তনা থোকপা সাইক্লোন্না লৌশিনবীখ্রে, মমানা কোলেরানা। মখুরানা য়োকপনি মখুরাদুনা শেল লৌরগা লৈকাইগী মরল লৈবা হনুবা অমদা যোঙ্খোক্কদৌবা ঈবাং উরকপদগী মচেগী মনাক্তা চেল্লিবনি। মাগীদমক খল্লুবদা থমোয়দা নুঙাইতবা পোকই অমরোমদা মাসু ময়ূমদগী চেল্লকপনি খল্লুবদা নোকনীংবসু ফাউই। ঐসু মাগুম্না য়ূম থাদোক্কুনা চেল্লকপনি হাযবদুমদি তাকথোক্তে। কবি ব্রাখলদগীনো খঙদে ঐনা মপুক্লীং য়েংথোক্কে হাযদুনা হংলুই- 'মেহেববানু নঙ ঐগা লোযনদুনা চৎসিদনা'? অদুদগী মেহেববানুনা ঐগী মাযথোঙসিদা চিক্না তুমিন, চাগবদৌগুম শংত্রিক যেংদুনা লৈখি। ঐ খঙই মানা য়েংলিবদু। ঐবু বিশ্বাসকি খলদা ওন্নবা লাক্লবিবনি। ঐসে কদায় ফাউবা থাজবা যাবা মীশক্লো হায়বদো খঙনবা।

চহী নৌবিবী মতাং ওইজরবসু ফিভম্না মী অমগী পুক্লীংগী ব্রা, মীৎযেং অমুক্তদা লায়না খঙবা ঙন্থী নূপীমচানি মেহেববানু। মহাক ঐবু চিংনরকপ তৌই। হংলকই, য়ূম কদাইদগীনো? ইমা পাবুংদি লৈরিব্রা? করি জাৎনো? চিনফা পুবগী মওংদা ঐনা খুম্মী- ঐ মৈতৈ মচানি, ইমা ইপা শুনা লৈরি, সিলেট সহরদগীনি। কদাইদা করি মরমগী চৎলিবা হায়বশিংদুদি ঐনা মাগী মফমদা লোৎখি। ঐগী থমোয়দা অমকপা কয়া অমদি লৈখিদবা নত্তে অদুবু নুমিত্তুদদি মেহেরবানুগী মীৎয়েংদুগী মরুমদা ঐগী মক্লবা ব্রাখলশিংদো অমমম ওইনা মাঙখিবগুম তৌই। কারন চৎপা ব্রা হংলুরব্রা খল্লুদুনা ঐনা ইক-আক তৌরগা হায়, ফাগি তৌবনিদা। শাউরবরা? শাউগনু।

করি খল্লুরবনো খঙদে, খঙহৌদনা ঐগী খুৎ অনীদো পূল্লপনা পায়শিল্লগা মপি ঈরা চেল্লদুনা করিগুম্বা খরা নিজনীংবগী মওংদা হায়রকই- 'নঙনা ঐবু পুবিনীংবা মফমদা পুবীয়ু, মীনাই ওইয়ু হায়রসু ওইজগে। মদুম তৌরবসু অব্রাবসিদগী নানথোকপা ঙম্বা য়াই। অল্লাহগীদমক ঐবু অমুক্তদি কনবিয়ু'।

ঐসু ত্তৌফম খঙদনা তৃমিন্না ফুম্বংননা অদুম লৈখি। মরমদি মহাক্কুম্বী অমবু কনবীবা হায়বসে মতমদুদা ঐগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈখি। ঐহাক ইশামকসু মীচেল অমনি। খুদক্কুদা ইশাসে ইরাল অমা লৈত্রবসু মবাল লৈরবা মীওই অমগুম খঞ্জরকখি। ঙসাইমখৈ পায়শীনদুনা থন্নম্বা খুৎ অনীদো তপ্ন-তপ্না শত্তোকপগা লোয়ননা থমোয়দদি নীঙমদনা শোনজখি, হে মেহেরবানু ঐসু নঙগুম্না উপাই লৈজদ্রবা নাইতোম তারবা মীশক অমনি। ঐহাক নখোয়গী ধর্মদা 'বিয়াকর' হায়নবা মপালদতা অফবা শাশিন্নবা, থমোয়দি মাংবা অদুমক্তি খল্লুনু। ঙন্নবদি নঙনা ঐবু ঙাকপীয়ুকো। অদুদম্বী নরেনবু থিবা ওইনা ৱাহে অমত্তা হায়রমদনা চেনবোই চৎপোই মফমদুদগী থোক্লকখি।

কুলাউরা জঙ্কশনগী ক্রিক-ক্রিক ইন্নববা মীয়ামলক্কুদা পীদোল্লবী শজি মচা অমগুম্না মদোম তরক-তরক মশাবু কনজনবা হোৎনবদো হাইফেৎ উহৌই।

জঙ্কশন হায়বসিদা ট্রেন অয়াম্বা য়াম্না কুইনা লেপ্লি। পূং অমরোম চংনা প্লেটফোর্মদা নরেনবু কোইথি থিরি। অদুবু মেহেরবানুগী শুম্মৎলবা শক্তমদুগী মঙলান অমদা ৱাখলসিদি ইতাউ তাউরি। তাঞ্জাদুদা নরেন্না তুংলোমদগী খোঞ্জেল হৌনা কৌরকই- 'নঙ ঙসাই মখৈ কদাই চৎলুই? ঐনা নঙবু উঁদবদা নুংশা থীরুরে'! মহাক য়েংবদা শাউবা মাল্লি। শোয়দনসু শাউরমগনি মরমদি ঐখোয়না তোংলকপা ট্রেন অদুমক আখাউড়া ফাউরগা ধাকা চৎকদৌরিবনি। অদুদগী ধাকাগী আরিচাবন্দর, হিথাংফম য়ৌনা চৎলগা অমুক জাহাজনা কলকতা। অদুবু পঙ্ছুংফমদো য়ৌনা পুবীগদৌরিবা ট্রেনদুদি হৌজিক্তা থাখিবগী মুরবা কোয়লাগী মৈখু ৱা-ৱা কাবদু হৌজিকসু লেপত্রি।

-'অদুদি করম তৌবা তারে!' ঐনা ইপং-পংনা হংলুই। নরেন্না শাউনা খূন্নকই- 'অহীং অথেংবদা ট্রেন অমবুদি লৈ হায়, মদু লোকেল ট্রেননি আখাউড়াদা অমুক শীনবা তাই'।

ঐখোয়না লাউনরিঙৈ মতম অদুমক্তদা তমথীবগী মশক ওইরবা মকোয়-মরাঙ চোম্বা মীওই খরনা মেহেরবানুবু মীয়ামলক্তগী মশা লাম্ভুনা

স্রো-স্রো চিংদুনা পৃথিবদু উই। রেলবেগী পুলিশ অনীখকসু য়াউই। কুম্মৈ ওইনা য়েংনরিবা মীওই খরনা ভাঙনৈ- মথুরাগী পৈশা হুরানদুনা চেনগে তৌরম্বদগী খঙনরক্তুনা ফাবনি। হায়নরিবশিংদো ওইরম্বসু য়াই, ওইরমদবসু য়াই অদুবু ঐনদি মেহেরবানুনা পৈশা হুরাল্লমগনি হায়বদু শুকথা থাজবা ঙমখিদে। মরমদি মাগী মীৎয়েংদা, মায়থোঙদা শেংনা চল্লবা, থাজনীঙাই ওইবা করিগুম্বা পোৎশক অমদি উখি।

মতম কয়াগী মতুংদা ভেটিকান সহরগী লৈতেং ওইরিবা মাইকেল এঞ্জেলোগী 'পীয়েটা'দা থব্বায় য়াউদ্রবা যীশুবু কোল্লদুনা লৈরিবী নুংনা শাবা মেরিগী মীৎ অনীদুদা 'করিগুম্বা পোৎশক অদু' অমুক হন্না উখি।

অথেংবা অহীংগী ট্রেন অদু নোংয়াই মতম অদুব্রাইদা থুংলরে। ঐখোয় তহা-তহা ট্রেনদা কাখৎলি। তপ্ল-ঈংনা জ্ঞান তানা কারল্লবসু য়াবা জাৎনি। নুমিদাংগা ওইবনে লোকেল ট্রেনগা ওইবনে মী থোইনা তোংলমদে। অদুগীসু মথক্তা ট্রেন অসিনা চৎকদৌরিবসে আখাউড়া ফাউবতনি। ইকোম-কোম্বা কা অমদা খোংগ্রাই চল্লগা নরেননা বেড়ীদো প্রেক-প্রেক লাউবা মখৈ চিংলগা, জাৎ-জাৎ ব্বারী শাই। মপূং ওইনা নূপী-নহাগা মরি লৈনবা ওইনা তৌই। ব্বারীদুদা মুনখিদুনা ট্রেন থারে হায়বা ফাউবা খঙহৌদে।

নরেন মমীৎ খুই। মশমসু চপ চপ য়ুংই। অসিগুম্বা মীওই মীতৌসি অহল লমনগী পাউরৌদদি মীকী লাইকিদবা মীনুংশি চেনদবা শাথীবা মীনি হায়নৈ। ঐনা মাগা পুংজা খরা লোয়নরকপসিদা মদুগী মওং মঙোনদা উখিদে। খরচনচিংবা অয়াম্বা নরেনতনা তৌই। ঐনা তৌগে হায়বা মতমদা খুম্মী- 'ঙাইখো, থমখো হৌজিক মতম লৈরি' হায়দুনতা লৈ।

লৌ-থাংদবা য়াম্লসু চম্বা মীনি নরেন। মশাগী মরমদসু তশেংনা হায়দোকপা ঙমবগী মরিংজেল অমসু লৈ। অমরোমদনা ঐগীদি লৈতে।

ওয় থংবা ঐগী মীৎসি খুই হায়বসে ঐ কনাদসু হায়দোকত্রি। নামা খুবা ঐগী মীৎসি লোৎপা হোৎনবদা মহা অমনি। নবেনদি মশানা লিজৈ, মীৎ খুই হায়দুনা ঐবু ময়াম্মা লক্লে- 'ঐদি তম্মাইতমক উবা মীনি। শরূক তম্মাইতা পীজববসু ঐদি হোয় মায় হায়রোইদবা জাৎনি। তৌবতবু ঐনা ময়ামদগী হেন্না চাই'। হা হা নোকই। মহাক জোকবসু মাল্লি। মীবু শুক্ষৎনবা ব্রাবী শাবসু ওনথোক্লা হৈখ্রে। ব্রাবী,ফাগি জুগাই তৌথোরকপা কানদা মীবু পেলহনবগী শক্তিতা নত্তনা মঙোনদা ঈশৈ নোংমাইগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমসু লৈ। মীওইবগী গুণ অসিনি ঐগী পুন্সীদা খ্বাইদগী মিহৌনীঙাই ওইনা থোকপা পোৎশক।

মতম অদুগী ঐখোয়গী চহী মতাঙ অদু অপাম নুংশিগী ব্রাখলনা পূমলাক লাকশিনবা মতাঙনি। লৈপূং ফম্বদা অসিগী ব্রাবীনা মপূং ওইনা শানৈ। ব্রারীদুদগী শীঙ্গরকপা রসশিংদুগী মহাউনা চাব-থকপা পূমকাউ কাউহল্লি। মঙদসু মদুগী নুঙাইবা শরূক কয়া ফংখিদবা নত্তে। শিবগঞ্জ লৈকাইগী মোহিনিবু ঝুলোনগী অহীং অথেংবদা লম্মাংদা কৌথোক্লগা নরেননা করম্না করি তৌখিবা মচা খায়না লীরকপা ব্রারী তানা তানা খল্লি, হে ঈশ্বর নঙনা নূপী হায়বা জাৎসে শেমলমদ্রবদি ঐদি শোয়দনমক্কি আত্মাঘাত তৌরম্মগনি! তৌববুদি মতম অদুদা ঐদি মপুঙ ফানা নূপী-নহাগা শম্নবগী তাঞ্জা ফংখিদ্রি। লোন্না য়েংবা মীৎয়েংদা নূপীগী অরোৎপা শরুক খরবুদি উখি, মদুনা ঐঙোনদা অঙকপা নিশা অমা কাহনখিবদুতনি।

ট্রেন থারবা তুংদা মীয়াম কাথোক কাশিন তৌফম ওইনরিবা ফুটবোর্ডতা ফমদুনা চৎলি। ইলেক্ট্রিক লেম্প পোস্ট, উপাল-ব্রাপাল, লৌবুক-লম্মাং, পাৎ-তুবেল মচা কয়া অমা অমম্বদা তুংওইননা লৈহৌবদু চিংনা য়েংলদুনা মমৈ মকোক শম্নদবা ব্রাখল কয়া অমসু খনখি। স্টেশন মথং মথং থেংনৈ মমিংশিংদো অয়াম্বনা পুন্সীদা তাখিদ্রিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঐনা ময়ামদো চিনফা পুনবা হোৎনৈ।

আখাউড়া য়ৌরমদায় মতমদদি চীংখৈ হুল্লে। ওয়-য়েৎ হাই-হুম্না চৎপা রেলগী টিকেট চ্যেক তৌবা নূপা অমা লাক্লগা যাত্রীকশিংগী টিকেট য়েংই। ঙাইহাক মীয়াম পূম্নমক পাখৎনৈ। কাদুদা তোংলম্বা জাত্রীক কনামত্তা টিকেট য়াওবা উদে, মমল তিক্লরগা মানা-মানা ঙমজবা পৈশা ওইনা পী। মখাদা তূপ্লিবা ভিক্ষারীশিংদুবুসু থাদে। মখোঙনা কাওরগা তূম্বদগী হৌদোক্লগা পৈশা লৌবী। অঙকপা মীওইনি। মীৎকুপ্তুদা নরেননা ওনথোকপা ব্রা অমা হায়রকই। ঐদি নোকপদা পূক্লি পায়। -'খঙব্রা টিটিসিনা হাই-হুম্না চৎলিবসে, মপুন্সীচূপ্পা হাই-হুম্না চৎপা ট্রেন তোংবদগী মাগী হৈনবী ওইখ্রবনি। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমদা নীকশিনবগী হৈনবী লৈখ্রবদি মাসু নীকশিনদুনতা লৈরদবনি। হৈনবী হায়বসে অসিনি। নীকশিনবদা নুঙাইবা ফংলবসু হৈনরুনু ভাই। ব্রাখল য়েৎ-ওয় চৎখিনি।' ঐনা নীকশিনবগী অর্থ হংলুবদা মাগী খুববা মমীৎনা পীরকপা ঈঙ্গিৎতা ময়েক লানা উবা ফংখিদে। তশেংবদি টিটি অদু পোলিয়োনা মখোঙ নামা চিংবা ওইরমগনি। মরমদি মতমদুব্রাইদা পোলিয়োগী কেস য়াম্না লৈখি।

আখাউডা, কুলাউড়াদগীসু হেন্না চাউবা জঙ্কশননি। নোংঙালমদাইগী মতম খরদো লৈনাঙ চুবা ঈশং কারবা প্লেটফোর্মগী চেক্ল থাবা লৈমায়দা কাং-হয়িং মরক্তুদা অহেনবা ফিরোলসু অমত্তা য়াউদনা য়াম্না ব্রানা লেল্লি। অদুবু থমোয়দদি খঙ্গখি পুন্সীগী অহানবা ওইনা থেংনরিবা ঙসিগী অব্রাবসি করিসু নত্তে হায়না লৌগদবনি। মসিবু ঙমদ্রবদি শাংলবা লম্বীসি করম্না চৎকনি। ব্রাখল অসিগী শক্তিমক্লসু ঐগী তুংগী পুন্সী খোঙচত্তা মন্ত্রগুম্না কান্নবা ফংখি। মসিদগীসু শরুক কয়া হেনবা অব্রা-অনঙ কয়া এশিয়া, য়ুরোপ, অমেরিকাগী লম্বীদা থেংনখিদবা নত্তে।

ব্রান-ব্রানা নোংঙাল্লে। চাক লাম্বনসু মীৎ তনদন পাইবে। ফুরিৎখাউসু হাঙলে। অরেম্বদা ক্কা-বেড়ী, অথুম-অহাউ চাথোকপদা তুংগীদমক খস্থহৌদবনা করিসু লেমহৌদ্রে। ঐখোয় অনীমক অমনা অমদা য়াউরমখিগনি হায়বগী আশাদা খরচ পংতৌতা তৌখি। হোটেলদা

চাক চানবগী পৈশা শুদদুনা পুরি-তল খবা লৈরগা চা কপ অমনা য়েন্নদুনা চামিন-থ্রকমিন্নখি। পৈশা লৈবকত্রবদুদদি ইশাসে কোকচাওবী কারক্কে। করি উপাইনো হৌজিক তৌগদৌরিবা! নরেননদি হায়রকখি- 'চিন্তা তৌরুনুদা, উপাই অমা শোয়দনা থোকচরক্কনি'। কোন্না হাযদোবকপদগী খঙবনি, মাগী ফুরিৎখাউদা তেলঙ্গা পাইনবগী পাত্রিং-পাবা চে-না য়োমশিল্লগা থম্বা সনা খবা যাউবি হাযবসে। মদুদি জুৱাবদা থাহৌদ্রবা মমাগী নাচোম্নি।

তৌববুদি য়ূম থাদোকত্রিঙৈগী মমাঙদা ঐসু পুক্লীং শেম-শাদুনা লোইরক্লবনি। খবর য়োনবা খঙদে হোটেল বোয় ওইবা খঙদে হিংনবা উপাই অমা থিগনি। বাংলাগী মমিং চৎলবা কবি নজরুল ইসলামসু ময়ূম থাদোক্লুনা চেল্লকপা মতমদা আখাউড়াগী মফম অমদা জীবিকাগীদমক তল তকলম্মী হায়।

করিসু তৌনীংঙাই লৈতবগী হৌনবী, ঐখোয় অনীমক তনদে-মানদে কোয়চৎ চত্তুনা মায়কৈ শুনা য়েংলম্মী, কবিগুম্বদা সনাশুবগী দুকানকা হাংব্রা হায়দুনা। আখাউড়া জঙ্কশনদগী নোংপোক পাংনা চুমদ্রিং চৎখিবা রেল লাইনগী মথক্তা শান্নবগুম চোংল-চোংলদুনা চৎখিবদা পূখ্রি অমা থেংনখি। রেল লম্বী থোনবগী লৈপাক তৌবদা পূখ্রি ওইখিবনি। ঈশিং য়াম্না লূই। ঙা মচা-মচা চাবদু ফাওবা শেংনা উবা ফংলম্মী। দেশ অসিগী পূখ্রি, পাৎ, তুরেলদা অঙকপা ফংনা ঙাগী জাৎ শুনা লৈ হায়বসিদি অচূম্বনি। কনানা ফারগা, চাদুনা লোইগনি!

নরেনদি মনূংদসু খুদৈ মচা অমা শেৎলম্মী। মাগী ফুরিৎখাউ পানবা পায়জামা শৎ-হুকতোক্লগা টার্জানগী মতৌদা চোংথখি। ঐগীদি কৌপিনগুম্বা লেঙ্গুটা অমা য়াউই। ঐসু মাগী মতূং ইন্না চোংথৈ। নীং-শুম্লপ তৌবদু লোৎনবা মতম খিবিক্তা ঐদি লেঙ্গুটা অমা ইথা থাদে। মপাল-নুংপাল থোকপদদি ৱাইদি চিনবা জাৎনি। ঐখোয়না পোকপা মতম অদুৱাইদো চাকতাং মতম্নি। প্রোটিন, কেলোবিকা চাং

নাইনা ফংখিদে অদুনা মরম ওইদুনা হকচাংদা অশোয়বা কয়া লৈখি। অদুবু কেনীংবা ফজনীংবগী থিংঙমদ্রবা ব্রাখল অমনা হকচাংগী অথীবা, অশোয়বশিংদো শেল ইচং-চংদবিদা কৃপশিন্নবা হোৎনৈ। কাউদ্রি, রেসনদা য়েনবা গজ অমগী মার্কিন ফিনা তাইখিবনি লেঙ্গুটা অদু।

ইব্দজবা কারকপগা পূখ্রি মপানদুমক্তদা অচোৎপা ফিরোল ফৌন-ফৌনা নিংথম থাগী মেংলবা নুংশাদো পেন্না য়াইনবা হোৎনবম্মী। চাকশু য়াম্না লাল্লবা তাঞ্জানি। উইন-উইনা মঙ ওই তাইবংওই, ভান্দ্রা উৎসবকি য়েঞ্জাং অহাউ-অহাউবা মথেল কয়া চাবম্মী। অদুবু পূক্তি থনবা কৌবা লৈখিদে। নরেনদি লোংখ্রাক লোংনা হিপ্পগা বাঁসি খোংলম্মী। মাগী বাঁসিগী নীংথিববা সুরশিংদো অব্রাং বাংলাগী লালন শাহগী আধ্যাত্মিক ওইবা বাউল ঈশৈ -'খাঁচার ভেতর অচীন পাখি কম্‌নে আসে যায়্', পোননুংদা শকখঙদ্রবা চেক্লাদো করম্না লাক্লি করম্না চৎখি ! সিলেটকি হাসন রাজাগী মরমী ঈশৈ- 'লোকে বলে, বলেরে ঘর বাড়ি বালা নাই আমার..... কি ঘর বানাইমু আমি শূন্যের মাঝার' (মীনা হায়নৈ, ঐগী য়ুম অসি ফজদে, মালংদা করম্বা য়ুমবু শারুনি ঐনা)। অব্বাস উদ্দিনগী ভাটিয়ালিসু য়াউখিবা মাল্লি। থৌনাও নিক্লগা থোরকপা খোঙ্খোক্কি ভাটিয়ালিদা সুর পাল্লগা বাঁসি খোংবা মতমদা নোকমি-নোকমি ফাগি ওইনা নরেননা হায়খি -'অব্রাং বাংলাগী নুংশানা চেকখায়রবা নূংলক্তা ষনগাড়ীনা হাই হুম্না, চোংখৎ-চোংথ চৎপদুদা নিকপদো অদুদগী থোরকপা ঈশৈনি, বন্ধু'।

ভাটিয়ালি ঈশৈগী অয়াম্বা ব্রাহৈদা 'গাড়ীয়াল' (ষনগাড়ী থৌবা) হায়বা ব্রাহৈ অসিমদি শোয়দনা য়াওরবনি। সিলেটি বাংলা লোলদা গাড়িযালগী 'ল' লৌথোকখ্রগা তারকপা ব্রাহৈদুগী অর্থ ফজফাত্তে- 'মতাও হায়বনি'। হৌজিক্তি মতম'দুদা তাখিবা হিন্দি ফিল্মগী ঈশৈ, বাউল ভাটিয়ালি, ভাওইয়া, মরমী ঈশৈ, হৈব-হৈতবা অমনবু শক্লবসু অমনবু শক্লবসু হেক্তা তানীংবা পোক্লে।

ঐখোয়না অমুক হন্না প্লেটফোর্ম তম্না হল্লকপা মতমদা সিলেটতগী থাকা চৎপগী ট্রেন অদু লাকপগী মখোল তাই। সনা কায়খোকপা চৎপা নংগদৌবা মানদ্রে, টিটিনা ফা-ফাদবা হেক্তা 'গো-রসি' হায়দুনা নরেননা হায়রকই। চৎলসি হায়বগী নরেননা পুথোকচবা থাহেনি।

ট্রেন প্লেটফোর্ম য়ৌরক্লে। খংপ্রেক-খংনা নরেননা অয়ৌবি খোঞ্জেলদা লাউরকই- 'ফাদর কম! ফাদর কম'!

শ্বায় লাউবনা লৱাই শাৎখি। চেনসি কদাই লোৎসি কদাই তৌরিবঁদা নরেনগী শাথীরবা মপাবুং শ্রীলালমোহনসিং, ঐখোয়নীগী মাঙদা অবতারগী ফিভমদা লেপলম্মী।

ঐসু অহল অদুগা লোয়ননা য়ূমদা অমুক হল্লকখি। স্টেশনদা নরেনগীদমক মরৈকাই মীয়ামশিংনা মাবু ওকলম্মি। ময়াম্না মাবু য়োমশিল্লগা লৈরিবঁ মতমদা ঐদি তূমিন্না মফমদু থাদোক্লম্মী। খুৎত্তদি নরেননা শিন্নরম্বা বাঁসি অদু পায়রম্লি।

থৌদোক অসিগী মতূংদা নবেনগা পুন্সীদা অমুক হন্না থেংনখিদ্রে। অমুক্তি তাখিবগুম তৌই, মখোয়গী ইমূং অদো আসামগী মাইবোংদা ময়ূম হোংদুনা চৎখ্রে। পুন্সীদা নবেনগা অমুক হন্না থেংনদ্রবসু নূপীগী ইন্নফি অমা ইল্লদুনা ট্রেনগী কাচিন অমদা ঈশৈ শক্তুনা বাঁসি খোংদুনা লৈখিবা মহাক্কী নুংশিনা নোকনীংবা মায়থোঙ অদদি কৈদৌনুংদসু কাউবা ঙন্নরোই। হৌখ্রবা মতমগী অধ্যায় অমদগী মখুৎ অনী তিংথোক্তুনা ঐগী অঙাং ওইরিবঁ পুন্সীবু নরেননা মরক মরক্তা নুংশিনা কৌরকই।

**Childhood is the Kingdom where nobody dies.**

***- Edna St. Vincent Millay***

১৯৪৭ জুন থাগী ৩দা লোর্ড মাউন্টবেটন্না ইন্ডিযাবু হিন্দু অমসুং মুসলিম জাতি অনীদা যেনথোক্লকনি হায়না লাউথোক্লম্মী। মতম অদুদা সিলেট জিলা অসি আসামগী মনূংদা লৈবি। কবি মবমদগীনো হাযবদি ঙমদে, সিলেট জিলা অসিদমক বেফবেন্দম লৌহনখি। মুসলিমশিংগী মীশিঙনা খবা যামখিবনা জিলা অসিগী অযাম্বা শরুক থা অদুমক্কি তাং ১৪ দা পাকিস্তান ডোমিনিযনদা চংলে হায়না লেপখি। পাকিস্তানননা ঙমখিবা বেফবেন্দমগী ভোট মশিঙ শুপ্নতগী ৫৫,৫৭৮ তনি।

ইন্ডিযা-পাকিস্তান খাযদোকখিবগা লোযননা হিন্দু-মুসলিমগী মনূংদা যুগ কয়াদগী লৈবকপা চান্ন-চিন্নবগী মবি খংতং-তংখি। ঐদি মতম অদুদা চহী মঙাদমক শুবিবা অঙাংনি। পীক্লবা অঙাং ওইব্বসু হিন্দু-মুসলমান অমগা-অমগা ঙক্রো-ঙমু হাৎপদৌনা পংহাৎ-হাৎনবগী মীনুংশি চেনদ্রবা থৌদোক কয়াদি নিনফুং-নিনফুং ওইনা তাখী। শিব-নাবগী মরমদা হৌজিক-হৌজিক ঐঙোনদা কিনিঙাই ওইনা ফাউরক্লিবা

ৱাখল মতমদুদগী থমোয়দা চুখি। হিন্দু-মুসলিম অমনা অমবু থাজনদ্রে। করিসু লৈত্রবা তোকঙাদা মখোয় মশেল হাৎনবদা চুম্ব-লানবগী ৱা লৈরক্লে। জাত-ধর্মগী নামাবলি মরুমদা চৎপা লিচৎ-শাজৎ অসি শা-ঙা ফাওবদা লৈতবনি।

১৯৪৭-৪৮দা ইন্ডিয়াগী মফম-মফমদা হিন্দু-মুসলিম হাৎন-শুনখিবদু ঐ খর-খরা ভাব তারে। মরূওইনা নীংশিংবদি, মেঘনা তুরেলগী মথক্তা শাবা ভৈরব-বাজাব থোংথক্তা ট্রেন খান্নগা হিন্দু পূন্নমক হাৎলে হায়বগী পাউনি। পাউ অদু নোংমা নুমিদাংৱাইবম খুরাইবুঙো বাবুনা কাজিরবাজারদা কৈথেল কাবা চৎলুবদগী তফিং-তফিং হল্লকপা মতমদা ইমাদা তমলক্সী। নে-না তাদবা মখৈ স্বর হোল্লদুনা পাউসে তম্বা মতমদা অরেপ্পা লৈতনা অৰূম্বা খোঞ্জেলদা মহাক্লা কৃষ্ণ-কৃষ্ণ শোল্লি। মহাক্লা শোনখিবা কৃষ্ণ নাম অদুম্না শোনবা ঙসি ফাউবা কনাগী মচিনদগীসু তাদ্রি। ভৈবববাজার, কুমিল্লা অমসুং ধাকাগী মরক্তা লৈবা মফম অমনি। মৈতৈ ওইরবসু ঐখোয় হিন্দু বৈষ্ণব অমনি। লাইবক থীদুনা হাৎপিবা তারবসু কৃষ্ণ নামগা কোন্ননা শিবনা পূণ্য ওইগনি খল্লব্রা খঙদে পাবুংনা ইমূং মনূংগী লাইশঙ ওইনা শেমদোকপা কাদুদা নীক্লব-খোঞ্জেলনা ভাগবত গীতা, শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত, সাধক কন্ঠহারনচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং তূমিন-তূমিন কপ্ন-কপ্না পারগা তাহনখি। মপানথোঙদা কৈদৌনুংদসু মচা-মশুদা ফোঙনা নুংশিবা উৎলকখিদ্রবা পাবুংনা নুমিৎ অদুদা ঐখোয় ইচিন-ইনাওশিংবু কৌশিল্লগা অমমম মতমবাক্তা ফমহনখি। পাবুংনা মচা নুংশিবগী শক্তম অদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি।

রেফরেন্দমগী মতূংদা অয়াম্বা হিন্দুশিং মথৱায় কন্নবা ইন্ডিয়াদা চেন্নখি। পাবুংদি চৎলসি হায়বা য়াখিদে। ইমাদা হায়- 'ইপা-ইপূগী পোক্লফম লমনি। ঐখোয় পূন্নমক্কি নাউফমসু য়েন্নখা অসিদা ফুন্সী, অদুগা ঐদি পোক্লফম লমদমদা শিজগে হায়নসু লেপখি। মসি ঐগী পুক্নীগী অমত্তা ওইবা আশানি... কায়হননীংদে মায়'মা, অদুবু খঙদে লোইনমক কর্মনি।' পাবুংনা ইমাবু মায়'মা কৌই। ইচে অহল মায়গী মমানি হায়বগী।

সিলেট অসি পুন্য লৈবা লমনি হায়নৈ। চৈতন্য মহাপ্রভুগী মপা ইবুংঙো শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পোক্লফম লমদম্নি অমসুং আউলিযা ৩৬০গা লোযননা যেমেনদগী ধর্ম শনদোকপা লাকপা দববেশ শাহজলালগী দবগাহ্না ঙাক শেল্লিবা মফম্নি। ইন্ডিযা পাকিস্তানগী মফম কযাদা হাৎন-শুনবগী ৱাথোক কযা থোক্লবসু সিলেটতা মদুক শাথীবা ঘটনা কযা লৈখিদে। সিলেট সহবগী নযাবাজাব খুলগী মৈতৈ অহল অমদি বাযোটতা শিখি হাযনা তাখি। মহাক্না ফৈজোম শেৎলমদ্রবদি ঘটনা অদু থোক্লমলোই হাযনৈ।

হিন্দু-মুসলিমগী বাযোট থোক্লিঙৈ মমাঙ ফাউবা মুসলিমশিংসু ফৈজোম শেৎপা হঙ্গোইবমদে। বায়োট লোইববা অমদি পাকিস্তান ওইববা মতৃংদা ইসলামগী অনৌবা ঈহৌ অমা লাকপদগী ফৈজোমগী চৎনবী লৈখিদ্রে। মৈতৈ অহল-লমন্না শেৎচববসু নহাবোলশিংদি ফৈজোম থুপচিল্লগা লুঙ্গি ওইনা শেৎনৈ। অদুবু পাকিস্তান ওইববা মতৃং ফাউবা ফৈজোম শেৎলম্বা মুসলিম ভদ্রলোক অমবুদি·ৱাখলগী মিংশেলদা শং-শংনা উই। মহাক্কী মমিং মোহমদ আব্দুব বহিম কৌই। সিলেট সহবগী মনূংদা খ্বাইদগী চাউবা কৈথেল বন্দববাজাবদা লালকুঠী সিনেমা হোলগা থংননা লৈবা গ্রামোফোনগী দুকান অমগী মপূনি। মহাক্তি ফৈজোম নত্তনা অতৈ কবিসু শেৎতে। শিৎ-নান্না ইস্ত্রি তকপা আতব চাইবা পুমযাৎ ফুবিৎ লিৎলি অদুগা মতমদুদা যাম্না চৎনবম্বা সেনগুপ্ত ফৈজোম শেৎলগা অমুবা পমসুজ খোঙউপ্না মমাঙগী গুঞ্জা কাওব-কাওবগা চৎলি। মশমসু বেকব্রশ তৌবগা হাৎলি। চহীদি নিফুকাগী অদুৱাই ওইবম্বা য়াই। ফৈজোম শেৎপা মুসলিম ভদ্রলোক অসিগী দুকানদা মবক-মবক্তা শাপম লৈকাইগী অৱাং থংবদা লৈবা লাইশ্রম সুবেননা ঐখোয় অঙাং খববু মাগী খোঙলোই ওইনা পুবগা চৎলি। থাগৎলগা ঙাউজবা জাৎকি খমথেংবা মিংচৎ লৈবা মীওইনি মো আব্দুব বহিম। অদুবু অপংবমক্তি নত্তবনিনা থাগৎপা মতমদা থাজনীংঙাই ওইবা আর্ট অমা চংই। অদুনা সুবেননা ঐখোযবু মাগী

থাগৎ-ঈশৈগী দোহার ওইনা পুবতনি। অহানবা পুবা নুমিত্তা ঐখোয় অঙাং খরবু ড্রামাগী রিহার্সেলগুম্না তম্বীরগা হায়- 'পূক থন্না চা-সিংহারানচিংবা পীজনি, ঐনা রহিম ভায়বু প্রমিথেস বড়ুৱা ( বাঙলা ফিল্ম হিরো) মাল্লি হায়রকপা মতমদা নখোয়না মঙোনদা মুন্না য়েংদুনা লৈয়ু'। মতমদুদা ঐদি প্রমিথেস বড়ুৱা কনানো মশক খঙদ্রি।

শাপম লৈকাইগী লাইশ্রম সুরেন, অঙাং ঐখোয়গী গুরুনি। মাবু খল্লদবা অঙাং লৈকাইদা লৈখিদে হায়বা য়াই। স্কুলদা, য়ূমদা তাকপী-তম্বীদ্রবা পারাসি মহাক্না ঐখোযদা তাকপী-তম্বী। বিদ্যাশিং অদু আদি রসতগী হৌরদুনা বেড়ী থকপা তাস শান্নবা, মীগী ইংখোলদগী পোৎ হুরাল্লুবা অসি ঙাক্তা ওইনা তৌই।

গুরু সুরেন কাছাড়দগী হোংলকপনি। লাইরিক লাইশু তম্বগী ৱাখল চেনবা মীশক নত্তে। 'ক' ময়েক উরগা কপ্পা জাৎনি। অদুবু ময়াম্বুং বীরেনদি পাইলোট অমা ওইনা বিশাখাপাতনমদা লৈ হায়না তাই। লাইরিক লাইশুদা মথৱায় য়াউদ্রবসু ফুটবলদি মৈ হৌনা শান্নবা হে। কোর্নর কিক মাগী ট্রেড মার্কনি। হৌজিকসু ময়াম্না শোন্নরি। মাবু পোকপা অহল অদু বৃটিশকি মতমদা পুলিশ ওফিসার ওইরম্মী । সুবেদারনি। মধুমঙ্গল কৌই। সুবেদার মধুমঙ্গল মাগী দ্যুতি ফজনা মশক খঙবা মীওইনি। নোংমা কাছাড়ী বেঙ্গুল-খোংবা অমনা ঈশিং অঙাওবা খরা থকচিল্লগা নুংথিল পোবোপ্তা বেঙ্গুলদা 'এলার্ম' খোংবা তাবদা সিফাই অচৌ-মচা খায়দনা লোয়নমক মাগী মনাক্তা চেনশিল্লকখি অদুগা হিদাক ঙাওদুনা তৌবা কাংলম চাদবা থৌদোক অদুগীদমক খরা চৈ-থাংনরল্লগা হন্নখি। তৌইগুমসুং সুবেদার মধুমঙ্গলনদি চৈ-থাংবদা মীগী মপা-মপূ পনদুনা চাং খরা হেনখিবম্মী। মদু তাবদা বেঙ্গুল-খোংবদুগী হিদাক ঙাওবা খুদক্তা হনখিদি হায়ববু সুবেদারগী থৱায় লৌগনি ৱাশকখি। মথংগী নুমিত্তা সুবেদারনা পেরেড গ্রাউন্দদা লাকপদা য়াম্না থৌন ফেঙলবা, ময়াংশিংনা 'বোতি' কৌনবা মখোঙ পানবা ঙাশেম-থাংনা সুবেদারগী মঙক তম্না হাইথখি। অদুবু শোয়দুনা

ফৈগলদা পানখি। মদুগী অহীং অদুমক ঈ চৎপা হেনমনদুনা সুবেদাব নোংঙ্গাখি। দ্যুতি তৌবিঙৈদা থোকপা থৌদোক্লি হায়দুনা গুরু সুবেনখোয় সবকারদগী পেনসন ফংলম্মী। মপা-মপূ সাহেবকা শম্নবকপনা কেজবা লূজবা পামজবা মীনি গুরু সুরেন। স্নো-পাউডর, কোই ফানবগী নুংশিবা মনমগী লোশন, মশম তৈনবা ব্রিলক্রিম, কোট পেন্ট মবোল-মরোলনচিংবা পোৎচৈ শুনমক মবাঙ কায়না থম্মী। অদুগা মঙোনদা তমজনীংঙাই ওইবা পোৎশক অমনা সাধনা অমগা লোয়ননা তৌবা মশাগী শাজেল অদুনি। ইমানা ঐবু তত্তনা চৈ-থাংবদা য়াউই- 'ওক্তে হায়রিবা সুরেনসি ফাউবা অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা মশাগী শাজেল তৌই, নঙদি করি জাৎকি অঙাংনো ! চি থুংবা হুইগুম্না ফমূংদা তাশিনদুনতা লৈরিবসিবু!'

অয়ুক ঙন্না হৌগৎনবা ঐসু কয়া হোৎনৈ। মঙ্গলারতি মতমদা লৈ হুরানবা থোরকপা হিন্দু বাঙ্গালী নুপীমচাশিং অদুবু গুরু সুরেন্না করি করি তৌখিবা ! ইশামক ওইনীংখি। অদুগীসু মথক্তা নোংঙাল্লমদাই মতমদা মৌনহাশিংনা কনামত্তা লৈরমলোয় হায়দুনা মফি লৌথোক্লগা পূখ্রি থোংগ্রাদা ফমদুনা মশা পূম্না তিব্বত সাপোন নোইবদু য়েংনীংদবা কনানো ! অদুবু তূম্বনা নমহৎখিদুনা নোংমতা য়েংবা ফংহৌদে।

গুরু সুরেননা য়াম্না চান্না তৌজবা শিষ্যনি ঐ। অঙাং অমগী ওইনদি কিনীঙাই ওইবা থৌরম কয়াদা ঐনা মাবু হয়িংগুম্না কোইন-ইন্নে। য়েনখা-য়েংখুলদা লুমদুনা তূমিন-তূমিন মৌ-লৈশাবীশিংনা করি তৌবা তৌদবা মদু য়েংলুবগা মহাক্না কামসুত্রদা ইবমদ্রবা দৃশ্য কয়াগী ৱাবী তাহল্লি। ৱাবীদা ময়াম কাখিদুনা নোংমদি হেলোইনা চেনবগুম মাগা লোযননা সিলেটকি কাজিরবাজারগী ষন-য়োনফম মনাক্তা লৈবা ওক্তবী খুঙ্গং তম্না চৎলি। চহী মতাঙ অদু মায়দা কোই অদুগা শেগ্রাক্তা তুখব-খবা হৌবকপা অমদি মপূং ফারবা পাখং শাজনীংবগী খোরো-খোরো খোৎপা মতাঙনি। পাখং অমগী ভাবতা ঐসু কোই নাল্ল-নাল্লদুনা ইঙেল থাগী নোংজু মবক্তা ওক্তবীশিংগী খুঙ্গং তম্না অকিবা-নুঙাইবা অমসুং

পাপ পুন্যগী ব্রাখল খন্ন-খন্ন চৎলি। অদুবু হায়ঙমদ্রবা অকিবা অমনা নমহৎখিদুনা মফমদু য়ৌদ্রিবঙেদা চেল্লকখি। কুইরবা তূংদা হমবুর্গকী 'রিপরভন' কৌবা মফমদুদগীসু মওং অসুম্না চেল্লকখি। খঙদে ঐসে মীকিথী হায়বা মীদুরা !

গুরু সুরেন সিলেট টাউন ক্লব টিমগী ওইনা ফুটবল শান্নে। প্লেয়রশিংদা ক্লবনা জর্সিতনি পীরিবা। অতৈদি মরনাই পুথোকচৈ। অদুনা মতমদুদা শান্ন-খোৎনবসি থৌনাইদবা, লম হেনবা, লাইরিক লাইশু তমনীংদবা, চাব-থকপদি ব্রাৎতবা মীওইশিংগী মথৌনি হায়না লৌনৈ। গুরু সুরেনসু অদুগুম্বা থৌনাইদবা মীনি। মী লক্লবা, নূপা-নহা লৈত্রিবঙেদা নূপী অঙাং লুম্বা, মীবু থাগৎ-খোকত্তুনা চাথোক-থকতোকপা অসিনি মাগী হৈনজবী। গুরুগী তুং ইল্লদুনা অপরাধগী মশক ওইরবা থৌরমসি ঐসু থব্রায় হকচাং য়াউনা শরুক য়াখি। হৌজিক মদু পূম্নমক্তু নীংশিংলুরগা নুঙাইরক্কে। ইকায়বা অমা ফাউরকই।

পাকিস্তান ওইরবা মতূং ১৯৫৪ দগী লাইগী সেবা-নুংবাদা, কীর্তনদা ফেজোম শেৎপা নত্তনা ফেজোম শেৎপগী লীলা লোইরে হায়বা য়াই। ফেজোমগী মহুৎ বর্মিজ লুঙ্গি, পায়জমানা শিনখি। ঙকনীঙাই ওইনা থোকপদি মৈতৈনা ফোংনা লুঙ্গি শেৎপা, পাঙলগী দুকানদা চারু-থক্লুবা অসি থিংলম্মি। ঐখোয় লৈকাইদদি প্রায়শ্চিৎ তৌহল্লি। ১৯৬০ গী মতূংদগী খর-খরা অহোংবা লাক্লে। ঐনা উবা ফংহৌবদা ময়াং পাঙলনা ফেজোম শেৎপা রহিম ভায়না অরোয়বনি।

ঐখোয়না লৈরিবা খুল অসি ময়াং পাঙলনা মায়কৈ মরী কোয়শিল্লগা লৈবা মৈতৈ খুল অমনি। শাপম লৈকাই কৌই। ময়াংশিংনদি শাপম লৈকাই হায়রগা খঙদে। কনাগুম্বা লালা কৌবা জমিন্দার অমনা তৌরম্বা পুখ্রিগী অকোয়বদা তায় হায়দুনা লালারদিঘীরপার কৌই। শুপ্নগী মৈতৈ যূম কুনলোমতনি। যূম্মাক্লা তরুক-লাইশ্রম, ইঙুদম, হাউবম,

খুনদোম, কাংজম, থোকচোম। তোংজৈ মরিল ফাওবগা মণিপুরদগী ঙারি ললোনবা লাক্লম্বা থোকচাউ পুরেলনা শনদোক্লম্বা থোকচোম শাগৈগী শুবোল মরীগী মীশিঙনা হেন্না তাই। অদুগা শাপম শাগৈদি কবম্বা মতমদা মুৎখিবা হায়বা ঙমদ্রে, লৈত্রে।

নক্লনা লৈমীন্নবা মুসলিমশিংগা মৈতৈগী চৎনবীগা খম থেংনা খেন্নবা লৈববসু নুংশিনবা অমদি ইজ্জৎ কায়দনা চৎনবগী মরি অমদি লৈবম্মী। মশিঙ য়ামদবা জাতিনি হায়বগী উশিৎ থওইদবসু তৌরমদে। চমজববসু মবিংজেল খাবা জাতিনি হায়দুনা কি-হঙ্গোইনা চৎলি। লৈকাইগী মীনা অমসুং মপানগী মীনা তমথীবনি হায়না কিনবা মীওই দুদুমিয়া, শুকুর মিয়া, কাশিদ আলি, কালা মিয়া, মখোয় লোয়নমক্লা মৈতৈ মচাদা খক হৌ-খোৎপা লৈখিদে। মরক-মরক্তা মখোয়না মিং অমত্তদি তত্তনা শোল্লি-'মণিপুরীসে লিংজেল য়াম্না লৈ অদুবু মুক্তাসিংহমুক মকনথী-মথৌনা লৈবা মণিপুরী, ময়াংদসু মৈতৈদসু উদ্রি ! শবিৎ-শরাৎ হৈখ্রবা জাৎনি, খুৎলায় পায়বা ঐখোয় মী তরা কুনগী মথক্তা লাম্বা পাই। চেনদে, ঐখোয় মাবু ঙমদে'।

মুক্তাসিংবু ঐনা হাইফেৎ খঙহৌবগুম তৌই। মীদি ব্বাং চাউদে। মুনরং তৌরদুনা মশা-মউ মরে-মরে তায়। ময়াদা সনা তোপ্লি। মকোক তাঙই মবে লোম্মি। ইমাদা ইনে কৌই। সিলেটনা পাকিস্তানদা তিনখিবগী চহী অমা অনী মতুংদা পাকিস্তান মুসলিমশিংগীদমক্তনি হায়বা নীতি অদু উবদগী মহাক আসামদা শেল তানবা চৎখি হায়।

মতম অমদা আসামসে 'জঙ্গলমে মঙ্গল' কৌবা লমনি হায়দুনা মুক্তাসিংতা নত্তনা ময়াং পাঙল, মৈতৈ কয়াসু মঙ অমগা লোয়ননা আসাম চৎপনি হায়না চৎনরম্মী। ১৯শুবা শতাব্দীগী ময়াইদা অমেরিকানশিংনা সনাগী খনি লৈরে হায়দুনা কালিফোর্নিয়া তম্না ফৃজিনবা 'গোল্ড রশ' অদুমক্লি।

আসামদা শেল তানবা চৎখিবা শাপম লৈকাইগী ইঙুদম মুক্তাসিং ময়ূমদা অমুক হল্লকখিদ্রে। ময়ূমদা হন্নবা ভাড়া ফাউবা

লেপশিনবা ঙমদনা আসামগী জঙ্গল অমদা য়াম্না ৱানা মতম লেনখি হায়। ময়ূম মকৈসু পাল্লমদে। বাংলাদেশ লাল লোইরবা মতূংদা ময়াম্বা গনেশ্বরগী মচা অহল রবেন্না মাবু থিবা চৎখি। রবেনসু ঐনা খঙবদা হল্লকখিদ্রে। নিনফুং-নিনফুং তাখি, মাসু আসামি নূপী অমা লৌদুনা মচা-মশু ফংখ্রে। কামখ্যাদেবীগী লমনি। নুংশি-নুঙোলগী লাংদা থুখিদবা মী তাঙনা থোকই। ইশামকসু লাংদা থুখিবা অমনি। মুক্তাসিং অমসুং রবেনগী লাইবক্তা করি তমখিবা মদুগী মখা তাবা পাউ অমুক হন্না লৌরুবগী খুদোংচাবা ফংখিদে।

বাংলাদেশকি তমথীরবা লানদা মতম অমগী স্টার ফুটবলর কাংজম সুরেনসিংহসু ময়ূম মকৈ থাদোক্তুনা চেনখি। মমা-মচল-মচা অমদি কৈরোই-লৈকাইগী নূপী-নহাদা ওৎ-নৈদুনা লৈরম্বা ওক্তে-ফত্তে মীনুংশি চেনদে হায়না কি-তুকৎচনা লৌনবা সুরেনসু, পেরলাইসিসনা চৎপ-খোৎপা লেঙব-লাকপা ঙমদ্রবা মমাবু পোরগা মেঘালয় বোর্ডরগী রিফ্যুজি কেম্প য়ৌনা চৎখি। খোঙচৎ অদুদা শিব-নাবা থোকপা য়াবা থৌদোক কয়া মহাক্না মায়োক্নখি।

১৯৭১ গী মেরা লাংবন থানি। থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা নুমিদাংগী অমম্বদা খোঙনা পাকিস্তান আর্মিগী বঙ্কর থৈন্ন-থৈরগা মহাক্না লুচিংদুনা শাপম লৈকাইগী মৈতৈ খরবু পুরদুনা চৎলি। খরা চৎলগা ছাতকি বেতিয়ারা কৌবা মফমদা ফ্রিডম ফাইটর তরামুক্তি অশিবা হকচাংশিং মখোয়না থেংনখি। সুরমা তুরেলগী অৱাং তের্খান দুরবীনটিলাদা পাকিস্তান লান্মীবু মতেং পাংলিবা শা ওল্লবা বাঙ্গালী আল বদর, রাজাকার গুন্ডাশিংনা লুট অমসুং লোয়নরক্লিবা লৈকাইগী নূপী অঙাং অত্যাচার তৌনবগীদমক হোৎনবা মতমদা গুন্ডা অমগী মখৌরি মেত্তুনা হাৎখি হায়। গুন্ডাশিংনা চেনখ্রবা মতূংদা, লোক্তুনা লৈরম্বা মফি-মরোল থোংদ্রবী, য়ানা খোমজিন চিকথৎখিবগী অমসুং খুজিলনা অরোৎপা মফম খোত্তৎপগী দাগ লৈরবী নূপী মরীসু মহাক্না চেকশিন্না শেন্নদুনা মফমদুদগী মাইল ১২ লাপ্লা মেঘালয়গী বোর্ডর য়ৌনা পুরকখি।

সিসেরোনা হায়রম্বা লৈ- 'লানদা আইনসু কানুনসু তূমিন্না লৈখি।' বাংলাদেশকি লানদা থোকখিবা থৌদোকশিং অসিমক্তা মদুগী শাক্সিনি। খুনৌ অমসুং নোংমাইথেম লৈকাইগী মৈতৈ নিঙোল খরগী ইজ্জৎ লৌখিবগী ৱারী, লুগুন থাংবা চন্দন থিনবগীদমক নোংমৈনা কাপ্তুনা মৈতৈ মচা হাৎখিবগী ৱা কনাদা ৱাকৎলুনি ! ঐনা হায়রিবা শরূক খরদং অসিদি সিলেট সহরগী ঘটনাতনি। অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদা করি থোকখিবা মদুগী ৱাদি য়াউদে। অসিনি হৌরকফম খঙদ্রবা লোইশিনফম খঙদ্রবা অনী অসিগী মরক্তা হাইদুনা লৈরবা মীওইবগী নুংশি হৈত্রবা ৱাখলগী শক্তম ! কুইরবা মতূংদা ঐনা তাখিবদি, ওক্তবা মচা ওইরম্বা সুরেনসিং অসি কাছাড় জিলাগী মকুন্দা হোস্পিটালদা অনাবশিংগী সেবাদা মপুঙ্সী লেনখি হায়। লায়েংশঙ অসি মরূওইনা কুষ্ঠি থুংবশিংগীনি।

শাপম লৈকাই অসিদা হিন্দু-ময়াংগী য়ূম অমত্তনি। য়ূম্বুগী মিংনা যাদবলাল দাস কৌই। শাপম শাগৈগুম্না মুৎপ্রবা জমিন্দার লালাগী অরাপ্পা মরি মতানি। লাই থোকপা মতূংদা মায় চাম্বগুম লালাগী নীংখায়রবা ফুরা শঙ অদুদা মখোয়না মপূ শারগা লৈ। যাদবলাল দাসনা কোনবা লম য়াম্মি। লমশিং অদুগী অয়াম্বা শরূক শুক্লবা মোংশোংনি। কৈশাল, য়োং, লমহুইনা মকোন শারগা লৈ। চহী খুদিংগী মোংশোং অসিদা ময়াংশিংনা থাং-তা পায়রদুনা ধুলক য়ৈরদুনা শাদাল্লি। মরূ ওইনা য়োং, কৈশাল ফানবা তান্নে। য়োং ফারগদি শেল য়াম্না ফংই। য়ুরোপ অমেবিকাগী লেবরেটরিদা এক্সপোর্ট তৌখি। কৈশাল হাৎলগনা ট্রোফি ওইনৈ। শা তানবদু য়েংবদা কুম্মে অমনি। মোংশোং মরক্তা চাউর-চাউরবা জাৎ-জাৎকি হৈনৌ, জাম, কোনা হৈখাগোক, হৈনিং, লৈহোরি, মঙ্গৈনচিংবা পাম্বী কয়া হৌই। মদুগী উহৈ-ৱাহৈশিংদু শেকপিনচিংবা উচেক-ৱায়াশিংনা অমদি য়োংনা খরা চাথোক মীনা খরা হূরান তৌদুনা লোইখি। য়োংচাক পাম্বী অমা হৌবদুদি মেরাগী মতমদা তেকথব-মখৈ মপাল শাই। মদুদি কনামত্তনা হূরানবীদে। লৈকাইসিদা লৈরিবা মৈতৈশিংগীদমক ঈশ্বরনা পীনবনি হায়না খন্নে।

য়ুম্বুগী মমাঙদা ফোংনা য়োংচাক হেক্কবসু য়ুম্বুনা ৱারৌদে। মরমদি য়োংচাক্কী মহাউ ময়াংশিংনা লৌবা হৈত্রিবা অমদি য়োংচাকসে চাদবা উহৈ মখল অমনি হায়না লৌনবা মতমসুনি। হৌজিক্তি মকৃ ফাওবা লংশেক্লদ্রে।

যাদবলাল দাসপু মী পূম্নমক্না যদুকাকা কৌই। মৈতৈগী কুম্মে ফিয়োংদা মৈতৈগুম্না যদুকাকাগী ইমূংসু শরূক য়াই। কাংগী নুমিৎ তরেৎনি অদু মান্ডপতা লাইরিক তায়। জয়দেব চোংই। য়ূম খুদিংগী পালি নাইনা ক্ষেচ্রি কৎলি। যদুকাকাসু ইমূং হুপ্না লাকই। জয়দেব চোংবা খোৎপা অমদি ক্ষেচ্রি চাব-থকপা লোইরগা নহারোল চোইহা ঐখোয় খরনা লাই শংবা ওইনা কেম্পিংগী মতৌদা মান্ডপতা তূম্মী। নীংখা তম্না বেড়ী চিংবা, গঞ্জা থকচিল্লগা ঈশৈ লাউবা, ৱাচোয় ঙাঙবা, পূং মাঙ্গং খিংদুনা চোং ফনবা অসিনি মান্ডপতা তূম্বগী নুঙাইবা। ৱারকপীনবা, ঙাঙবীনবা কনা লৈত্রবদুদা নীং-তম্বগী নুঙাইবা ফাউরকপদু মীওইবগী ইন্দ্রিগী অঙকপা মশক অমনি। যদুকাকাগী মচানূপা বাদল কৌবা অমা লৈ। গঞ্জাবু থক্লুরবা রবিন্দ্রনাথকি ঈশৈ অহীংচূপ্পা শক্কনি মাদি। খোনশিদা শকপা ঈশৈ অদু কনানসু তাবীদে। তূম্বা কায়রে হায়দুনা অকামপেৎকা লোয়ননা লৈকাইগী মীওই খরনা ময়ূমদগী লাউরকপদু তাই -‘কনা লৈবগে, মখৌরিদো অমুক্তংদি খোঙপাক্না তাহৎলুবা’। নোংঙাল্লগা খুনদোমগী ইনদোন লৈমনা ৱাই শিৎন-শিৎনা মুরূম-মুরূম শোল্লি- ‘মাঙঙে মাঙঙে! লৈকাইসে, অসিবু হৌনা লমচৎলা ফিনূংগী ৱা পুথোক্নুনা অহীংচূপ্না লাউনবসিবু’। হায়জবা লাউজবতনি অসুম্না লমচৎ নাইদবা ওনবদসু নুঙাইবা অমদি লৈরম্মী।

চাক তাঙবা মতমনি। খুৎকি শিনফমসু হৈত্রবা, প্রজাগী খাজনাসু কাদ্রবা জমিন্দার অসিগী ইমূং লায়রবদা খম থেংবা হৌরে। চানীঙাই লৈত্রগা চেং-চাক খরগীদমক লমগী শরূক খরা, অমা ওইরে শরূক খরা হেক বঙ্কোব থমদোকপদা নোংমদি উপাই লৈত্রদুনা যদুকাকা ইন্ডিয়াদা রিফ্যুজি ওইনা চেনখি।

মৈতৈদসু বঙ্কোবকী লায়না লৈতবা নত্তে। যদুকাকাগী ফিভম অদুমক য়ৌখিবা মৈতৈ ইমূং লৈরমদ্রবসু অয়াম্বা মৈতৈগী সনা-লিককোন, ময়ূম-মকৈ বঙ্কোব চৎখিবগী ঙাঙন-শোন্নবা তারে। ঐখোয়গী যূমসু বাধিকাবমন কৌবা শেনদোয়চাবা মীওই অমদা নোংমা বঙ্কোব থমলম্লগা পাবুংনা মণিপুবদা থবক থিবা থোবকখি। পাবুংনা মণিপুব থোরকপা মতম অদু ১৯৫২দা ওইবমগদ্রা খল্লি। চাউবাকপা নীংশিংলি। ১৫ আগস্টতা আসাম অমসুং মণিপুরদা শাথীবা ফংনা যুহার হাখিবা মতমদা ঐ বাবুপাড়াগী বেঙ্গলি হাইস্কুলদা ক্লাস থ্রি/(ফোর)দা মিং চনবতা ঙায়রি। তশেংনমক্কি স্কুল কাবসু মদুনা অহানবনি। যদুকাকাগী মচানুপা বাদলদি ইন্ডিযা চৎসি য়াদদুনা মতোমতা লৈহৌই অদুগা কায়নথংদা বাংলাদেশ ওইরবা মতূংদা মুসলমান ধর্ম চত্তুনা মুসলিম নিঙোল অমগা ময়ূম পানখি হায়বা তাখি।

ভারত-পাকিস্তান খায়দোক্লবগী মতম অদু লম লৈবীনবা মী য়াম্না তাঙনা থোকলম্মী। লমগীদমক কনামত্তা মীহৌনরমদে। দেশ থাদোক্তুনা চেনগদৌরবা হিন্দুশিংগী লমবু কনানা লৈবীগনি। 'ফলাই দেস তো মোরে দে' লংশেক্লমদৌ লৈরদি ঐঙোনদা পীরম্মো হায়বগী মওংদা লৈনখি।

হৱাগাড়ী শেম্বা, হৱাগাড়ী থৌবা, নূপীনা ফি-রোল-ঙা ফানবগী ইন শাবগা য়োনবা, লৌৱাইরোমদনা লৌ-শিং উবা অসিনি সিলেটকি মৈতৈশিংগী শিনফম। খরনা মাইনর পাস তৌরগা পুলিসতা চংই। মেত্রিক পাস তৌবা অমদি ফেল ওইবশিংনা পাঠশালাগী ওঝা ওই। শিনফম অমমম লৈজবনা মৈতৈ অমত্তা লাইরবগী অবোয়বা থাকমক্তি যৌখিদে। মন্নন্তরগী (বেঙ্গলগী চাক তাঙবা) মতমদসু চাকনিবা মৈতৈ থোরকখিদে। অদুবু অশেংবা ইনাক-কৈরাক খুনবা হাযবদুমকসু লৈরমদে। থৌদাম লৈকাই (আম্বরখানা), সংস্কৃত কলেজগা থংনবা লৈকাই কেৱাপাড়া অমসুং শিবগঞ্জ লৈকাই অসিদা সনা-লূপা অমদি হৱাগাডী শেম্বগী কাববার তৌদুনা মরাঙ কায়না শেল পায়বা যূম মঙা-তরুকখক লৈরম্মী। শিবগঞ্জ কৌবা লৈকাই অসি সিলেট সহরদা খুনদাবকপা মৈতৈদা খ্বাইদগী হেন্না যূম্নাক য়াম্বা লৈকাইনি।

ঐবু পোকপা ইপা অদুদি গভর্নমেন্ট গার্লস হাইস্কুলগী ওঝা ওইবম্মী। মশানা হোৎনজদুনা লাইবিক তমজবগা ওইজখিবনি। লাইবনা হৌবকপা মীগী হৌনবী মযাং কংই। মশাসু শোল্লি। চাবা থকপা মতম নাইদবনসু মশাদা অলসব লৈবম্মী। যামখিদ্রবা ওঝাগী তলব অদুগী মথক্তনি ইমুংসিনা লেল্লিবসি। ইচিন-ইনাউ নিপালবু লাইবিক তমহনবা অমদি সংসাবগী হাবি-জাবি মযাম হোৎন-হোৎনদুনা মশাগী যুম্ফমদা ভিংঘনা কৃপ্পা চেককি দলান অমদি থল্লম্মী। যুম অদু তৃপ্ত চাবা খঙদবমখৈ ট্যুশন তম্বীবগা শাখিবনি। লাইবজববসু ইপানা ইমুংগী কা অমা থন্না সংস্কৃত, পালি, বাংলা, ইংলিশ, ফ্রেঞ্চ লোলগী লাইবিক অমদি অভিধান থল্লম্মী। অদুগা লোযননা ভূর্জপত্রদা ইবা হিন্দু ধর্মগী অবিবা লাইবিক কয়া। লাইবিক মযামদু হুবানদুনা ঐনা নৌনা জুব্বাব শান্নবা হৌবা মতমদা খনদা ওল্লগা চানমামুগী দুকানদা যোলম্মী। দুকানদগী পোৎ চৈ লৈবদা লাইবিকশিংগী চেনাদুনা যোল্লকপা পাবুংনা থেংনখিদবা নত্তে কনানবু সুক তাংলবা লাইবিক অসিবু মুর্খ দুকানদাব অসিদা যোনথোক্কল্লিবনো হাযনা হাযনা চেনাদু নুংশিনা লোইশিল্লি। কাউদ্রি নোংমা 'শব্দকল্পদ্রুম' কৌবা বাংলা লোলগী থাববা ডিক্সনবি লেংবানদা থোংগৎলগা যোনবা চৎলিভেদো সাধনবাবু কৌবা উকিল অদুনা সেবগী চাংদগী হেন্না পীবগা ঐঙোনদগী লৈখি। অদুগা পাউতাক পীবগুম্না হাযবম্মী - 'হযেং তৃংদা নীংঙমলকলোই নৃপামচা, অমুক হন্না অসিগুম্বা থবক অসি তৌগনু খঙব্রা'।

লংজমগী হাফ-পেন্ট অনী, ফুবিৎ অনী ঐগী শব্দক ওইনা চহীদা অমুকলক থুংই। অদুবু অহোঙবা ফিনা অহোঙবা খলিফাদা তৃবনি। সিলেট পুলিস-লাইনগী বিকাবি বাজাবদা (মৈতৈনা কাং চিংনবিবা মফম) লৈবা তেনামিযানা ঐখোযগী পবম্পবা ওইনা লৈবক্লবা খলিফানি। সিলেটতা ফি তৃবা মীবু খলিফা হাযবগা ইজ্জৎ পীনৈ। তেনামিযাগী ফিতৃ-মওং অদুসু মুগলনা পাল্লিঙে মতমগী স্টাইলনি। অদুবু মা নত্তনা খলিফা অতৈ হোংবগী অধিকাব লৈবমদে। খোঙউপতি অহানবা কলেজ কাবা নুমিত্তা উৎ মচুগী ফিগী খোঙউপ অমা তোংখি। মেত্রিক পবিক্ষা অনীবক থাবদগী উচিন-নাচিন্না ১৯৫৮ দা কলেজ কাবা হৌবা মতৃংদগী কেনীংবগী হাযঙমদ্রবা ঈবাং অমা ফাউবকখি। ইমুংগী উপাই লৈতবা ফিভমদুদা ঐগী নীংব-থুংগনি হাযবা আশা মবিক

অমত্তা লৈবমদে। ঐনা থাজবা অমগা লোযননা খল্লি, জুৱাব ইমাইবেম্মগী কৃপা মঙাইবে। জুৱাবসু শান্না, লাইবিকসু তম ঈবম অনীমক লেপত্রবসু মপান লম কযা চৎনীং-যেংনীং-কোযনীংবগী ঈহুন অমা তত্তনা ঘড়ীগুম্না থমোযদা ধং, ধং ফৃবদি লেপখিদে।

ইমাগী বা খল্লুবগা যাম্না তবক-তবক তাবা ইচিক-চিকপা পোকপা মীৎকুপ হেক লাকপগুম তৌই। মীৎকুপ অদুদা ঈশ্বরদা থাজবা পোক্ত্রবসু থমোয অসি অপবাধগী চিন্তানা সনাহল লোকচাওগী নৃংদুমমুক লূমথখি। ৱাখল, পুক্নীং কালেনথাগী পৃত্রি খ্রক-খ্রক কংবদুগুম্লম্মী। কবিমত্তা হৈনীংবা পোক্তে। অঙাং ওইর্বিবৈঙদা ঐগী ইচে অনী মথং-মথং লৈখিদে। অনীমক্তা ঐবু যাম্না নুংশিনা তৌই। মক ওইনা মায কৌবা ইচে অহল অদুনি ঐবু অমুক হেন্না নুংশিনা তৌবা। মহাক্তা ঐবু পৃত্রিদা ইকুজবী। খুৎ শন্নদুনা বাসলীলা যেংবা মান্ডপতা পুবী। মখুৎনা চাক ইনবী। স্কুলদগী কলেজ যৌদ্রিঙে ইচে অদু কোলেবানা (পুকচৎ) শিখি। চহী মতাঙ অদু অশি-অনাগী অর্থ, লৈতব-কাযনবা পুন্নমক অসিগী চৈনাখোল খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রিবা মতমনি। ঐনা কপ্পদুদা ইমাসু হিক্ল-হিক্লা কপ্লগা ঐবু থেম্মী-কপকনু 'বাবা' (ইমা-ইপানা নুংশিনা কৌবা ঐগী মিং), ঈশ্বরনা যাম্না চানবা মীদি মহাক্লা থুনা পুবগা চৎখি। ইমানা থেম্বদুদা খবদি অৱাবা কোক্লম্বা যাই। ঙসিদি ঐ অঙাং নত্রে। ঐবু থেম্বীনবা ইমাসু লৈত্রে। অদুবু ঙসিসু ইমা লৈখিদ্রে হাযবগী কপনীংবা পোকপা কবিগুম্বা অমদি ইবৈতা লৈ।

নুমিৎ, থা, পৃথিবীনচিংবা গ্রহশিংগী লম্বেলদা নিযম কাযবা থেংনদে। থা থোকই, নুমিৎ থোকই। তাখি। মহৌশাগুম্না মে থাগী অতিযাসু নোংগী মপৈনা কৃপশিল্লি। সংসাবগী খোঙচৎ তাল অমত্তা কাযবা তৌদে। অদুবু ঐনা ইমা হাযনা কৌজবা মীওই অমদি ঐগী পুক্সীদা তাল কাযনা মাঙখিবা মিং অমনি।

১৯৫৮ গী লোইবমদায়দা যূম থাদোকই। অদুনা অবোযবসু ওইখি। নীংশিংই, নুমিৎ অদুদা ইমানা ফিজিদা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা থোঙ্গাল মপাদা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌবদো। ঐঙোনদা ৱাহৈ অমত্তা হায়খিদে। ঐসু কবিমত্তা হায়বমদে। ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা কায়নবগী মৈচাক অমা ঐগী থমোয় হুত্তুনদি চৎখি। গ্রেগোরি পি চুখ্রাইগী ফিল্ম 'ব্যেলেড ওব এ সোলজর' দা ঐগী য়াম্না থমোয শোকপা মতাঙ অমা য়াউই, কনাগুম্বা লান্মী অমগী মমানা লানদা চৎখিবা মচা অদু অমুক হল্লকখিনি হায়বগী আশাদা সন্ধ্যাগী তাবমদায় নুমিৎকি অঙাংবা মচেৎনা ফূবা মায়কৈ অদুদা য়েংদুনা লৈ। লান্মী অদু কৈদৌনুংদসু হল্লকখিদে। অদুমক্লি ঐগী ইমানা ঐবু ঙাইরম্বসু। ইমা শিবা থেংনহৌদে।

ঐনা য়ূম থাদোকপা চহী অনীরোম মতূংগী ৱানি। গৌহাটিগী মণিপুরী বস্তিদা সনাশুবা জিবনসিংগী দুকান মচা অদুগী মনীংদা পীকখ্রবা কা অমা লৌদুনা লৈরী। কা অদুসু অমুক অনীথোক্লা ৱাচেৎকি ফক্লাংনা খায়দোকই। কা অনীমক ফমূং অমমম থাবা য়াবগী মওংদা খায়দোকপনি। খোঙহামশঙগা হেক থংননা চৎফম লক্ষীমত্তদা ফক্লোংনা খাজিনবা মতেক অদুনা ঐখোয়গী চাকশঙনি। খোঙ-খুৎ তিংথোক্তুনা তিংলি-য়াংলিবা মতম খুদিংগী ঐনা ফক্লাং অদুদা কাওরুদবা নুমিৎ লৈখিদে। শুম চারবা ৱাগী ফক্লাং অদু নোংমদি কায়দুনা তেকথবকখি। থংনবা কাদা বদরপুরঘাটতগী লাকপা লালজি মতৈ-মনাও লৈ। লালজি গনক বামোননি। অয়ুক ঙস্তা থোকখিবদুনা নোংয়াই য়ৌরগসু হল্লকপা য়াওই। শেগ্রাক্তা খুদৈ অঙাংবনা য়োমশিনবা কামাখ্যাগী সিন্দুর তৈবা লাইবিক অদুমদি ইথা থাদে। মখোয় লুহোংবদি কুইবে অদুবু মচা-মশুদি ফংদ্রি। অতেকপা ফক্লাং অদু কনামত্তনা শেমজিনগে হায়বগী মতৌ উদে। ফক্লাং তেকখিবদুনা ঐগীদি খুদোং ফনা চাখি। খোঙ-খুৎ মবাং কায়না তিংথোকপা ঙম্মী। মঙদা শ্বব ফুনবগী লায়না অদু কোকখি। নুংশিৎ-নুংশা খরদুম হেন্না ফংলমই অদুবু মতু-মচা লৈত্রিবা নূপা-নহা

অমগা পর্দা-ফক্লাং খাদনা লৈবসি হৈনদরববা খঙদে, মতৃগী ইন্নফিনা পর্দা ওইনা লালজিনা খনজিল্লি। লমতা শজিবুগী কয়লাস শৌদোকপমখৈ শাববা গৌহাটিগী মৈশা অদু খাঙবদা ব্লারবা লালজিগী নূপীগীদি পর্দাগী দবকার লৈখি। ঐগী ফিভমসি চাব-থকপা মরাঙ কায়না ফংদ্রবা মখয়াৎতগী মতিল ওরো-ওরো শিল্পবা বন্দরবাজারগী আলাইকুত্তা (অথূম-অহাও শাবগী দুকান মমাঙদা কূনদুনা লৈবা হুই) অদুমক্লি।

লালজিগী নূপী লোন্না নূপা অমগা চান্নে। লালজি লৈত্রিঙৈ তাঞ্জা য়েংলগা নূপা অদু ইতৎ-তত্তনা লাকই। লালজিগী নূপীগী পুম্বুম তাবা মখুৎ মচা পূম্নমক সনাগী খুদোপ-খুজিনা পিক থল্লি। মনাকোংদা য়াল্লিবদুসু লূপ্লবা নায়িন্নি। শাংলবা মঙকশমদা শিরিবদুসু মওং-মওংগী লীক্লাংনি। শো পানবা ঊপু-বাকসি লৈতবদুদা লোয়নমক মশাদা শিজিনবা মাল্লি। মযাং মবক্তা লৈবা মৈতৈদি অরাপ্পা সনা শিনদে। অদুনা লালজিগী নূপীগী হকচাংবু লৈতেংলিবা পূম্নমক অশেংবা সনা-লীকোল ঙাক্তনি। মচা পোক্তবা মৌগী মীহৌনীঙাই ওইবা সনা মচুগী কুচু চেনবা হকচাংদা থোল্লীবা অলংকার অসিনা মাগী মমল অমুক্ক সু হেন্না কাহল্লি। লালজিগী নূপীগী মশাদা থাং-নোংমৈ চংলোই হায়নৈ। মরমদি লৈতেংলিবা অলংকার ময়াম অসিনা চুঙ্গাই ওইনা ঙাক্লি। জার নিকোলাসকি মচানিঙোল তাতিয়ানানি মহাক। লালহৌবা রশিয়ানশিংনা কাপ্পা নোংমৈ মরু অদু তাতিয়ানাগী মশাদা শিরম্বা সনা-লীকোন্না ঙাকথোকলম্মী, মশাদা পানখিদে। অদুবু লৈনূংগী অমম্বা কা অমদা ১৯১৮ দা বন্দি ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা মহাকপু অমসুং মহাক্কী ইমূংগী মী খুদিংমকপু নোংমৈ মনীংনা শুগায়দুনা হাৎখি। লালজিগী নূপীগী তূংগী পুন্সী কবি ওইখিবা মদুদি হায়বা ঙমদে। মফম অসিদা থাদা লূপা কুন্নমঙা পীরগা হোংজিল্লকপা নুমিৎ অদুদগী লালজিগী নূপীবু কোয়বা নূপা কন্নানো হাযবদো মশক খঙখি। মদু যূম্বু জিবনসিং মশামক্লি।

জিবনসিং মফম অসিগী অপবাধগী জগত্তা সন্মান লৈবা
. . - ধানা, জেল অসি কয়াবক মাগী পদধূলি
লম. [illegible] কৃৎকুবন।

ফূন-চৈনবগী মতাঙদা মাধু মীনা নেকনৈ। শিনি-নানি কিব মীসু নত্তে। মাগা মবৈ য়েৎনবা য়াদে। হুরান-চিষ্টীসু যাদে। মাগী মিং অদুতা তাবদা কনামত্তা হাইজিনবা ঙমদে। থোমজিল্লকপনা হাল্লি । ওইদবসু তোইনা ঙাঙবা জাৎকি মীওই নত্তে । অদুবু অঙকপনি হায়গদ্রা করিনো খঙদে, গুন্ডা অসিগী থমোয়দা ছাত্রশিংগীদমক্তা থোৎলবা মফম অমা লৈ । ছাত্রশিংগী অব্রা-অনাগী মতাংদদি জিবনসিংগী মিং খ্বাইদগী মাঙদনি। মানা মতেং পাংখিদবা ছাত্র মণিপুরী বস্তি অসিদা লৈরমদে। ঐগী কা অসিসু মহাক্না শীনবিবনি । থাদা লূপা কুনমঙাতং পীবা কা সহর অসিগী কদায়দা লৈরমগনি। ভাড়া ফংই ফংদে থৌ-ব্রা শাখিদে। হৌজিকসু ঐসে মাগী ভাড়া তোল্লিবা ছাএ অমনি ।

য়ু-জুব্রারগী কারবারদসু লক্ষ্মীগী কৃপা ফংবা মীনি জিবনসিং। শিলংগী খাসিশিংনা তেন কাপ্পুনা শান্নবা জব্রার অমা লৈ। তোঙান-তোঙানবা খাসি পুঞ্জিদগী (লৈকাই) লাকপা অখন্নবা মী খরনা তেন কাপ্লি। পালহৌবা তেনজৈ মশিঙ অদুনা নম্বর ওইরগা মদুদা শেল চানৈ । শেল য়াম্না ব্রাংনা থানবা জুব্রারনি । নম্বর অদু ফাউরগদি শিকিদ চারবসু মদুদা ফংবা শেন অদু ঐগী থা অম্রগী য়ূম ভাড়াগা মান্নে । শিলংগী গোলফ-লিঙ্ক অমসুং লাবাননচিংবা মফম কয়াদা শান্নখিবগী রিজল্টশিং অদু ফোনদা লাকই । চাংগী মনূংদা ফাওরিবসে নম্বর অমত্তনি অদুনা জুব্রার মপূনা শেন মাঙগনি হায়বগী ব্রা লৈতে । জিবনসিং মফম অদুগী ময়াম্না থাজবা জুব্রারগী মহাজননি । মাগী 'মণিপুরী জুয়েলর্স' কৌবা সনাগী দুকান অদুসু ফজনা চৎলি। সনা হুরানদে হায়বগী মিংচৎ লৈ। জিবনসিং শেল পায়রে হৌজিক। লালজিগী নূপী অমসুং জিবনসিং মখোয় অনীনা শান্নবা লীলা ঐনা তত্তনা থেংনরম্মী। অদুবু জিবনসিংনা হেক লাকপগা ঐ কাদগী থোরকই। ইশানা খঙনা থোরকপদু মখোয় অনীনসু উই। খঙই।

লালজিগী নূপী অসিনি ঐগী ইমা লৈখিদবগী অহানবা পাউ পুবকপা মী। অঙাংবা মুক্কি পোষ্টকার্ড অদু ঐঙোনদা পীবা মতমদা লীক-কোলনা লূমথববা মাগী থোৎলবা মখুৎ অদু হাইফেৎ নিকখিবা মাল্লি। চিঠি অদু শাগেগী ইয়াম্বা ভূপেন্না থাবকপনি - 'ইমাহল ফেব্রুৱারি তাং ২১ দা লৈখিদ্রে। নঙবু য়াম্না উনীংনা শোল্লম্মী। অদুগা ৱা অমনা ইমাহলগী ফুল উবাদা থেৎতুনা লৈবসি পামদে। নঙ লাক্তুনা তীর্থদা পুখিবনা ফে।' ভূপেন্না ইরকপা চিঠি অদুনা য়ূমদগী ফংবা অরোয়বা চিঠিনি।

ইমাদি তখেলগী ইচাই কৌবা জুড়ি তুরেলনা কোয়শিনবা লমদুগী হাইথরক্লবা জমিন্দার অমগী ইমূংদা পোকপীনি। মতম অদুগী তখেল লমসিদা কিমাম অমসুং তানসেনগী গুলি হাপ্তুনা ক্কা চাবসে ইজ্জৎ লৈবা, শেল পায়বা ইমূংগী চৎনবীনি হায়না খন্নরম্মী। ইমাসু অহল-লমনদগী ফংবা হৈনবী অসি ময়ূম পানবা মতমদা লোয়নরকই। কিমাম-তানসেন হাপ্পা ক্কা ইমাগী থৱায়নি। চারা নামা হেল্লবসু মদুতা ফংজরবদি করিমত্তা বেরা লৈরমদে। কিমাম-তানসেনগী মনম হা-হা কাবা খিলি, ইমাবু নীংশিংবা ওইনা চিঠি ফংবা নুমিৎ অদুদা পান দুকান অমদগী লৈরুই। খঙহৌদে ক্কা শায়ন-শায়না করম্বা মতমদা তূমথখিবা। ঐনা খাংবা মোন অদু অঙাংবা মচুনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। মঙদসু লালজিগী মতূদুবু ইমা ওইনসু উরম্মী। মানা ঐবু খুৎ শল্লদুনা চীঙ্গোই বারুণি তম্না পুরগা চৎলি। অদুবু সুকয়ৌদি য়ৌবা নাইরমদে।

বারুণি চীং অদু ঐনা অঙাং ওইবিঙেদা উখিবদুনি। ঐদি পুম্সীগী ঙসি ফাউবা বারুণি চীং কারুদ্রি। অয়ুক ঙস্তা বারুণি চীংগী মখোঙদা লেপ্তুনা চীং কারুবী লৈশাবী য়েংবদি চৎলম্মী। মখোয়গী শক্তম কায়বা মায়থোঙ অদু য়েংলগা ঐঙোনদা শা-ঙাগী মওংদা নুঙাইবা অমা ফাউই। অরুনা ফুকোনগী মথক্তা ৱারৌখিবদু খরদি ময়েং তাখি। মসি পুম্সীগী ইকায়-নুংশি য়ান্নবা, নূপীনা য়াদবা মতাঙ থোকখিবা মতমগী ৱানি। গৌহাটি থাদোক্লবা মতূংগী।

যুরোপতা শজিবু লাক্তে। শজিবুগী মতমদা অৱাং মায়কৈদগী ঙংলদুনা হুমলকপা নোংলৈ নুংশিৎ অদুসু থেংনদে। অঙাং ওইবিঙৈদা ঐ নোংলৈ নুংশিৎ য়াম্না কিরম্মী। য়ুম মথক মখা ওনবা মখৈ নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলকপা মতমদা কিমনখ্রদুনা ফমূং মখাদা চংলগা হনুমান নমৈ কোনশিল্লো, নমৈ কোনশিল্লো হায়না লাউবদুদি কাউদ্রি। ঊতুপ-ৱাতুপ নুংশিৎতা লংশিল্লি। অদুবু নুংশিৎ শিৎপা হেক লোইখিবগা অশংবা হৈনৌ, জাম কেনবদু খুনবা চৎপদুদি কিবমদে। অঙকপনি!

মফম অসিদা শজিবু হৌরকপদগী উন শৌদোকপা হৌরে। শৌদোক্লবা উলেন অদু পাৎ-তুরেল তম্না চেহ্নখি। মবিক-মবিক নোং চুই। নোংগী চক্রব্যূহ নমখায়দুনা নুংশা মঙালসু ফাওরকই। বসন্তগী মনম মলয়া নুংশিৎনা পুবকই। ডেফোডিল, লাইলাক, লের্বনাম লৈ শাৎলি। প্রকৃতিগী ঈশৈসু তাবা ফংই। চহী খুদিংগী বসন্ত লাকই, ওলাংথা লাকই। অদুবু শজিবুদি লাক্তে। বারুণি কাবা করিনো কনাসু খঙদে। পূর্ণিমাদা বসন্ত রাস কনাসু শান্নদে। শজিবু লৈতবা য়ুরোপ কৌবা মহাদেশ অসিনি ঐনা ইথস্তা লৈরিবসি। অদুগা ইথস্তা মীৎ উইশিল্লগা হৌখিবা মতমগী ৱারীশিংগী নীংশিং পবেং লেংলিবসি।

লম কোয়নীংবগী থিংঙমদ্রবা নিশা অমনা নোংমা ঐবু মফম অসিদা পুরকপনি। অসিদগী অমুক কদায় য়ৌনা চৎখিবা, কৈদৌঙৈ য়ূমদা হনবা ইশামক্লসু হায়বা ঙমদে। ইংলন্ডদংবুদি হনগনি। নোংপোক লন্ডনগী মাইল্যান্ড কৌবা মফমদুগী পীক্লবা কা অদু ঐগী পোত্থাফমনি।

ঐ থবক মচা অমা তৌই। লন্ডনগী ওক্সফোর্ড স্ট্রিটকা শম্নবিবা টোটেনহামকোর্ট রোডকি মথক্তা লৈবা আস্টোরিয়া অমসুং ওডিয়ন সিনেমা হোলদা অশরগী থবক্তি। অশরগী অশেংবা অর্থদি সিনেমা হোলগী গেটকিপর হায়বদুনি। হোল অনীসিনা লাপ্নরিবসি ইম্ফালগী ভিক্টোরি সিনেমাগা প্রতাপ টকিজগা লাপ্নরিবা অদুমক ওইগনি। নুংথিল পূং মরীদগী থবক হৌই নোংয়াইদা লোইশিল্লি। অযুক্লা রুপার্ট স্ট্রিটতা লৈবা ওক্সফোর্ড স্কুল ওব ইংলিস তম্না চংলি। ইংলিস লোল তম্না। পিকাডিলি সার্কসকি মনাকমক্তদনি স্কুল হদ



**পিকাডিলি সার্কসতা ইরোসকী মূর্তি, লন্ডন।**

পিকাডিলি সার্কস অসিগী মযাযমক্তদা নূংনা কোযশিল্লগা শেন্থা মফম অমা লৈ। মদুদা অ্যালুমিনিযমনা শাবা প্রেমগী দেবী ইবোসকি মূর্তি খিল্লি। ৭শুবা আর্ল ওব শেফ্‌স্‌ববিবু সন্মান উৎপা ওইনা ১৮৯৩ দা মুর্তি অসি খিনখিবনি । ইবোসকি মখোঙদা লৈবা নূংগী সিডিদা ঙাইহাক ফমদুনা লৈখিদবা লন্ডন কোযবা লাকপা পৃথিবীগী মীওই অমত্তা লৈবমলোই হাযনৈ । পিকাডিলি সার্কসকা থংননা লৈপ্রে ওক্তবীশিংগী খুঙ্গং 'সোহো' অমসুং থিযেটব খুঙ্গং শেফ্‌স্‌ববি

এভেন্যু। মণিপুরগী অহল-লমনশিংনা নোংমা কাংদনা শ্রীগোবিন্দজি খুরুম্বা চৎচপগুম্না মফম অসিদা ঐসু নোংমতা কাংদনা চৎলি। নূংগী সিড়িদা ফমদুনা য়ুরোপকি মফম মফমদগী চোইথোরকপা লৈশাবীবু লাংদা থুনবা হোৎনৈ। মফম অসি লাং থাকফমনি হায়বসে খঙদবা নহারোল লৈতে। শেল পায়দবা টুরিস্ট লৈশাবীশিং মশানসু তূমফম থিরকই। নোং ঙানবগা ঐসু ঐনা থোকপা মাসু মানা থোকপা অদুম চৎনখি। মিং, ঠিকানা, জাতি কনানা করিনো থিনদে। হংনদে, 'নেভর সিন নেভর হার্ড' হায়বদুমক্লি।

'নেভর সিন নেভর হার্ড' নি হায়না অতৈনা খনদোক্লরসু থেংনখিবীশিংদু পুন্সীদগী চিকমাঙনখিনি হায়বগী ৱাখল অমনা ঐবু ওৎলি। থেংনরুবা উনরুবা মী খুদিংদা মমিং-মথা, মরৈপাক-মরমদম, শাগৈনচিংবা ঐনা হংখিদবা লৈতে। ওইদবা খরা অওইবা খরা য়ানশিল্লগা মপুঙ ফাদবা শক্তি পীরম্লগা চৎখিবনা অয়াম্বনি। মমিং-মথা মরৈপাক-মরমদম শেংনা হায়দোক্লম্বা নূপীমচা অমগবুদি ইরোসকি মূর্তি লৈরিবা পিকাডিলি সার্কসকি মফমদা থেংনখি। মহাক গ্রীকনি। এথেন্সকি 'কল্লিগা' কৌবা লৈকাই অমদগী লাকপনি। মমিংনা আরেতি বুস্তোপোলাস। মশক-মতৌ ফজে। ৱাং-চাওই। মূন্না য়েংলগা বার্নিনিগী খুৎশেমদা থোরকপা নূংগী মূর্তি হৈজিল্লি অদুগা লাইরিক হৈবী, লাইব্রেরিদতা মতম লেনবী, লাইরিক পাগনবী কলেজগী ওঝাসু মাল্লি।

আরেতিগা ৱারী শানরবা মতূংদা মহাকপু ঐনা ইরায়-লায়না লৌবা ঙমখিদে। ৱাহৌদোকমক্তদা মহাক্লা লেমজবা মওংদা হায়-'নহাক্লা লৈমীন্নসি, চামীন্নসি হায়না ঐবু হৌবগী অর্থ ঐ খঙই, চহী কুন শুরবী সন্যাসীনি নত্তে ঐ। পুন্সীগী মহাও পামদবা মীসু নত্তে। অদুবু নহাক্লা ঐঙোনদগী আশা তৌরিবা অদুমক্তি থুংহনবা ঙমগনি থাজদে, মরম হংবিনু প্লিজ, মরূপ অমগুম লোয়নসি।'

মরক-মরক্তা পুক্নীংগী ফিভম হোংদোক-হোংজিন ওইরকপা অসিগুম্বা মতাঙদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শৈরেং পরেং অমা নীংশিংলকই- 'এ জীবন পূণ্য কব দহন দানে ...., অব্রাবগী চাকথেক্লবা মৈশানা শেংদোকপীয়ু ঐগী পুন্সী।'

ঐ খঙই, ঐগী মতোল লোমখৎলকপা কামগী মশাশিংদু কবিতাসি তারগা মথন্তা হাইথখিনি । মরায় লুকথখিনি । 'অদোম্না ঐগী মরমদা খনবীরিবদু চুম্লমবসু য়াই অদুবু সন্যাসী অমগী বার্তননি খনবীয়ু, লৌবীয়ু' হায়না ঐনা মঙোনদা হায়জখি।

নোংচূপ লমগী ফজবা অমনা নূপী-নূপা ফোঙনা অকিবা লৈতনা তিন্নে-কোয়মীন্নে । অদুবু নত্তবা লম্বী চৎলমগনি হায়বগী প্রমানদি লৈতে । নূপী-নূপা অদু 'গুড ফ্রেন্ডস'সু ওইরম্বা য়াই। জেন্ডর খেন্নরবসু গুড ফ্রেন্ডসকী সম্মান চপ-চানা পীনৈ । মশা-মশাগী অধিকার খঙনা চৎনবা ঙাক্তনি । কা হেন্নদে।

নূপা মশেল থোইনা কোয়মীন্নবা উদে । কোয়মীন্নরবসু খুৎ শম্নরদুনা অদে-মানদে চৎলমগনি । চৎপশিংদুদি 'হোমোনি' হায়না লৌনৈ। ইংলন্ডদা হোমোবু 'প্যেনজি' কৌই। ডিক্সনরিদা লৈ জাৎ মখল অমনি হায়না তাক্লি অদুবু সমাজনা মখোয়বু লৈ ওইনা লৌবীদে। মফম-মফমগী চৎনবী হায়বদুনি । বাংলাদেশ, পাকিস্তান, ইন্ডিয়াদা নূপা মশেল লেংগোন্নদুনা চৎমীন্নে কনানসু তাথীনা ঙাঙনদে। অমরোমদনা নূপী-নূপা কোয়মীন্নবদদি অমুক ফজনা লৌনদে। নোংপোক-নোংচূপ খুবাক্কা খুনমগা হায়বদুনি ।

লন্ডনদা লৈফম তাঙই । ফংবসু ব্রায় । ইস্ট লন্ডনগী মাইল্যেন্ড স্ট্রিটতা লৈবা ঐগী পীকখ্রবা কা অদুসু হপ্তাদা পাউন্ড অনী পীরগা বাংলাদেশী অমদগী সব-লিজ লৌখিবনি । ইস্ট লন্ডন অসি লাইরিক লাইশু হৈতবা, লেবর ওইনা লাকপা পাকি, (পাকিস্তানিবু পাকি কৌনরম্মী অদুবু হৌজিক্তি ব্রাহৈ অসি শীজিন্নবা থিংখ্রে ) বাংলাদেশী, জমাইকানশিংগী মকোননি। মোৎপদসু, ক্রাইমদসু মমিং চৎলি ।

ইংলন্ডগী অপরাধ জগত্তা 'অনসোলভদ মিস্ট্রি' অমগী শাথীবা চরিত্র 'জ্যেক ড রীপর' না চারমবা মফমসু ইস্ট লন্ডনগী হ্বাইট চ্যেপেল কৌবা এলাকা অসিনি। মহাকসে কনানো মমিংনা করিনো ঙসি ফাওবা কনানসু হায়বা ঙম্মদ্রি।১৮৮৮ গী লোইরমদায়দা থোকখিবা থৌদোকনি। জ্যেক ড রীপরগী মখুত্তা য়ামদ্রবদা ওক্তবী তরেৎতি মথব্রায় থাখি। মাগী মীহাৎ মওং স্টডি তৌবগা সার্জনকা ওইরমগনি হায়নসু চিংনৈ, নত্রগা অপরাধগী মরমদা মহা পণ্ডিত ওইরমগদ্রা হায়নসু খন্নে। রহস্যনা কৃপশিনখ্রবা মীওই অসিগী মরমদা ইবা অচৃম-অরান খঙবদা ব্রানা থোকপা লাইরিক কয়ামুক লৈ। লাইরিক ময়াম অদুনসু মহাকসে অপরাধ জগৎকি লেজেন্ড অমা ওইনা লৈহনখ্রে।

ব্রিকলেনদগী কমর্সিয়েল স্ট্রিট তম্না চৎপা লম্বীদা 'জ্যেক ড রীপর' কৌবা পব(য়ূশঙ) অমসু মিংথোলদুগী ম্যেজিক্না মী হাঙবা লৈতে। জ্যেক ড রীরপ পবতা ঙাইহাক ফমদুনা য়ু চিংবসিসু টুরিস্টশিংগী পামজবা ফেশননি। হ্বাইট চ্যাপেল কোল্লূপ অসিদা 'পেটিকোট মার্কেট' হায়রগা খঙনবা বাজার অদু ফি-রোলনচিংবা য়ূমগী পোৎচৈ য়াম্না হোঙই। মেলাসু তৌই। জাৎ-জাৎকি টুরিস্টসু লাকই। য়েংবদা কুম্মৈ অমনি। মফমসিদা অহোঙবা পোৎ-চৈ লৈবা ওইনা ঐ তত্তনা চৎলি। ঐনা লৈরিবা মফম অসি পেটিকোট মার্কেট চৎপগী লম্বী থোকই। জ্যেক ড রীপর পবকী ফক্লাংদা অকিবগী মশক ওইবা লাই কয়াগী গ্রাফিটিশিংদু তম্নলাইগুম্না অকিবা পোকহল্লি, য়ু থকনীংলুবদি লাইরদুনা।

ইস্ট লন্ডন,অমোৎপা কোল্লূপনি। ঙমখৈ কক্তুনা থম্বিবা জ্যুজশিংগী লৈফম ঘেটো হায়বদুমক্কি। য়ু-ঙাওবা, চাক্লিবা, লায়রবা অমদি ইলিগ্যেল ইমিগ্রান্ট কয়াগী মকোনসু ওইরি। অদুগীসু মথক্তা বাংলাদেশি পাকিস্তানিশিংগী ময়ূমদগী ফৃদোরকপা চনম তিন্থৌগী অয়াকপা মনম... ডস্টবিনগী নমথীবা মনম ইস্ট লন্ডনগী লৈতেংনি।

লায়রবগী কোল্লূপ ওইবনা লৈফম-চাফম থিরকপদা য়াম্না হোঙনা ফংবা মফমসু ওইরি। অহোঙবা থিবা ঐগুম্বা অহোঙবা মীগীদি মতা চাবা মফম্নি ইস্ট লন্ডন।

ঐগী কাদু ফমূং অমদগী হেন্না থাফম লৈতে। তৌববুদি টি-টেবল মচা অমা ৱার্ডরোব অমা উচিন-নাচিন্না নম্ফুন্দা ঐনা চলহনখি। পীক্লবা কাদুদা আরেতিনা ফমূংদা ঐনা ফ্লোরদা শ্লিপিং বেগ থারগা লিনগুম্না থেকচিন-কোনশিনদুনা তূম্মী । মহাক্লদি ফমূংদা তূম্নবা ফনা হায়খি। অদুবু প্রসাদ ফংলরোইদবা বার্তন ঐ লৌখিদে । ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লগা সাধু সন্যাসিগুম লৈমিন্নখি । অঙকপনি পুন্সী !

আরেতিগা লোয়ননা লন্ডন জু, বৃটিশ ম্যুজিয়ম, হাইড পার্কনচিংবা মফম কয়াদা চৎলি । হাইড পার্ককি অৱাং থংবদা ‘স্পিকর্স কোর্নর’ কৌবা পার্ককি শরুক অমা লৈ। ফোঙনীংবা মোৎ ফোঙদোকপা, হায়নীংবতা হায়বা, ঙাঙনীংবতা ঙাঙবগী অথিংবা লৈত্রবা মফমনি । আরেতি ঐখোয় অনীনা স্পিকর্স কোর্নর চৎলুবা নুমিৎ অদুদা আফ্রিকান মচা অমনা যীশু খৃস্টবু হায়হৈদবা ৱাহৈনা নিন্দা তৌবদু তাবদা নাকোং মেনদুনা খাঙখি । শাথীরবা জর্মন টেরোরিস্ট গ্রুপ বাদের-মেইনহোফকি মীচংদা ইংলন্ডগী মহারাণীবু কিডনেপ তৌরসি হায়না অঙাওবা পাখং মচা অমনা লাউবদুসু ফনদুম নুংঙাইবা মতৌনি । অঙাওবগী চোইরোল ওইজরবসু ফোঙনা মীকি লাইকিদনা মশা-মশাগী মোৎ ফোঙদোকপগী অধিকার পীবা মফম লৈরমগনি হায়বসি ঐগী কল্পনাদা লৈরমদে। ইশাগী মরমদা খঙদে, সমাজ, ধর্মগী মরমদা খঙদে করিগুম্বা মোৎ অমা ফোঙদোকপদা কিনা থোকপা মফমদগী লাকপা মী ঐঙোনদদি ঙক্লা থোকখি ।

স্পিকর্স কোর্নবদা ঙাঙনরিবা ভাষনশিংদু তাবা হৈনদ্রবরা খল্লি- ‘বৃটিশ ম্যুজিয়ম য়েংবগী মতম হৌখ্রনি থুনা চৎলসি’ হায়রগা আরেতি পরপ-পরপ থোকখি । লন্ডনদা ফনা কুইনা লৈরবনি অদুবু কৈদৌনুংদসু বৃটিশ ম্যুজিয়ম য়েংবা চৎলুদ্রি । আরেতিগা চৎপদুনা অহানবনি ।

ব্লুম্স্বেরি স্ট্রিটতনি বৃটিশ ম্যুজিয়মনা লৈরিবা। মসিদা বৃটিশনা লোইলম লৈঙাক্লিংঙে মতমদা মফম-মফমদগী খোমজিল্লগা পুরকপা অরিবা মতম অমদি ময়াই যুগকি কলেক্সন পীক-থন্না লৈ। ইন্ডিয়ান সেক্সনদা থমলি চহী লীশিং কয়া লিরবা ব্রোঞ্জ অমসুং কুরু নূংনা শাবা দেব দেবীশিংগী মূর্তি। ইজিপ্তকি শরুক্তনা মিংশেল চনশিল্লগা থমলি 'মমী' তৌববা ইজিপ্তকি নিংথৌরেল কয়াগী অশিবা মশা। নোংমদা লোইনমক থুংনা য়েংবা ঙম্বা ওইথোক্তে খনদুনা ঐখোয় গ্রীক অমসুং বোমান সেক্সনখক্তং কোয়রগা লোইশিল্লি।

গ্রীক অমসুং রোমানশিংগী অরিবা মতমগী আর্ট, কলচব, আর্কিটেকচর, এথনোগ্রাফি ময়ামদু উরগা মখোযসে কয়ামুক চাওখৎলম্বা জাতিনো হায়বদো তশেংনা খঙবা ঙমখি। অদুসু অদুনি সুম খল্লু-খল্লুবগা মখোয়গী মরমদা হেননা খঙনীং-য়েংনীংলুবগী ঈহৌ অমা ফাউরকখি। ইথন্তা শোঞ্জে, অবিবা সভ্যতাগী তীর্থনি হাযবিবা মফমশিং অসি পবিক্রমা তৌদুনা পোকচমনগী পূণ্য তানদবা য়াদে। অমুখক্তং ফংজবা পুন্সীনি লেম্লদি করম্না মাঙহনলুনি ?


বৃটিশ ম্যুজিযমগী ইজিপসিযান সেক্সন।

থিংবদা ..রবা ব্রাখলনা ময়াই কাখিদুনা ঙমগনি ঙল্লোই হিসাব ইপা-পাদনা আবেতিদা ঐনা ব্রাশক্লগা হাযখি-'বৃটিশ ম্যুজিয়মসিনা শাক্কিনি, নোংমদি ঐ নঙগী নরৈবাক গ্রীস কোয়বা শোয়দনা লাক্কনি।'

ঐগী ব্রাশক অদু মহাক্না থাজনা লৌখি। নোংমদি গ্রীস শোয়দনা যৌবক্কনি হায়বগী ব্রাখলদা মহাক্কী ঠিকানা ঐগী দাইবিদা মশামক্কি মখুৎনা ইশিল্লম্মি। অদুগা লন্ডন থাদোক্লমদায়দা হন্ন-হন্না ঐঙোনদা নীংশিংহল্লম্মী-'ব্রাশক কায়হনগনু লাকউ, শোয়দনা লাকউ, ঐগীদা লৈসি'।

মহাক্না ইবন্থদুগী মখাদা ঐনা ইশিল্লগা থমখি, পাম্মুনা থমজবা ফ্রোস্টকি শৈবেং অসি-

"The woods are lovely, dark and deep,

But I have promises to keep;

And miles to go before I sleep,

And miles to go before I sleep."

মতম খরগী মতৃংদা আরেতিদা পীখিবা ঐগী ব্রাশক ঙাকখি। এথেন্সতা মাগা নোংমা উনখি। মহাক্না কোয়নজবা নূপা জিমিগসু। মদুনা মা-ঐগী অরোয়বা উনবনি। নীংশিংলুরগা নুংশি। নীংশিংবা হায়বসিসু পুন্সীগী আরতি মখল অমনি।

তৌবগীদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সভ্যতাগী সনথোঙ্ বোম, গ্রীস য়েংলুবগী সাধনা তৌদুনতসু লাকপনি ঐ। লাইবক ফবা হায়গদ্রা ঐগী অনম-অহা চুদুনা লৈবা সাধনা অমদি আরেতিদা পীখিবা ব্রাশক অদু জপানিজ চনু হাকুয়ো নকাজব্রানা মপূং ফাহনখি। মহাক্নি ঐবু খুৎ শল্লগা নম-হাদুনা য়ুরোপ, এশিয়াগী লৈবক-খুঙ্গং-সহব শীনবা থুংনা পুবিখিবী। অব্রা-অনং কয়াদসু তেংবাংবিখিবী। মহাকমক্কা থেংনরমদ্রবদি মহাদেশ, দেশ কোযবগী ঐগী মঙ অসি থুংলমগনি হায়বদু চিংনৈ।



কবি শেলীনা লৈবম্না যুম, লন্ডন।

লন্ডনগী টোটেনহাম কোর্ট রোড অন্দরগ্রাউন্দগী (লৈনুং- রেল) নোংচূপ থংবা খোঙজিন মনাকমক্তদা খববগী স্টোল মচা অমা লৈবদুগী মমাঙদা নোংমা অযুক অমা হাকুযোগা থেংনখিবনি। চেজেং অমদা ইবা ঠিকানা ঐঙোনদা উৎলগা মাযকৈ কদোমদনো হংই। ওক্সফোর্ড স্ট্রিটকা শম্নখিবা রোন্ড স্ট্রিটকি ট্রেভেল ওফিসনি ঠিকানা অদু। মসিদগী পংলাপ-লাপ্তে। চাউবাক্লা মিনিট মঙা- তবারোম খোঙনা চৎলগা অদুম লৈবে ।

নুমিত্তু ঐগীসু খোইনা অচীনবা থবক-থনাকা লৈরমদে। স্কুল কাবগী মতমসু ব্রাৎলিবা তাঞ্জাগা ওইবনে অদুগীসু মথক্তা হাকুয়োগী মাযথোঙ অদু মৈতৈসু, নাগাসু মানবগুম তৌবদুদা ঙাইহাক মহাক্কা ব্রাবী শাননীংদুনা মফম অদু যৌনা চৎমীন্নে। হারুযো নকাজব্রাগা নুমিত্তুদগী হৌনা খঙন-চান্নখি। লুন-নুংশিনা তিন্নবসু হৌখি।

টোটেনহাম কোর্ট রোড হায়বিবা মফম অসিদা হাকয়োগা অহানবা উনবগী নুংশিরবা স্মৃতিগা কোন্নবা স্মৃতি মচা অমসু লৈ। খবব যোনবা চহী যাংখৈ-হুমফুকা শুরমগদৌবা মীওই অমগীনি । ময়াম্মা মাবু ড্যাক কৌবী। মাগী মশক অদু পাউনা বাজারদা ঘড়ী যোনবা দুকান 'বেক্স' কি মমাঙদা খবব য়োনবা তা-মধুগী মশক হৈজিল্লি। মশা পায়, পীক্তক তাই। মাবু হেক উবদা খঙহৌদনা নুংশিবা পোকখি। ঐ মঙোনদগী অয়াম্বা মতমদা খবর লৈ, পেনি (পৈশা) মরীতা পীবা 'দেইলি মিরর' নত্রগা 'ডি সন'। খবর অনীমকসি টেলিগ্রাফ, টাইমস, গার্জিয়ানগুম্বা অৱাংবা থাক্কি নত্তে। নূপা-নূপীগী ৱাথোক ৱাবীনা পীক-থনবা, লোন্না পানীংবা পোকহনবা জাৎকি খবরনি। খবর অনীমক্কি অহুম শুবা লামায়দু থন্নসু মোনোকিনি শেৎপী নুপী অমগী ফোটো চাং নাইনা হাপ্লি।

তত্তনা সুম খবর লৈবদগী ড্যাকনা নোংমা ঐঙোনদা- 'ইবুংঙো, নঙ চাইনিজরা' হায়না হংই । নত্তে, ঐ মণিপুরীনি হায়বদুদা মহাক্না হায়- 'ও ! নঙ মণিপুরদগী ওইরে। নখোয়গী কেপিটেল অদু ইম্ফাল নত্রা ?' মহাক্না ইম্ফাল পল্লকপদুদা ঐ অঙকপা ফংনা হৱাউখি। মানা মখা তানা হংলকই- 'ইংলন্ডগী প্রাইম মিনিষ্টরনা লৈরিবা মফম নং ১০ ডাউনিং ষ্ট্রিটকা মায়োক্কনা কনাগীনো নূংগী ষ্টেচু অমা লৈবদুগী হেক মখাদা ইম্ফাল হায়না হকপা ৱাহৈ অদু উরব্রা'? - 'শেংনা হায়রবদা ঐ উজদ্রি', ঐনা খুম্মী। লন্ডনগুম্বা মফম অসিদা পীক্লবা ইম্ফাল কৌবী সহর অমগী মিং লম্বী চৎপা মীওই কযানা পাবমগনি খল্লুবদা নুংশিবা পোকখি। অচূম্বনি নং১০ ডাউনিং ষ্ট্রিটকা হেক-মাযোক্লদ্রবসু মদুগী ৱাংমদা হ্বাইট হোল ষ্ট্রিট মথক্তা খিল্লম্বা মূর্তি অমগী মখাদা চাউনা ময়েক লানা 'ইম্ফাল' হায়না ইদুনা লৈবম্মী।

মথং নুমিত্তা খবব লৈবা মতমদা ঐনা হবাউনা অহল অদুদা তম্মী 'য়েস সাব, অদোম্মা হাযবদো চুম্লম্লে'। অদুদগী মহাক্না করি খল্লুরবনো খঙদে লন্ডনরশিংগীদমক্তা নোংমদা অহুমলক ফোঙবা 'ইভনিং ষ্টেন্ডার্ড' কৌবা খবর অদু পাজৌ হায়না লেম্না পীরকই।

মদুগী মথংদগী হৌনা নমদুনা পীববসু ঐঙোনদগী খবরগী শেন লৌখিদে। কবিগীনো হংলুবদসু খুমদনা লৈখি। লন্ডনরশিংগী নূংগুম্লবা থমোয় অদুগী মকমদা লোৎলিবা মীওই অসি কনানো হায়বদু য়াম্না খঙনীংনা লৈখি। ইংবেজ হায়বা জাতি অসি মশাগী ৱা কযা তমথোক্লদে ঐসু খঙই, অদুবু নুমিৎ খুদিংগী সুম সুম ঐনা তকশিনবদগী মাগী মরমদা খঙবা ঙমখি।

শুপ্নগী ড্যুক কৌবা সিলেবল অমগী মিং থোনবা অসি অনীশুবা লাঞ্জাও লোইশিল্লকপা মতম অদুৱাইদা বৃটিশকী লাম্মী ওইনা মযাম্বা ডোনাল্ডগা লোযননা বটালিয়ান অমক্তগী মখাদা সিঙ্গাপুর, মালেজিয়া, বর্মা অমসুং মণিপুব য়ৌরকখি। ময়াম্বা ডোনাল্ডদি মণিপুরগী মফম অমদা জপানিজশিংগা থেংনবদা শিখি। ড্যুককী মতৃ-মচা লৈতে। ৱার পেনসন অদুনা ফুগী খরচ কোন্নদুনা খবর যোল্লিবনি। করিগুম্বা লোটরিকা ফাউরবদি ডোনাল্ডগীদমক মণিপুর চৎলুনি হায়। মসিনি ড্যুককী মরমদা ঐনা খরা খঙজবা।

শেল যাম্না লৈজদুনা এরোপ্লেন অমদি লক্সুরি ক্রুজবদকা চৎপা নত্তে। লন্ডনদগী পেরিস ফাওবা বস, মখা তাবনা ত্রেন অমসুং জহাজগী ডেক-পেসেঞ্জর ওইনা চৎলুবনি। খোঙচৎ অদুনা অহানবা পেরিস চংবনি। নুমিৎ নীনি লৈখি। সেইন তুরেলগী ঘাটতা ফম্লগা আইফেল টাৱাব যেংন-য়েংনা খনখি- ফজৈ হায়বগী, শেল-থুম লৈবগী, অৱাংবা কলচবগী ‘অহং’গা লোয়ননা ফল্লিবা পেরিস নঙবু কবিগীনো খঙদে ঐদি কিজৈ! ঙকশমদা গীলোটিন থাংপাক অদু তাবক্কদৌবা মাল্লি।

ঐগী ইহান হানবা মীৎযেংদা পেবিস, লন্ডনগা ইমান-মান্নদে। মুজবা তৌবী বাইজি জগোইশাবীগুম মীবু পেলহনবগী কলা হৈবী ওইনা উখি। অদুগা লন্ডনদি মবুক তহি-তহি কংবা গদ্দিদা মোন্তেক কোনদুনা লৈবা মাবৱাবি মাল্লি। লমদম অনীমক্কী মীশিংগী চরিত্রসু খেন্নৈ। ইংরেজশিং থোইনা ৱা ঙাঙগনদে। মপুক্লীংগী ইহুল ফোঙদোক্তে। অদুনা মখোয়গী মশক ইশুত-শুগক্তুনা লৈ। হায়নৈ, ইংরেজশিংনা মতম খিবিক্তা

শুগাত্তুনা লৈবিবসে মখোযগী নোংথী নোংমওদুনতা লৈবা ৱেদব অদুননি। শক-খঙনদ্রিবা মশেল ৱা হৌদোক্লবসু নোংজু-নুংশাগী ৱানা হৌই। ড্যাকনদি মখোযগী বদনাম অসি ফাগিগা লোযননা কৃপশিল্লি- 'ইংলন্ডদা ১৬২৩ দগী ১৯৬৭ ফাওবা ৱাচোয ঙাঙবসে আইননা থিংলম্মী অদুনা অতৈ ইংবেজশিং ৱাচোয পংঙাঙ ঙাঙনদে,খঙব্রা?

ড্যাকনা মবাল কৃপশিনবদু ৱাচোয ঙাঙনবগীদি নৎলমদ্রে। অকাম-অপেৎকী লাইশোন শোনবদুনি থিংলম্বা। অমবোমদনা ফ্রেঞ্চশিংদি ৱা ঙাঙজবা পাম্মী। ইমোশন লোত্তে। পামই-পামদে ধক ধক হাযদোকই। খোঙ্হোক খোঞ্জেলসু তাবদা নুংশি। শঞ্জ পাল্লি। তানীংই। বোমান্টিকসু ওই।

'অহং' চেনজববসু পেবিসতি পেবিসনি। কলা, সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী লাইশঙনি। ভিক্তব উগোনা মাগী আত্মাগী পোক্লফমনি হাযবা পেবিসনি। ঐ অমগী সমালোচনা কনানসু তাবীগদবা লৈতে।

পেবিসতগী ঐখোয চুমদ্রিং ডেনমার্ককী কোনুং কোপেনহেগেন তম্না চৎলি। মখা তাবদা সুইডেন, নোবৱে। স্কেন্দেনেভিযাদা নুমিৎ মবী মঙানিবোমতনি লৈবম্বা। নুমিৎ মবী মঙানিগী মনূংদা দেশ অহুম থুংনবা কোযবগা কবিবু যেংলক্কনি, কবিবু খঙলক্কনি, দেশশিংদুগী মবমদা। চৎলুই হাযবগী ফোটোতনা নীংশিংহল্লি। তৌববুদি 'লিটল মাবমেইদ' হাযবগা খ্বাইনা খঙনবা ষ্টেচুদুগী মনাক্তা ঐবু লেপহল্লগা হাকযোনা ফোটো অমদি নমখি। কোবিনা শাবা নীংথিববী নূপী মচা অমগী মূর্তিনি। মূর্তিদুগী মখা থংবা শকক্তি ঙাগী মমৈনা ওইবি। ১৯১৩দা যু শুংবা কোম্পেনি কর্লসবার্গকী মপূ এদৱার্ড এবিকসেন কর্লসবার্গনা শেল পুথোক্তুনা শাহনখিবনি।

'লিটল মাবমেইদ' অসি হান্স খৃশ্চিয়ান এন্ডবসননা ইবা ফুঙ্গা ৱাবীদগী লৌথোকপা চবিত্রনি হায়দুনা হাকযোনা তাকই। ঐদি খঙদে। স্কেন্দেনেভিযা কোযকই হাযবগী ঙসিসু কাউঙমদ্রবা কবিগুম্বা

পোৎশক অমত্তা ঐগোনদা লৈতে। মল্লবা এলবমকা য়েংলুরগা স্মৃতিদা মুৎশি-মুৎশি উবা ফোটোনি স্কেন্দেনেভিয়া। অরিবা ইতিহাসকী থোইদোকপা খুদম উদে। সমুদ্রদা চাকতাবা মধ্যযুগকী ভাইকিংশিংগী ইতিহাস অমসুং আর্টিফেক্ট খববুদি লৈজে। আধুনিক যুগকী পোৎশক্লা মবাঙ কায়। টুবিষ্টকী যেংফম ওইরিবদি কোপেনহেগেন টাউন হোল মনাক্তা লৈবা 'টিভোলি গার্ডেন' অদুনি। জাৎ-জাৎকী নীংথিরবা লৈরাং কযা টিভোলি গার্ডেন থন্না শাৎলি। মরূওইনা, থম্বাল অপোম্বসু মানবা মৈতৈ কোকযেৎসু মানবা নাপু অমসু অঙাংবা মচুগী টিউলিপ কৌবা লৈ মখল অদুনা মকা ফন্না মায়কৈ খুদিং শাৎলম্বদুদি য়েংনীংঙাই মশক্লি। অদুবু বসন্ত ঋতুগী মতম অমদা ঐনা হোল্যান্ড চৎলুবদা টিউলিপকী ফজবদু মপূং ফানদি উখি। হোল্যান্ড, টিউলিপ লৈগী দেশনি হায়বা য়াই। য়েংলু-য়েংলুবা মায়কৈদা লৌ পরি লীশিং-লীশিং কোয়না থাবা টিউলিপ লৈ নত্তনা করিসু উবা ফংখিদে। মরক মরক্তা ঈশিং চিংখৎনবা হুমাইগুম্বা ব্লিন্দমিল অদুদি থেংনৈ। টিউলিপকী হৌবকফম টর্কিনি হায়। আস্ট্রিয়াগী কনাগুম্বা রাজদূত অমনা টর্কিদগী মরু পুবক্তুনা সম্রাট ফর্দিনান্দ ড ফার্ষ্টকী লৈকোলদা ফ্রেঞ্চ বোটানিষ্ট কেরোলাস ক্লেসিয়াসতা থাহনখিবনি। অদুদগী চহী কুন-কুম্ল্লা মতুংদা বোটানিষ্ট অসিনা আষ্ট্রিয়াদগী অমুক মরু পুরক্তুনা হোল্যান্ডদা ১৫৯৪ দা অহানবা টিউলিপ শাৎহনখি। নুমিদাংদনা টিভোলিগী শক্তম অমনি। থাউমৈগী মঙালনা টিভোলি পূমঙাল ঙাল্লি। ইলেক্ট্রিক বল্বকী লৈতেং হাপ্লদুনা অরাপ্লদগী য়েংবদা খরসু পেগোদা, খরসু তাজমহল মাল্লি।

ডেনমার্ককী ক্রোনবোর্গ কাসল্ (কিল্লা) য়েংবা চৎলুই। ঐঙোনদা সাহিত্যগী অ-আ তম্বীখিবা বাংলা লোলগী ওঝা কবি রিয়াসত আলিনা হায়খি - ''সেক্সপিয়ারগী পোক্লফম ষ্ট্রাটফোর্ট ওন অভনগী থিয়েটর হোলদা 'ওথেলো' অদুগা ডেনমার্ককী ক্রোনবোর্গ কাসলদা 'হেমলেট' লীলা অনীসিবু দর্শন ফংজরবা মী অদুদি বেহেস্ত (স্বর্গ) য়ৌরবনি।'' ঐদি মফম অনীমক য়ৌরুরবসু লীলা য়েংলক্তবনা বেহেস্তগী থোঙ্গালদগী হল্লকখি।



আইফেল টাবব, পেবিস।



**'লিটল মার্মেইদ' কোপেনহেগেন, ডেনমার্ক।**

সিলেটকী অয়াম্বা মীনা মশক খঙবা কবি রিয়াসত আলি, সেক্সপিয়ারদা মথৱায় তানা ঙাওজবা মীনি। সেক্সপিয়ারগী মরমদসু পণ্ডিত অমনি। সেক্সপিযারগী ট্রেজডি পূম্নমক মহাক্কী চিনফা লৈ হায়নৈ। কবি অমা ওইবগী গুন চেনবতা নত্তনা থমোয় চাউবা মীশক অমনি হায়না মায়াম্না নুংশিবীবা অমসুনি। মঙোনদা হিন্দু মুসলিমগী ভেদা-ভেদি লৈতে। মানবতাবাদিনি মহাক। 'ব্যুবো ওব নেসনেল রিকন্সত্রক্সন, ইষ্ট পাকিস্তান'না পীবা অহানবা মনা ফংখিবা ঐগী অহানবা ৱারী মচা অদুসু মহাক্না প্লাষ্টিক সর্জরি তৌদুনা মওং তাহনবদগী ফংখিবনি। কবি অসিবু নীংশিংবা মতমদা ৱারী মচা অদু ঐগীনি হায়না দাবি তৌবগী শক্তি মাঙখি। ৱারীমচাদুগী শরূ পোলাংদা থেৎপা মিং অদুতনি ঐগী।

মশক্তি মুশুক মুই। মুববসু বাশি লৈ। লোবেন্স ওলিভিযেবনা শাখিবা মুব জেনবেল ওথেলোগী শক্তম খব-খবা লৌই। কবি অসিনা লৈখিদবদুসু ট্রেজেডি মখল অমনি। বাংলাদেশকী লানদা পাকিস্তানি লান্মীনা বাংলাদেশি ইন্টেলেকচুযেলশিংবু তুম্নবা লোইশিনগে হোৎনবা মতাঙদা (১৯৭১) মহাকসু যাওখি।

কোপেনহেগেনদগী অৱাং পাংনা চৎলগা সুইডেনগী বোর্ডবগা শম্নবিবা এলসিনোর সহরগী মযাযদনি বেনাসাঁ ষ্টাইল মতৃং ইন্না ১৬শুবা শতাব্দী লোইরমদাই মতাঙদা ডট্চ্ আর্কিটেক্ট হান্স ভোন্ পিস্সেন অমসুং এন্টোনি ভোন ওফবরজেননা শাখিবা ক্রোনবোর্গ কাসল্। এলসিনোর বোর্ডরদগী সুইডেন কিমি ৪রোমতনি। সুইডেনগী লম্বী থোকপদুদা ক্রোনবোর্গ কাসল য়েংলুবতনি। সেক্সপিয়ারনা হেমলেট ইবগী ঈথীল ফংখিবা মফমনি হায়দুনা থওইনা লাকপা নত্তে।

ডেনমার্ককা সুইডেনগা থোইনা খেন্নদে। সুইডেনগী উপ্পসালা কৌবা ষ্টোকহোমদগী মাইল ৪০ বোম লাপ্পা মফমদা নিংথৌ গুস্তাভনা শারম্বা কিলা য়েংলুই। ক্রোনবোর্গ কাসলগা মওং অমত্তনি। ইতিহাস খেন্নে হায়বগী ৱাতনি। তরাতরেৎ শুবা শতাব্দি হৌরমদাই মতমগীনি হায় কিলাদু। দিল্লিগী রেদ ফোর্টকুম্না অঙাংবা চেকনা শাবা কিলা নত্তে। উৎ মচুগী নূংনা শাবনি। মফমদুদগী কফেটরিয়া অমদা কোফি থক্ল-থক্লা হারুয়োনা ঐঙোনদা সুইডেনগী নিংথৌ 'গুস্তাভ ড থার্ড' গী ৱারী অমা নোক্ল-নোক্লা লীখি। মদু কোফিগা মরী লৈনবা, ঙসিদগী চহী ২০০রোম মমাঙগী ৱারীনি- 'শিবগী দন্দি ফংলবা বন্দি অমবু নিংথৌ অদুনা শিদ্রিফাওবা কোফি পীথক্লবা য়াথং পীরম্মি, মরমদি মহাক্না কোফিবু তশেংনমক্কী হুনি হায়না থাজবগী মতৃং ইন্না কোফি পীথক্লগা বন্দি অদু শিখিনি অসিনি। বন্দিদুদি নুঙাইনা কোফি থক্লদুনা মশাগী চহী মরিফুহুমদোই শুবা ফাওবা হিংলম্মী। শোণী নঙসু কোফি থক্কদবনি'। হাকয়োনা মখা তাবদু শমজিনখি। মা খঙই, ঐ কোফি হৈনদে হায়বদু।

'All roads lead to Rome' হায়নৈ। করি মরমদগী হায়খিবনো মদুদি ঐ খণ্ডদে অদুবু ফাগি ওইনা হায়নরগসু অচুম্বা অমদি লৈ, ঐগী খোঙচৎ অসিমকসু রোমদা তিল্লরি। মসিনা মসিনি, অমরোমদনা রোমগা কোন্নবা ইচম চম্বা স্মৃতি কয়াসু কাউঙমদ্রবা পোৎশক অমা ওইনা ঐগী স্মৃতিদা লৈ। কোলোসিয়ম মনূংদা চোইনা তারিবা নূংকুপশিংবু হারুয়োনা নোঙ্গরগা খুনবদুসু ময়েক লানা লৈখিবা স্মৃতি অমনি। খল্লুরগা নুংশিবা পোকই। নোকসু নোক্লীংই। অঙাংবা রুমালদা মহাক্না নূংশিংদু অমমম য়োমশিল্লগা থমখি অদুগা হায় - 'শোণী, নঙ খণ্ডব্রা-নূংকুপশিংসি কোলোসিয়ম অসিগী এরেনাসিদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী শাক্ষিনি। গ্লাদিয়েটর কয়ানা মথৱায় থাখিবদু মখোয় উহৌরবনি। ঐতিহাসিক ওইবা পোৎশক অসি মরূপ মপাংশিংদা খুদোল ওইনা পীরবদি হৱাউজনি!'

নূংগী ৱাফম লাকপদগী খণ্ডহৌদনা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী মমাঙঙৈ 'খৃতু' দা পাখিবা কবিতা অমা নীংশিংলকখি। ঐনা হারুয়োদা তাহল্লি। কবিতাদুগী মথং মনাউ মাইবা ৱাহে পরেংদি কাউশ্রে। ভাব অমসুং মওং মতাদি অসিনি- 'নোংমা লায়রবা অমগী ময়ূমদা কোয়বা চৎলুবদা ফিদাগী মহুৎতা লায়রবা অদুনা নূংদুম অমা পুথোরক্লগা ওঝাদা হায়জে, চানবীদুনা চৎলমদাইদা নূংদুম অসিনা লাইবকসিদা অমুক্তং থোমজিনবীরম্মুবা'। হারুয়ো অঙকপা ফংনা নোকখি।

রোমগী কোলোসিয়ম হায়রিবসি নূংগা কংক্রিৎকা য়ানশিল্লগা শাবা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওবা, ফম্ফমনা ইকোয় কোয়শিনবা, কুম্মৈ তৌফম এমফিথিয়েটরনি। ফ্লাভিয়ান রাজবংশগী নিংথৌ ভেস্পাসিয়াননা রোমদা পাল্লিঙৈ মতম খৃ ৭০-৭২ অদুৱাইদা শাগৎপা হৌখি। থাং-তা পায়বা গ্লেদিয়েটর মশেল মায়োক্লদুনা লাহেংনবা, তমথীরবা শা-ষণগা মীগা থেংনবা অমদি শা-ষন অমদি শা-ষন মশেল হাৎন-শুনবা অসিগুম্বা নূংশি হৈতবা কুম্মৈ- কুরাং য়েংবগী কুরুক্ষেত্র লানফমনি।

"Rome is yet the capital of the world. It is a city of palaces and temples more glorious than those which any other city contains, and of ruins more glorious than they"

***-P.B. Shelley***

চীং তরেৎকী মথক্তা শাগৎখিবা রোম সহরগী মমিংতা তাবদা ইতিহাসকী আগর মনম ফাওরকই। মনাক্তা টাইবর তুরেল চেল্লি। রোম লিংখৎলম্বা রোমিউলস্-রিউমেন ফাইবোক মচিন-মনাউগী বারীসু টাইবরগা শাগোন্নবা রূপ-কথানি। ঈশিং ঈচাও অমদা পীক্লিবা মচিন-মনাও অনীমক টাইবরগী ঈচেলদা তাউথরকপদগী পালাতিন চীংখোঙদা পনখিবদুনা কলহৌবনি হায়বগী বারী লৈ। অদুগা অহানবা খৃষ্টাব্দদা রোমগী সম্রাট ওইরম্বা ওগষ্টাসকী তেক-কায়রবা কোনুংসু পালাতিন চীংথক্তনি। হৌজিকসু লৈরি।

রোমগী মরূওইবা থাইনদগী লৈরক্লবা লম্বী 'ভিয়া দেল কোর্‌সো' পালাতিন চীংখোঙদগী হৌই। লম্বী অসিগী ওয়-য়েৎতা আধুনিক যুগকী দুকানশিং মরক্তা অরিবা গির্জা, ম্যুজিয়ম কয়ানা রোমগী লৈতেং ওইরি। রোম সহর অসি অরিবা মতমগী ইতিহাসকী খুদম অমদি গির্জা অমসুং ফাউনটেন (ঈফূৎ) কয়াগী কোনুংনি।

ফাউনটেন খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা পৌবানিক ৱারী লৈ। 'ট্রেভী' কৌবা ফাউনটেনদুদা তুং-হন্না য়েংলুদনা পৈশা লংশিনদুনা নিজরবদি রোমদা অমুক হল্লকই হায়নবদুদা ঐসু অনীরক্তি লংশিনখি।

টাইবরগী মথক্তা শাবা থোং 'পোন্ট সান্ট এঞ্জেলো' গী মনাক্তা 'কাস্টেল সান্ট এঞ্জেলো' (Castel Sant Angelo) কৌবা মিটর২০ ৱাংবা কিলা অমা লৈ। খৃ ১৩৫দা রোমগী সম্রাট হদ্রিয়াননা মশাগী মোংফম ওইনবা শাগৎখিবনি। মথংদা য়েক্লবদগী রোমবু কন্নবগী কিলা ওহোকখিবনি। কিলা অসি লাইফমগুম্নসু শ্রদ্ধা তৌনৈ। খৃ ৫৮৭ অদুৱায়দা রোমদা প্লেগ লায়না কন্না শনদোরকপা মতমদা পোপ গ্রেগোরি ড গ্রেটনা কিলা অসিগী মতোনদা লাইগী দুত মাইকেলবু উখি হায়। দুত অদুগী কৃপাদগী প্লেগ লায়না ফখি। কিলা অসিগী মতোনদা দেবদুত মাইকেল মুর্তিনা লৈতেং ওইনা খুভম য়ারি। হৌজিক কাস্টেল সান্ট এঞ্জেলো অসি ষ্টেটকী ম্যুজিয়ম ওইহ্রে।

রোমদা ঐখোয়না লৈরম্বা মফমদো ট্রেন ষ্টেসন 'স্টাজিয়োন এস পিয়েত্রো' গী মনাক্তনি। পোপকি শাসন মখাদা লৈবা পৃথিবীগী পীকখ্রবা নীংতম্বা লৈবাক 'ভেটিকান সিটি' মাইল অনী ফাবাত্তে। খোঙনা চৎলি। টাইবর তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বান মনামক্তদনি ভেটিকান সিটি। সুইস্ গার্ডনা লাম্মী ওইনা ঙাক শেল্লি। পোষ্ট ওফিস, রেদিও ষ্টেসন অমদি মশাগী তোঙানবা করেন্সি শীজিন্নৈ। ভেটিকান সিটিগী খা-ৱাং মায়কৈদনা 'সেইন্ট পিটর স্কোয়ার'। স্কোয়ার অসিগী গেট ফাওরগা ভেটিকান সিটি চঙবা মতমদা ইথা-থাজদনা নাগালেন্দদগী লাকপা খৃষ্টান লম্বোইবী নাগা নূপীমচা অমগা থেংনখি শক-মায় মঙ্গোলিয়ান ওইবদুদা নুংশিদুনা হারুয়োনা চংশিল্লগা হংলুবদা নাগালেন্দদগী লাকপনি খুন্নকই।

লম্বোইদ্রিঙৈ মমাঙগী মমিং নেঙচা লূভম হায়ব্রা করিনো অমা হায়রম্মী। লম্বোইরবা মতৃংগী মিংদুসু নীংশিংদ্রে। মকোক-মরু কোল্লবী নহা ওইরীবী নাগা লম্বোইবী অদুনা ঐখোয়বু 'সিস্তিন চ্যাপেল'

য়েংবা পুবিখি। 'সিস্তিন চ্যাপেল' অসি পোপ সিক্সতাস ৪শুবনা লিংখৎলম্বনি। খৃষ্টান ধর্ম্মগী বারী অমসুং শাউতাক্লা যুম্বী ওইরগা অফাউবা লাইয়েকপশিং- পেরুজিনো, বোত্তিচেল্লি, রফায়েল, মাইকেল এঞ্জেলোগী ফ্রেস্কোশিংনা সিস্তিন চ্যাপেল থল্লা য়োল্লি। ময়ামদু কোয়না য়েংবদা ঙকলি-নাই।

সিস্তিন চ্যাপেলগী নাকন ফক্লাং অমরোমদা খুদোম্বী থিল্লগা মাইকেল এঞ্জেলোগী মমিং চৎলবা ফ্রেস্কো - 'লাষ্ট জজ্‌মেন্ট' হায়রিবা চিত্রকলাগী মরমদা ইংরাজি লোলনা শন্দোক্লা তাক্লি - 'অফবা মীবু যীশুনা উদ্ধার তৌবিবগী ধর্মগী পারা নত্রবসু চিত্র অসি কলাগী ফজপ্রবা খুদমনি'। মচুনা শান্নরিবা লীলা, য়ীশুগী থাঙ্গৎলিবা খুৎকী মুদ্রা, পাপ-পুণ্যগী ভাবমূর্তি, চিত্র অসিদা ফুদোক্লিবসি য়েংবদা অরোই-অথম লৈত্রবা শুঙ্গৎপা ঙম্বা শক্তি অমনি।



কাস্টেল সান্ট এঞ্জেলো, রোম, ইটালি।

ভেটিকান সিটিগী লৈনূংদা ফুন্নিবা পোপশিংগী মোংফমদুসু য়েংবা পুবিখি। পরেং-পবেং থন্নিবা কুশিংদু উরগা মহাক্না খুকন্মী। ঐনদি পুক্নীংদা তূমিন্না লম্বোইবী মাবু খুকমজখি। কলাগী মতিক মগুন মশক খঙবতা নত্তনা ঈশ্বরগীদমক মথ্বায় লূপচরবী মহাক অসি নাগালেন্দগী খুঙ্গং অমদগী লাকচববসু অচম্বা মীদি ওইরমলোয় হাযবসি ঐনা খর্নাখি। সন্যাসীনি অদুগী মবমদা অতৈসু খঙনীংবনি অদুবু মহাক্না মমিং মথাদগী হেন্না তাক্লম্বা লৈখিদে। চৎলমদাইদবুদি, 'ঈশ্বরনা থৌজানবা পীনবা ওইসনু' হায়রম্লগা নোকমি-নোকমি চৎখি।

মাইকেল এঞ্জেলোগী 'পীয়েটা' অদুসু সিস্তিন চ্যাপেলগা থংননা লৈ। মেরিনা মচা যীশুগী অশিবা মশাদু মতমবাক্তা কোল্লগা মুন্না যেংদুনা লৈবা মার্বলগী মূর্তিনি। অর্থ লৌবা ঙমদ্রবা অর্থ চেনবা মেবিগী মমীৎ অনীগী মরুমদা ইমাগী মায়থোঙ উখিব্রা খল্লি। মতম অমগী মেহ্রেবানুগী নীংঙমদ্রবা মায়থোঙ অদুসু পীয়েটাগী মরুমদা লোৎখিবা মাল্লি। পীয়েটাগী শেংলবা শক্তম ফোঙদোক্লবা লোল লৈতে। পূজা তৌবা নত্তনা।

'পীয়েটা' ঐগী শেংলবা মীৎলুগী পিরাংনি।

পীয়েটা য়েংলুরবা মতূংদা ভেটিকান ম্যুজিয়ম অমসুং আর্ট গ্যালারিজশিং য়েংবা চৎপদু করিমত্তা নুঙাইবা ফাওখিদে। তাইবং মীনা অহানবা থাদা চৎলুবদা পুরকপা মুশুক-মুবা নূং মচেৎ অদুতং য়েংলগা থোরকখি। ভেটিকান সিটিগী মনূংদা লৈবা পোৎশক অমত্তা ফোটো লৌবা য়াহনদে অদুবু ঐগী থমোয়নদি মক্তবা ফোটো কয়া লৌরকখি।

বোমদগী 'লিনিং টাৱব ওব পিসা' য়েংনবগীদমক ঐখোয় গেলিলিয়ো গেলিলিগী পোক্লফম পিসা সহরদা চৎলি। চেপথদুনা হাইথগদগুম তৌরবা ঙৌরুনবা মার্বলনা শাবা ফুরা অসিগী মতোন য়ৌনা কারগা ফোটো অম'নী নম্লগা পিসা য়েংবা লোইশিল্লি।



'লিনিং টারব ওব পিসা' ইটালি।

খৃ ৭৯দা তশেংনা থোকখিবা ইতিহাসকী মুৎথ্রবা সহর পোম্পে, হার্কুলেনিয়ম, ষ্টাবেয়ী য়েংলুবদু ঐগী পুন্সীদা খ্বাইদগী নীংশিংনিঙাই ওইবা থৌদোক অমনি।

রোমদগী নেপল্‌স কিমি ২০০ য়ৌফাত্তে। মৈগী চীং মাউন্ট বিসুভিয়সকী মনাক্তা লৈরম্বা মুৎথ্রবা সহর 'পোম্পে' নেপলসতগী কিমি কুনমরী মঙামুক্কি। হারুয়োনা পোম্পে চৎলুসি হায়বদুদা ঐ য়াম্না হরাওখি। চাব-থকপা জ্ঞান তাখিদে। চহী কয়া মমাঙদা য়েংখিবা ফিল্ম- 'লাষ্ট দেইজ ওব পোম্পে'গী শিনশিংদু নীংশিংলকই। মতমদুদা ঐনদি ফিল্ম অদু তশেংবা ইতিহাসকী ৱারীনি হায়না থাজখিদে। মাউন্ট বিসুভিয়স পোকখায়বা নুমিৎ অদু রোমান হিষ্টোরিয়ান টাসিতসনা খৃ ৭৯ আগষ্ট ২৪ নি হায়না ইরম্মী।



লৈনূংদগী তৌথোক্লবা অরিবা মতমগী পোম্পে সহর,
তৃংদা মৈগী চীং বিসুভিয়স

'সোরনো' তুরেলগী মনাক্তা লৈবা পোম্পে সহরগা লোয়ননা হার্কুলেনিযম, ষ্টাবেয়ী সহর মচা অনীসু বিসুভিয়সকী শৌগৎলক্লবা লাভানা ফুমজিনখি। ঐখোয় মফম অহুম্মক য়েংবা চৎলুই। অরিবা মতমগী পোম্পে অসি নোংপোক মায়কৈদা অনৌবা পোম্পে সহর 'প্রেলিম' লৈখ্রে। তেক্ত-কায়দনা চহী চা কয়া ফুমদুনা লৈরম্বা পোম্পে সহরদা মৈতে মচা অমগী খোঙ্গুল ময়ি লৈহৌরবনি খল্লুবদা অঙকপা ফংনা হবাওজখি।

খৃ ১৬কী লোইরমদাইদা পোম্পেগী মাঙখ্রবা পোৎকী লেমহৌবা শরুক খরা ফংখিবদুনা মুৎলবা ইতিহাস অসিগী মরমদা অহানবা ওইনা অমুক নৌহৌননা থিগৎপা হৌখি। দোমেনিকো ফোন্তানা কৌবা আর্কিটেক্ট অমনা সোরনো তুরেলদগী টোর অনাঞ্জিয়াতা কৌবা মফম অদু য়ৌনা ঈশিং পুরক্লবা টনেল তৌবা মতমদা পোৎশিংদু থেংনরকখিবনি। ওস্কান্স, এস্ত্রাস্কান্স, গ্রীক অমসুং রোমানশিংগী আর্ট, কলচর অমদি বিজ্ঞানগী চাওখৎলবা খুদম কয়া উৎলি। এপোলোগী মন্দিরদুসু আর্কিটেক্টচরগী মমল নাইদ্রবা খুদম কয়া অমনি।

অরিবা মতমগী ইতিহাসকী খুদমশিং উরগা মণিপুরগী শ্রীমুতুবা বহাদুর হেক হেক নীংশিংলকই, মহাক ওইরম্লবদি ঙসি ঐনা উরিবা পূম্নমকসি কয়াগী মতিক মচা খায়না অমসুং ময়েক-লানা লাকশিনদুনা ইরমগদৌবা!

'ফোরম'- ময়াম উনদুনা ব্রা ঙাঙনফম অমসুং নিংথৌগী ব্রায়েন-থৌদা পাঙফম অমগী চেকখায়রবা সিড়িদা জুপিটর, জুনো, মিনর্ভাগী মন্দির য়েংন-য়েংনা নীংশিংলকখি মৈতৈগী মতিক-মগুন লৈখ্র-লৈখ্রবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মশিং- সনামহি, পাখঙবা, কৌব্রু, থাংজিং, লৈমরেল, পান্থোইবী, ইমোইনু ...., খল্লি, কদায়দবু লৈরমগবা মখোয়গী খুভম য়াবা শঙলেনশিং!

'ফোরম' হায়বিবসি চাউর-চাউরবা যুম্বীগী মথক্তা অপাকপা নূংপাক্লা খনগৎলগা কৃপ্পী অদুগা মায়কৈ মবীদি ইহাঙ-হাঙনা ফক্লাং খাদনা থম্বা শঙনি। গ্রীকশিংনা মসিবু 'অগোরা' কৌই। টুরিষ্ট গাইড-বুকতা ইবদি, মসি নিংথৌরেলগী লৈবাক লৈঙাক-ব্রায়েন চথফম য়াথং অমদি প্রজাশিংগী অৱা-অনা ফোঙদোক্লফমনি।

পোম্পেগী এমফিথিয়েটর অদুসু য়েংবা চৎলি। হৌজিক্কালগী ষ্টেদিয়ম অসিমক্কী মওং মতৌনি। মতম অদুগী যূমলৈ-কৈরৈসু অয়েৌবী থাক্কীনি হায়বগী খুদমশিং উবা ফংই। নিংথম থাগী মতমদা ইমূং মনূং শাগৎহন্নবা ফক্লাংদা ফুম্বা চেক্কী উতোং মনূং ওইনা ঈশিং অশাবা পুনবগীদমক্তা, পোম্পেগী মীশিংনা শীজিন্নরম্বা লৌশিং-পোথিশিং থাগৎনীংঙাইনি। ফি শুফম (লৌন্দ্রি), তল য়োনবগী দুকান অমসুং 'কোলমব্রিয়ম' (অশিবশিংগী মশা থাখিবগী উৎ থম্ফম) অদুসু চত্তুনা য়েংখি। মতমদুদা মঙ-ওই তাইবং-ওই অরাপ্পদগী তাখিবগুম তৌই বিসুভিয়সতগী চেপ্পরকপা লাভানা ফুমজিনখ্রবশিংগী মীরাউখোল।

'মৈগীচিং' মাউন্টবিসুভিয়সকী পোম্পেনা ঐগী পুক্সিগী পেননাইদ্রবা পোথাফমনি।

ইটালিগী খা-নোংপোকলোম থংবদা লৈবা হিথাংফম সহর ব্রিন্দিসিদগী পোসাইডোন কৌবা জহাজ তোংলগা ঐখোয় গ্রীস চৎলি। সহর অসি অদ্রিয়াটিক সমুদ্রগী মপানদনি। ব্রিন্দিসিগী ম্যুজিয়ম য়েংবা চৎলুবদা ঐখোয়গী গাইড অদুনা হায়খিবা অমা লৈ- 'ইটালিগী অতে মফমগুম্না মফমসিদা অরিবা ইতিহাসকী খুদম থোইনা লৈজদ্রবসু কবি ভার্জিলগী পোৎলোইফমদি মফম অসিনি।' পুন্সীদা অহানবা কবি ভার্জিলগী মিং ব্রিন্দিসিদগী তারকখি। অচূম্বনি অরিবা মতমগী খুদম থোইদোকপা লৈতে। আধুনিক যুগকী যূমশা-কৈশা অমদি পোৎ-চৈশিংদি মরাঙ কায়না লৈরম্বা থেংনৈ।

ব্রিন্দিসিদগী এথেন্স য়ৌরকপদা নোংমা চংখি। অদ্রিয়াটিক অমসুং অযোনিয়ান সমুদ্র লাল্লগা 'কোর্ফু' কৌবা ঈথৎ মচা অমা

ফাওদুনা পট্রাস য়ৌবকখি। অদুদগী ত্রেনদা এথেন্স। অদ্রিয়াটিক অমসুং অয়োনিয়ান সমুদ্র অসি কয়ামুক ফজে হায়বদু ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্নবোইদবা মওংগী দৃশ্যনি। মরক মরক্তা সমুদ্র অনী অসিগী ঈশিং অতিয়াগী মচুগা তিন্নখিদুনা অশংবা ওনখিবসু য়াওই। ঈশিং মনূংদগী তনিক-তনিক লিংখৎলকপা নূংগী চীংদোল অদুসু য়েংবদা কয়া পুক্নীং হুই। ঐদি ডেক্তা লেপ্লগা মদুতবু উরিবমখে য়েংদুনা লৈখি। অৱা-অনাগী ৱাখল পূম্নমক কাউথোকখিবগুম থোকখি। খুত্তা পায়রম্বা গ্রীসকী য়ু 'ক্রুসিয়া' চিংবা ফাওবা কাউথোকলম্মী। চীংদুতা য়েংদুনা লৈখি।

এথেন্সতা ঐখোয়না থুংলুবা মফমদু -'৫৭ কিঙ্গেলিস্' অমসুং 'অজিয়ৌ মেলেতিয়ৌ ১'দা লৈবা য়ুথ হোষ্টেলনি। এথেন্স সহরগী অরোয়বা লম্‌খৈদনি। মনাক্তা স্কুল ওব হায়র কম্মর্সিয়েল এন্দ ইকোনোমিক ষ্টদিজ। মফম অসিদগী কিমি মঙা-তরুকমুক চৎলগা এক্রোপোলিস্ চীং লৈ। মসিগী ময়ায়মক্তদা অঙৌবা মার্বল নূংনা খৃষ্টগী মমাঙ চহী ৪৪৭তা শাখিবা গ্রীকশিংগী অথোইবী লাইরেম্বী এথেনাগী মন্ডির 'পার্থেনোন' য়েংবা ঐখোয় বসতা লাকখি।

এথেন্সতা চেল্লিবা বসকী মওংদি ইম্ফাল মনূংদা চেনবা মল্লবা বসকী খুৎচেন অদুমক্তম্বনি নিয়ম নাইদে। লম্বী-লমখাংদসু মরম ইচা চাদনা পংখামদ-খাম্বকাসু য়াওই। ভারা লৌবদি উপু অমদা পৈশা থাধনৈ। পৈশা থাধরবা মতূংদা চংফম অদু মী অমমমগী ওইনা ওটোমেটিক মেশিন্না হাংদোরকই। নঙ্গো-থাবো য়াওবদুদা য়াম্না নাতৈ অমা চাররোয় হায়দুনা ঐখোয় সিন্তাগ্মা স্কোয়ারদা কৃমথরগা খোঙনা এক্রোপোলিস্ তান্না চৎলি। এথেন্সতা খরনি লৈরম্বদু ঐখোয় বস শুংতোং তোংখিদে। খোঙনা কোয়রগা এথেন্সকী মরুওইবা মফম পূম্নমক থুংবা ঙম্মী।

সিন্তাগ্মা স্কোয়র হায়রিবা মফম অসি এথেন্সতা লৈবা মীওইশিংকী পূন্নফম-তিন্নফমনি। ক্রিক-ক্রিক ইন্নদ্রবসু মী য়াম্না তিল্লি।

বসতগী কূমথরগা কফেটরিয়া অমদা চংলগা গ্রীকশিংনা য়াম্না পাম্নবা চিঞ্জাক 'সুভলাকি' (ইন্ডিয়াগী তন্দুরি তলগুম্বদা অরৌবা শদুম, কোফি মনা, লেটুস্ মনা অমদি দহিনা শেন্বা সোস্ খর-খরা হাপ্লগা শেন্বা) অদু চারগা মফমদুদা ঙাইহাক পোত্থারকখি। অদুদগী কদায়দবু চৎসিগে করিবু তৌসিগে খল্ল-খল্লগা তপ্ল-তপ্লা থোরকখি। অহানবদা অরিবা মতমগী সহর ওইরম্বা এক্রোপোলিস্ কৌবা চীং মচা অমা তম্না চৎলি। মসিগী চীংদোলদনি এথেন্স অমদি গ্রীসকী শিংথানীঙাই ওইরবা লাইরেম্বী এথেনাগী খুভম য়ারিবা লাইশঙ, পার্থেনোন্।

'পার্থেনোন্' গী খুৎশাসি ডোরিক্ ষ্টাইলদা লৈতেং য়াওদনা ইচম চম্বা মওংদা কালিক্রেটস্ অমসুং ইক্টিন্স কৌবা আর্কিটেক্ট অনীনা শাখিবনি। লৈতেং হাপত্রবসু য়েংবদা জ্যামিত্রিগী খলদি কায়হনদবগুম উই। মশিঙদি থিরূদে, কোনবা থুংদবা চাউর-চাউরবা যূম্বী (কোলম) কয়া লৈ। ৪৬ শুইদি হায়। যূম্বীশিংদুগী মথক থংবা শরূক্তা কূপলম্বা নূংশিংদু নিংখায়খিদুনা অশেংবা মশক করি ওইরমখিবনো হায়বদুদি লাকপা ঙমদ্রে। চুথেক মরীগী মায়কৈ মরীমক পুমহাঙ হাঙলে। মন্দির মনূংদা লাইগী মূর্তিসু অমত্তা লৈত্রে। খরনা হূরানদুনা, খরনা নম-হা তৌদুনা পুবিখিবদগী লুভর্ ম্যুজিয়মদা খরা, বৃটিশ ম্যুজিয়মদা খরা, ইচাই-চাইদুনা লৈখ্রে। খৃষ্টগী ৫শুবা চহীচাগী অদুব্রাইদা খৃষ্টানশিংগী গির্জ্জা ওইনা অদুগা ১৪৫৮দনা টর্কিনা এথেন্স লৌশিনদুনা মসজিদ ওইনরম্বগী খুদমশিং লৈরি।

চীংথক্তা শাবা এক্রোপোলিসকী খারোমদনা 'ইরেক্থিয়ম', অমসুং 'এথেনা নাইকি' হায়রগা খঙনবা এথেনাগী মন্দির খরসু লৈরি। ইরেকথিয়ম মন্দিরবু যূম্বী ৬ না ঙাকই। যূম্বীশিংদু নূপীগী মূর্তিগী মওংদা শেন্বা ঙাক্তনি, 'কেরিয়াটিদো' কৌই। মদুগী মনাক্তনা দায়োনিসসকী থিয়েটর হোল লৈরি। এরিষ্টোফ্যান, সোফোক্লিজ্ ইস্কাইলসনচিংবগী ড্রামা কয়াসু হোল অসিদা শান্নখিবনি। অবিবা মতমগী মীওইশিংনা শান্নখিবা লীলাশিংদু য়েংনীংবগী ইখৌ লাংবা অমা

খাংঙমদনা পোক্লকখি। গ্রীক দ্রামাগী ঋষিশিং অমসুং দ্রামা শান্নখিবা মীওইশিংনা মফম অসিদা লৈরম্মী হায়বদু নীংশিংলুরগা পুক্নীংদা পেঞ্জবগী ঈহৌ লাকখি। মখোয়গী খোঙয়া-উফুল লৌনীংলকখি।

এক্রোপোলিস্তগী খা পাংনা খোঙনা চৎলগা লৈরিবা 'হিল ওব ড ম্যুজেজ' কা তাযনবদা 'ধিনোসিযো' কৌবা লম্বী লৈরি। মদুদা সোক্রেটিসপু বন্দি ওইনা থম্লম্বনি হায়বা কৈশুমশঙ অদু লৈ। মফমসিমক্তদনি, হু-পাম্বী 'হেমলোক' মহী পীথক্লগা মহাকপু শিবগী দন্দি পীখিবা।

হারুয়োনা মশা ঙম্লক্তবদগী ঐদি মফম অদুদা চৎপা ঙমহৌদ্রে। সোক্রেটিসকী অরোয়বা নুমিৎ অদুবু থারদুনা প্লেটোনা মহাক্কী 'ফাইদো'দা ইরম্বশিংদু খঙনীং-পানীংলম্বনি। তকশি শোনদুনা খাঙবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। মথং নুমিত্তা য়েংসি হায়নরবসু ঙমখিদ্রে। কাইনথং আরেতি বুত্তোপৌলাসকা উন্নরবদসু মফমদুদা অমুক হল্লকপগী তাঞ্জাসু ফংখিদ্রে। আরেতিগা লোয়ননা থায়না মমাঙঙৈদগী লৈরক্লবা 'প্লাকা' কৈথেল, 'বেনাকি' ম্যুজিয়ম, অঙৌবা মার্বল নুংতনা শাবা 'মার্বল ষ্টেদিয়ম' য়েংবা অমদি মাগী ময়ূমদা চাক্কৌবীদুনা চারুবা, ফোটো নম্বা, লন্ডনদা লৈরিঙৈ মতমগী ৱারী অদুগা আরেতিগা নুংশি-চান্নজবা জিমিগী কাবদা কোয়পু পুদুনা পংকোয় কোয়খিবদা মতম ফংখিদে।

গ্রীক নূপাশিংগী মরমদা ঐঙোনদা ঙক্না থোকপা অমনা মখুত্তা মালা অমমম পায়রগা মালা চৎনবা অদুনি। অরেত্তিদা হংলুবদা, মরু ৩৩না শেন্বা মালা অসি টেন্সন কোক্লনবা নূপাশিংনা চৎপনি, টর্কিদগী গ্রীক নূপাশিংনা লৌবকপা লায়নানি, মালাসিবু 'কমবৌলোই' কৌই হায়।

আরেতি অমসুং জিমি মখোয় অনীনা ঐখোয়বু অঙকপা ফংনা সেবা তৌখি। এথেন্স থাদোকপা মতমদা অনীমক্লা 'পেলোপোনিসিও' ত্রেন ষ্টেসন য়ৌনা থিনদোকপিরক। চৎলমদাইদা ঐগী

খজায চুপ্পগা হায়রম্মী- 'অমুক্কসু লাকউকো, দেলফিদা এপোলোগী মন্দিব যেংলুসি।' হনদক্তি ঐ ব্রাশকলমদ্রে। চুম্নতা খুমলম্মী:

- 'এফাবিস্তো আবেতি'- 'থেঙ্ক ইউ আবেতি'।

-'ইযাসো' 'গুদ বাই'।

ঐ খঙই, মা-ঐগী অবোযবা 'ইযাসো'নি।



আবেতি (ওয়)গা লোযননা প্লাকাদা, এথেন্স।

অবোযবগী ওইনা য়ূমদগী থোবকপা মতম অদুদা নোংমতা খল্লুবা লৈখিদে নোংমা ঐগী থমোযনূংদা পোক্লফম লমদমদা হননীংবগী খাংঙমদ্রবা খৌবাংবা অমা পোক্লক্কনি। স্যামন কৌবা ঙানা প্যাসিফিক ওসন্‌গী ঈচেলগী মাযোক্তা মযূমদা হননীংবগী আশানা ঈবোইদুনা চৎপদো, অদুমক্তি ঐনা হৌজিক ওইবিবসি। স্যামন ঙাশিংদো পম্ভুংফম যৌঙমদনা শিখিবনা অযাম্বনি। অদুবু মযূমদা হনজগে হোৎনবদু নুংশিনা খল্লুদবা ঙমদে। অমবোমদা ঐদি স্যামন ঙাগী মথৌনাদু চেনবা মীসু নত্তে। লম্মাংদা মফম-মবাঙ খঙদনা শিখিদৌবা জাৎকী মীনি। মসিনি ঐগী পুন্সী। তূং-মাঙ অনীমক্লা থৌবি চিংনবা শান্নবী। মেন তাবা ঙমদে।

ঐখোয়গী ত্রেন ইটালিগী পাৎ-'লেক কোমো'দগী সুইস বোর্ডর চীংশাং ফাওরগা অয়ুক অঙনবদা ফ্রাঙ্কফুর্টকী 'বান্ হোফ' ষ্টেসনদা থুংই। লেক কোমোগী চেদা য়েকপা লাইগুম্না নীংথিরবা দৃশ্য য়েংবগী খুদোংচাবা লৈখিদে। অমম্বদা পাৎ অদু ফি অঙৌবনা কৃপশিনদুনা লৈবা প্রকৃতিগী অশিবা মশাগুম উই। অদুগীসু মথক্তা পুক্লীং-ব্রাখলগা নুঙাইতবনে বিয়াবগী নিশা হন্থখিবনে করিমত্তা হৈনীং-য়েংনীংবা পোকখিদে।

ঐনা অহানবা য়ুরোপকীদমক খোঙশাল্লকখিবা মতমদা ফ্রাঙ্কফুর্টকী 'রাইনমেইন' এয়ারপোর্টতা দিল্লিদগী এয়র ইন্ডিয়াগী প্লেনদা লাকই। মরক্তা মিদল ইষ্টকী দুবাইদা খামলগা পূং তরেৎ-নীপান লেপ্তনা পাইবক্লবা মতৃংদা য়ৌরকখি। প্লেন অসিগী অরোয়বা লেপফমদি লন্ডনগী হীথ্রোনি। ঐনা লন্ডন চৎপগী টিকেট অসি জর্নি ব্রেক (লমদনবা) তৌরবসু চহী অমা চৎনবা য়াই। (ভেলিদ) হায়বগী নিয়ম লৈ। অদুনা ঐদি জর্মনি য়েংনীংদুনা ফ্রাঙ্কফুর্টতা কৃমথহৌই।

খোঙচৎ অসিদা য়াম্না অহে-অশিং শানীংলুবদগী চোপ্পা মতাং অমা য়াওরি। মসি দুবাই থাদোক্লবা মতৃংদা দিনর পীজবা মতমদনি। অহানবা ওইনা বোইং তোংবগা ওইবনে য়ুরোপ চৎলিবনি হায়বগী হ্ংং-লাউবা ব্রাখল অমনে,অনীসিনা তিন্নখিদুনা মশা লোংবা চামচ-ছুরি পায়দুনা চাবা পুন্সীগী তৌরক্লিবা ঐনা প্লেন মনৃংদা দিনরগী মতমদা পীরকপা য়েনগী শদুম অদু কক্তুনা চানবা কন্না হোৎনৈ। ঐগী থাং-তা পায়বা মওংদুদা কিরুবব্রা খঙদে চোংগাংগী দিসপোজেবল প্লেট মথক্তা য়েনগী শদুম অদুনা কোয়চেন চেল্লগা থংননা ফম্লম্বা লন্ডনদা প্রোগ্রাম উৎপা চৎলিবী ভাবত নাট্যমগী জগোইশাবী অমগী তম্পাক্তা চোংশিনখি। অফিং অফাইদা ঐনা মহাক্কী শাড়ীদা মহী-মনাযগা লোইননা চেংশিনখিবা য়েনগী মতৃমদু লৌথোক্কে তৌরুবদা, মমীত্তুনা খানা য়েংলগা হায়বকই - 'নঙ আসাম মাযকৈদগী লাকপা ভারত মচা মাল্লি, ভাবত মচা অমা ওইনা নখুৎনা লৌরগা চাবদা করি কায়বা লৈবগে, নখুৎতুদদি শেংনা হামদোকউ।' লাল্লুরবা কৌবনিনা ঐসু

লাল্লে হায়বা নত্তনা কবিসু খুন্না ঙমখিদে। অদুমকপু শোল্লাংননা খুমখি- ‘ঐ আসামদগী লাকপা ভাবত মচা নত্তে, অদুবু অদোমগী ব্রাহৈদুমক্তি তাবদা কযা চাউখৎপা ব্রাহৈ ওইদে’। শাড়িগী মমল কযানো হংনীংবা পোকখি। খুদোংথীবা হায়বসে জাতি মশক খায়না থোক্তে খুম্নীংলম্বনি।

নুমিৎ অদু ইকাই-নুংশি য়ান্নদুনা ঐ ডিনর চাখিদে। চরা অদুম হেল্লে। মতমদুদা ঐনা মাবু অরুনা ফুকোনগা চাংদমনখি। হে শিদবা মপূ, মহাক্লুসুঐবু কনাগা চাংদম্নরমগদৌরিবা, মদুদি হায়বা ঙমদ্রে।

অয়াম্বা জর্মনশিং ইংলিস লোল খঙই। অদুবু মমালোনবু ব্যাবহার উৎলবা মতৃংদা ইংলিসনা মখা শমথনে। ফ্রেঞ্চ, ইটালিয়ান, স্পেনিসশিংসু অদুমঙাই। ফ্রাঙ্কফুর্ট এয়রপোর্টতগী ঈঙ্গিৎ-ঈশারাগী লোল শীজিন্নদুনা নমফুদা সিটি সেন্টর য়ৌরকখি। বান হোফ ত্রেন ষ্টেসনগা থংনবা স্পাইজর ষ্ট্রাসি কৌবা মফমদুগী অহোঙবা হোটেল অমদা নোংমদা জর্মনি পৈশা মার্ক মরী পীদুনা লৈবম্মী। ফ্রাঙ্কফুর্ট অসি মেইন্ কৌবা তুরেলনা কোয়শিনবা সহবনি। অনীশুবা লাঞ্জাওদা এলাইদ ফোর্সকী বোমনা শিংনা-শাহনখিবা সহর ওইজরবসু হৌজিক মদুগী খুদম লৈত্রে হায়বমক য়ারে। শ্রিৎ নাল্লি লম্বী-থোং। য়েংলু য়েংলুবদা অব্রাং-অব্রাংবা দলান অমদি যূম-কৈশিংনা সহর অসিবু লৈতেংলি। ঐগী পুল্সীদা থেংনখিদ্রিবা মফমগা ওইবনে, চৎনবী চিঞ্জাকসু খেন্নবনে মফম অসিদা থুংলবগী অহানবা নুমিৎ অদু ইশাবু মতু-শোনবা মীওই অমা ওইনা লৌখিদবা ঙমদে। ফুম্বংনবা অমগা লোযননা শাথীনা হৈনদবীসু পোকখি।

জর্মনিগী মরমদা ঐনা মনূং হুঞ্জিন্না করিসু খঙবা লৈতে। ব্রাব ফিলমদা, লাইরিক্তা খরা পাকু-য়েংলুবদগী হিটলরগী ব্রারী, অন্নাফ্রাঙ্ককী দাইরি অমদি ইম্ফালগী দি এম কলেজদা তম্লিঙৈ মতমদা ইকায়খুম্নজরিবা ওঝা এলাংবম নীলকান্তনা নোংমা মতাঙ অমদা জর্মন ফিলোসোফর রুবি, নোভেলিষ্ট, প্লেরাইট জোহন্ উল্ফগাং ভোন গোযথনা ইবা মাগী দ্রামা ‘ফাউষ্ট’কী মবমদা অকুবা ফিলোসোফিগী

ৱা পনবিখিবদু নত্তনা অতৈ থোইদোক-হেনদোক্লা খঙবা-তাবা লৈখিদে। লাইরিক পাগনবা, পণ্ডিত শাজনীংবা মী অমা ওইনা চাউথোকচনীংদুনা গোয়থ, ফাউষ্টকী মিং চিনফা পুখিবতনি। অঙকপনি হায়গদ্রা খঙদ্রে গোয়থকি পোক্লফম লমদম ফ্রাঙ্কফুর্ট অসিমক্তদা ঐনা অহানবা ওইনা য়ুরোপকী লৈপাক শোকখি।

হোটেলগী ফ্লোরদা থেৎলম্বা টুরিষ্ট গাইড বুক অদুদা ময়েক-লানা গোয়র্থাকি ময়ূম অমসুং মহাক্কী মিংদ লিংখৎপা য়ুনিভর্সিটিগী ৱা পল্লম্মী। খুদক অদুদা ঐগী স্মৃতিগী মিংশেলদা ওঝাগী চীং-লেন্লবা, পারপ-শাংলপ তৌবা অনোক হাপ্পা ঙৌশ্রোক ঙৌবা মায়থোঙ অদো উখি। টুরিষ্ট বস মনূংদা ফম্ল-ফম্লা ফাউষ্টকী মরমদা ওঝানা হায়খিবা ৱা নীংশিংনবা হোৎনৈ। ফাউষ্ট অশিববু কৌদুনা ৱারী শাবা মীনি। মহাক্ল জ্ঞান অমসুং শক্তিগী মহুত্তা মাগী থৱায়-আত্মাবু শৈতানদা য়োল্লম্মী। অতৈ মখা তাবদুদি খঙদ্রে নীংশিংদ্রে।

অহানবা খোঙচৎতা হপ্তা অমরোম জর্মনিদা লৈখি। পুন্সীদা অঙৌবা কুচুগী মীওইনা পীক থন্না লৈবা মফম থেংনরকখিদবা মরম্না মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ মতৌ খরা য়েং, ফ্রাঙ্কফুর্ট জুদা অঙক-অঙকপা শা-উচেক খরা য়েং তৌরিঙৈদা হপ্তা অদু করম্না হৌখিবা খঙহৌদে। ঐনা কাউররোইদবা থৌদোক অমনা, চুরূপকী খরচা খরা লিকথনবা হায়দুনা বাতাভিয়া ব্রান্ডগী হিদাক মনানা চুরূপ শারগা কোল্লিঙৈদা জর্মন পুলিসনা ফাবদুনি। গেষ্টাপোনা জ্যুজশিংবু ফারগা গ্যাস চেম্বরদা পুবগী কিরবা ৱাখল অমা থমোয়দা মীৎকুপ খরগী ওইনা ফাউরকখি। মখোয়দি গঞ্জা কোল্লগা থক্লিব্রা খল্লুরবা জাৎনি।

পুন্সীদা মরী-মণ্ডারক্তি গঞ্জা চিংখ্রে। নেশামক্তদি লূপশিনখিদে। লূপশিল্লমগদবনি, করিগুম্বা মোহনগী মচননা কোয়গে হায়বা য়ারল্লবদি। মোহন গঞ্জা থকপগী অৱাংবা থাক কারবা ঐগী ক্লাসমেট অমনি। ময়ূম মোইরাংদনি। হায়নবা লৈ, মোইরাং নিঙোলদি ফজবদা লম্বা লৈতে।

ঘনপ্রীয়াদা পি য়ু সি তন্নিবী মাগী মশক মতৌ ফজববী মচন ধনবতীদা ঙাওরুবদগী ঐ অমুক অনীরক মাগা লোয়ননা গঞ্জা চিংখি। মবুংগা তিন্নদুনা কোয়বগী চান্স লৌবনি। ধনবতীনদি ঐবু গঞ্জা থকপা মীনি হায়না য়াবকখিদে।

জর্মন পুলিস অদুনা অবোয়বদা মশানা লাল্লে খনদুনা লীশিংলক সোরি, সোরি হায়রগা চৎখি। অসিনি হিদাক মনাগা গঞ্জাগা খেন্নবা।

জর্মনি শিনবা থৃংনা কোযরুদ্রবসু অয়াম্বা মফম কয়ামদি চৎলুরে। অমুক্তি ব্রেজ বাদেন্দগী টুরিষ্ট বসনা 'রোমান্তিক ষ্ট্রাসে' হায়বদি রোমান্টিক-লম্বী, বাভারিয়াগী কোনুং ম্যুনিখ তম্না চৎলি। মমিং-মথা খঙদবা তুরেল মচা কয়া, হার্দ মাউন্টেন বেঞ্জগী মনূং চনবা কালমিট চীংগা তাইননা লৈবা উমং কযাগী কারক হুত্তুনা চৎপা লম্বী অসিগী ওয়-য়েৎতা অঙ্গুরগী পাম্বীনা ব্রাই-চাইবা মখে হৌবদো উরগা ব্রাখল-পুক্লীং হোংখি। বোমান্টিক ওইরোই হায়বা ঙমদে। মতাঙ অসিগী, মফম অসিদদি শকখঙদবী কনাগুম্বী অমবু থেন্নবসু ইব্রা-ব্রাদনা য়াবক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ। অরাপ্পদগী কালমিট চীং অদু কৌব্রু মান্না উকদুনা ঐঙোনদা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা নুংশিবা ব্রাখল অমসু লাকখি। ইম্ফালদা পুন্সীগী ওইনা লৈহৌববী নিঙোল অমনা কৌব্রু চীংখোঙদা পিক্লিক চৎপদা ব্রাশক্লগা হায়খি- 'কৌব্রুনা শাক্পিনি, শিদ্রিফাওবা নঙ ঐগীনি'। ঐনা খুমখি- 'ঐসু ব্রাশকলি'। মা-ঐ শিদ্রি। খঙদে ঐখোয় অনীমক মওং কবম্না হিংলিবা ! মাসু-ঐসু ব্রাশক থুগাইবগী পাপ চেল্লবা মীওই ঙাক্তনি। তশেংনা হায়ববদা অপবাধ পূম্নমক ঐগী ওইফম থোকই। মরমদি ঐনা মাবু নুংশিববসু লৌগে হায়বগী ব্রাখল মচেৎ অমা ফাওবা থমখিদে। মঙোনদগী বিদাইসু লৌখিদে। মাবু তাক্লমদনা নোংমা ইম্ফাল থাদোক্লগা লাকখিবদগী ঙসি ফাওবা লম্বীদা লৈরিবসিনি। চিঠি ইদুনা মরি তৎনদনবসু তৌখিদে। অমরোমদা ঙাওচৎ-চৎপা বোহেমিয়ান অমা ওইরুবনা ঐগী অরেপ্পা

ঠিকানা হায়বসু লৈতে। অমুক্তি মহাক্না ঐগী মরূপ অমদগী লন্ডনগী অরিবা ঠিকানা লৌরগা ইরকখি। মল্লবা নাপু মচু কারবা মাগী চিঠিদু ইষ্ট লন্ডনদা ঐনা পেইং গেষ্ট ওইনা লৈরম্বা ইমুংদুগী পাঠান মচা অদুনা করম্না চেকশিন্না থম্বীরম্বনো হায়বদু অঙকপা অমনি। নুমিৎ থা পনদনা ইরকপা চিঠি অদু অসুম্ননি-

শোণী,

নীংশিংবা হায়বসিসু অঙকপা শক্তিনি। মসিনা পুন্সীবু নুঙাইহল্লি অদুগা ব্রাসু ব্রাহল্লি নত্রা ? খঙ্গুরগা কপনীংবতনি। পাউতাক্তা 'ফোরগেট ড পাষ্ট' ইজরবসু মসি অবায়বদি ওইরমদ্রে। কুইর-কুইরগা মবন্নাই কাউজখিনি। অদুবু কুইব-কুইবগা কাউখিবগী মহুত্তা কাথেকপনি। চীংদোনদগী য়েংথরকপা দৃশ্য উরবগা পুক্লীং'নুংশি। হৌখিবা পুন্সী নীংশিংলুরগা কপনীংবা নত্তনা অতৈ লৈরমদ্রে। মতমদুদা নঙবু অমুক্তং উনরবদি চেৎনা কোনদুনা থমোয়দা ফাওবিবা নীংঙমদবা নুঙাইতবগী ব্রারীদো তমগে নীংদুনা নোংমাইজিং কয়া মেম্মগী মনাক্তা লাকখিবনি অদুবু নঙগী থোয়রবা থমোয়গী মতৃং-ইন্না ঐনা পুক্লীং নুঙাইতনা, নীংবা কায়না যূমদা হল্লকখিবনি, মদু পূম্বা ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংজবনি খল্লি। মরমদি নহাক্লা পৃথিবীদা করিমত্তা উদনা মফম-মবাঙ খঙদনা অরূম্বা খোঙথাংদা যূমদা হনখিবা ঐনসু মতৌ করম্না থোঙজিনদগী ইখোঙসি থাংদোকখিবা খল্লুববু থৌনা অমত্তনা নঙ্ঙু খাম্বা ঙমখিদে। ঈবিল যাওদ্রবা ঐনা নঙগী খোঙথাংদুবু য়েংদুনা লৈহৌখি। নঙগী থোযচৎনবা থমোযগী মতৌদা ঐনা কবিসু হাযজবা ঙমজখিদে। ঙসি হাংদোক্কুনা লীবিবা ব্রারীসিনা পুন্সীগী অবোয়বা ওইখ্রগনি। নহাক্লা ইম্ফালবু নীংশিংলকপদা শবনম কৌবী য়াম্না পংজবী, নহাকপুদি নুংশিজবা অমা লৈহৌই হাযনা মরূপ মপাঙদা লায়না হায়দোকপা ঙম্নবা ঙশাইমখৈ ব্রাবীসি লীবনি। - শবনম

(ব্রাবৌগনু,অশেংবা মীংগৌদি ফোঙদোকচদ্রবনি।- শোণী)

চিঠি অদুগী পাউখুম পীখিদে। শবনমবু পল্লগা ইথন্তা শোঞ্জখি - 'ঐগী পুন্সীগী অয়াম্বা শরুক লম্বীদা অব্রা-অনা,কায়নবা, হুরাউ-নুঙাইবা কয়াগী মরক্তা লেনখ্রবনি। লম্বী চৎলিঙৈদা ইমা ইপা ইয়াম্বসু থেংনহৌদ্রবনি। অদুমক ওইরবসু ঐনা নুংশিজবা মায়থোঙ অমত্তা ঐগী থমোয়দগীদি মাঙখিরোই'।

হায়নৈ, রোমান্টিক ষ্ট্রাসেদা হৌরিবা অঙ্গুর অসিনা শুংবা য়ু জর্মনিগী মনূংদা খ্বাইদগী অথোইবনি। ঐনা খল্লিবা, মীৎ-না উইশিল্লগা চিংখিবা সেকমাইগী ময়াকমক্তি য়ৌরমগনি থাজদে। য়ুরোপ অসিদা মখল-মথেল কয়াগী য়ু শুংনরিবসি থাবদা লোইবা নাইরোই। মহাওসু অমগ-অমগা মান্নদে। মান্নদবদুনসু চাং য়েংথোকপদা নুঙাইবা অমা ফাওই। অদুবু ঐগী লৈতোনদা তোঙানবা মহাও ফাওজরবসু থনূং য়ৌখ্রগদি ফল অমত্তনি। য়ুগী পাত্র অদুনা নিশা কাদদুনা ঐনা কায়।

জর্মনশিংনা ম্যুনিখপু মুনসেন কৌই। ইতিহাস ওইরবা ম্যুনিখকী ফ্রাউয়েন চর্চ অদু য়েংবা চৎপা মতমদা চর্চ শেন্নবা সাধু অমনা মুনসেনগী অর্থ হনবদা মশাদা খুদোম্বী থিল্লগা হায়খি, 'মোঙ্কশিংগী ময়ূম'। ম্যুনিখতনি এডোল্ফ হিটলরনা অহানবদা ন্যাৎসি পার্টিদা চংখিবা অদুগা লিডর ওইখিবা। ম্যুনিখকী বিয়ার থম্লফম, লৈনূংগী কা অমদা হিটলরনা (১৯২৩ নবেম্বর ৮) বাভারিয়াগী তোঙান্না লৈজবা আইন অদু য়াদ্রে হায়না মীটিং তৌরম্বা মফম অদুসু টুরিষ্টকী তীর্থ অমনি। করিগীনো খঙদে হিটলরগী মিং পনবদা অকিবা অমা হেক্তা ফাউই। জর্মনশিংসু হিটলরগী মিং থোইনা পনদে। হিটলর কৌবা মীসু ঐনা জর্মনিদা থেংনখিদে। ইম্ফালগী বাবুপারাদা লৈবা বেঙ্গলি হায়স্কুল তল্লিঙৈ মতমদা হিটলর কৌবা বাঙ্গালী মচা অমদি থেংনখি। মমীৎ পিঙ্গলা থুংলবসু মশক্তি য়াম্না ফজে। মৈতৈলোনসু ঐঙোনদগী হেন্না ফজনা ঙাওই। বাঙ্গালী মচা অমা ওইনা মৈতৈগুম্না মৈতৈলোন ঙাঙবা ঙম্বদুদা ওঝা গুলাবনা মাবু য়াম্না চাল্লি। ঐবুদি ওঝানা থীনমক

তৌদ্রবসু মতমখিবিক্তা ফাগি তৌদুনা ঐঙোনদা হায় - 'ময়াং লৈবাক্তা পোক্লবসু নঙ মৈতৈ মচা অমনিনে। নমারোলবু হৈতবা হৌনবরনে ! পৃথিবীগী ষন-শনাউ অমত্তনা মমারোল কাউদে খঙব্রা'। ওঝা, হৌজিকসু ঐ-ষন অদুমক ওইরি অদুবু অঙাং ওইরিঙৈগী ষন অদুমক্তি নত্রে। য়াই থাবা ষন ওল্লে।

নোকমি-নোকমিতা লৈবা মায়থোঙ কোয়রপ তাবা, নেমতক-পীকতক তৌবা, ফেজোমতা শেৎপা, আনোক থাংবা, চন্দন-চরা থিল্লদুনা গৌড়িয়া যাম্না চৎচবা, ফাগি-জুগাই য়াম্না পামজবা ওঝা গুলাপনা ঐবু অহানবা লাইরিক তম্বীখিবা স্কুলগী অহানবা ওঝানি।

ইম্ফালদনি ঐনা অহানবা ওঝা নাইনা লাইরিক তম্বগী দীক্ষা লৌখিবা লম। স্কুল লৈথোক্লগা পাউনা বজারদা ভিক্টরি সিনেমাগা মায়োক্লনা লৈরম্বা এম এন বি সিনেমা হোলগী মনীংদা পৈশা লংদুনা ঢাকা শান্নবসু তমখি। মতম অদু মণিপুরদা লম্বী লম্মাংদসু লগাউ খাওদুনা, ঢাকা শান্নদুনা জ্বার শান্নবগী ঈরাং অমা কন্না চৎলি। খুৎ চুমদবনিনা ঐদি ধাকা শান্নবদা কৈদৌনুংদসু লোকপা ঙমখিদে। মতম অমদা ঐখোয় উরিপোক লাইতোঞ্জম লৈকাইগী খুরা খোমদোনগী ময়ূমদা লৈরম্মী। লৈকাই অসিগী অচৌ, কৃষ্ণ কৌবা (মিং অনীসে হৌজিক্তা নীংশিংলকপনি) ইমান্নবা অনীদুনতা লোকখি। মরক-মরক্তা মখোয় অনীদুগা লোয়ননসু মহাবলি ঊমংগী ঊপাম্বীদগী ঊরি য়াল্লগা টার্জান শারদুনা ইম্ফাল তুরেলদা চোংথবী শান্নবা চৎলি। বাবুপারা ফাওদুনা হল্লকপা মতমদা নাসপতি হুরাল্লগা পুরকই। নোংমা নাসপতি পাম্বী মখোঙদা ফুল্লম্বা মচিন লিখোক্লুনা লৈরম্বা বোম অমা খুল্লি। বোমদুগী মনীংদা প্লাষ্টিক ট্যুবকুম্বদা লৈরম্বা মচু-মচুগী কানক্রক লৌথোক্লগা মদু মৈনা চূরদুনা শান্নবা মতমদা পোকখায়রক্লুনা কৃষ্ণগী খুনাউবীগী মচেৎ অমা লৌখি। পোকখায়বগী মখোল তাবদা মী ময়াম চেল্লোরকপা উবদা ঐখোয় হৌদুনা চেল্লকখি।

উরিপোক্তা ঐখোযনা লৈবিঙে মতমদা যূম মৈ চাকপা অমুক থেংনখি। ১৯৫৩/৫৪ ওইবস্না যাই। চপ চাবীদি হায়বা ঙমদ্রে। পোৎফম ফম্বী ইনদোন ইবেতোম্বীগী মযূমদগী চৱ-চনাইনা চাক থোংবদগী মৈ হৌরকখিবনি হাযনৈ। কনা কনানসু হায়নবা য়াউই- ইনদোন ইবেতোম্বীনা বেডী চম্বদগী দুকানগী শাইজিনদা মৈবিক পাইশিনখিবনি। লাইতোঞ্জম লৈকাইগী পরেংদুনা ইগী য়ূম ঙাক্তা ওইরম্মী। ইগী য়ূম ওইববসু লু-নাল্লি, চেকশিল্লি। পুক্লীং হুনীঙাই ওইবা আর্টকী খুদমসু চেল্লি। লৈফম অমা লৈরগা লোইরে হায়বগী মওং নৎলমদে। মৈতৈগী য়ূমশা অসি ষ্টাইল মখল অমা ওইনা বাংলাদেশকী ময়াংশিংনা য়াম্না পাম্নে, মখোয়না 'মণিপুরী চাল' কৌই।

হৌজিক লৈরিবা অসুম্না দলান, জিতুযগী য়ূম মণিপুরদা থোইনা লৈরমদে। অনীশুবা লাঞ্জাওগী ক্ষেতিপুরন ফংনরবা মতৃংদা চেক্লা চনবা জিতুঘনা কুপ্পা য়ূম-কৈ শানবা হৌরনকখিবনি। মতম অদু ফায়ার ব্রিগেডকাসু লৈত্রি। মৈ অদু ময়াম চংদুনা মুথৎনবা হোৎনরবসু কান্নখিদে। টোটি মচিনদগী চী-লাউনা ফংবা ঈশিংনা করিদি তৌরুনি। মৈ চাকপদুদা ঐখোয়না লৈরম্বা য়ূম অদুসু য়াওখি। অহল লমনশিংনা হায়নবা অমা লৈ- 'অগ্নিদেবনা লৌখিবা পোৎতী শেনদোই-শেলেপকা কোন্ননা শীংলকই'। মদু চুম্বা হায়না খল্লি। মৈ চাকখিবগী খরনি মতৃংদা ঐবু পোকপা ইপাদু দি এম কলেজদা ওঝাগী ফম ফংদুনা কলেজগী ক্বার্টরদা য়ূম হোংখি। মণিপুরদা লাকখিবা ঐখোয়গী বংশগী ইতিহাসতা ইলেক্ট্রিক থাউমৈ থানবা য়ূমদা লৈবা মদুনা অহানবনি। পোদোনগী মল্লি-মল্লি ঙানবা মৈদা নাতোন মনূং তেঙ্গালি কাবা মখৈ লাইরিক লাইশু পাবগী অধ্যায়সু লোইখি।

য়ূম হোংবগা লোইননা ঐগী মরূপকী ঙমখৈসু হোংলম্মী। অচৌ-কৃষ্ণগসু তত্তনা উনদবনা লাপথোক্লবা হৌখি। মখোয়না জোনষ্টোনদা ঐনা বেঙ্গলি হায় স্কুলদা কানবদুনসু লাপথোক্লবগী মবম ওইখি।

অদুবু, মবিংগী শংবাই নামা ৱাৎতবগুম অনৌ-অনৌবা মরূপ কয়া থোরকখি। ময়াম অদুগী মনূংদা বহাদুরবুদি শুক্কাউ কাউবা ঙমদে। কলেজগী চৌকিদাবনি মহাক। ঐঙোনদগী চহী তঙ্খায় অমা হেন্না হল্লবসু ঐনা মাবু মরূপ অমগুম্না লোয়নখি। মানসু ঐবু মরূপ অমা ওইনা লৌখি। চহী কুনমরী-মঙাগী পাখঙনি বহাদুর। ঙৌরদুনা ৱাং- চাউই। নেপালিমক ওইজরবসু মাগী মায়থোঙদা শেংলবা আর্য্য ঋষিগী চিহ্ন অমা উখি। চহীদসু হনবা চরিত্রসু খেন্নবা বহাদুরগা ঐগা করম্না মরূপ ওইমিন্নখি হায়বদু অঙকপা থৌদোক অমনি।

মতম অদুদা সিনেমা য়েংনীংবগী শাথীবা লায়না লৈরে। সিনেমা যেংনবগীদমক ইমাগী শেঙ্গাউ, পাবুংগী ফুরিৎখাউ হুল্লগা সিকি-অনা লৌথোকপা, পোৎ-চৈ লৈবদগী শেল খপ্পসু পুরা হৈরে। ওইদবা ৱাবু অচূম্বা মালহন্নবা ৱাশক নুংশক্কী বিদ্যাদসু দ্রোণাচার্য্য ওইরে। ঐগী বিদ্যা মপূং ফাজিল্লকপগা লোয়ননা পাবুং ইমাগী শেঙ্গাউ-ফুরিৎখাউসু চেকশিন্না থম্বা হৌখি। লাইবক থীবদি শেঙ্গাউ মাবদা শুকথেং-থেংনদ্রবা মতম অমদা ফ্রেন্ডস টকিজদা 'স্যামসন এন্ড দেলায়লা' লাকখি। ঐগী ফিভম অদু চানমক্কী হৌজিক মতমগী দ্রগ চাবা মীগী মওংনি। মীত্তা উই বহাদুরগী ফমূং মখাদা চারা হুন্নবগীদমক থম্বা আলু। সিনেমা য়েংনীংবগী ময়ায়না ইকায়-ইকিগী ৱাংমা লানখিদুনা আলুদো হুরাল্লগা ইমাদা ঐনা য়োনশিল্লি- 'ইমা, বহাদুরনা হোঙনা পীরকপদগী পুরকপনি। লোইনমকসিদা মখায়-অনাতা পী'। ঐনা হায়বদো ইমানা থাজদবা তৌখিদে। মখায়-অনাদু ডিলক্স চুরূপ উপু অমা লৈরগা সিনেমা য়েংদুনা লোইশিনখি।

আলু হুরাল্লবা মথং নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদা ডিমাপুর রোডতা লোন্না চুরূপ চিংদুনা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলিঙৈদা কদোমদগীনো বহারদুব থোবক্তুনা ঐগী মাঙদা লেপ্লম্মী- 'ঐনা নঙবু ঙসাইদগী থিরি। নঙগা ৱা খরা ঙাঙনগদবা লৈ'।

বহাদুরনা ঐবু থিরি! ঙাঙনগদৌবা ৱাসু লৈ! মদু করি ওইরমগদৌবা মখা তানা খল্লুবগী দরকার তাখিদে। মিপাই-থীবনা শম-না চপ-চপ য়ুংখি। লৱাই শাৎখি। থৱায়-হকচাং থক-থক নীকখি। মাগী মনাক্তগী করম্না নাছোকসিগে খল্লিঙৈদা ঐগী হুমাং কারবা মায়থোঙদো মুন্না য়েংলগা ৱাকৎপগী মওংদা মানা মখা চত্থরকখি - 'নঙগী নমানা সুক হোঙনা আলু য়োছোক্লিবা করিগীনো হায়দুনা ঐবু চৈরকই। নমাদা করিগী ওইদবা ৱা হায়রিবনো। ঐনদি নঙোনদা আলু য়োনখিদেনা'। বহাদুরনা হংবা ৱাহংশিংদুগী পাউখুম লৈখিদে। মঙোনদা তিঙক-তিঙক য়েংলগা ঐ তূমিন্না লৈখি। মাসু মখা তাবমদনা তূমিন্না চৎখি।

মফমদুদা কয়া কুইনা লেপ্তুনা লৈখিবা ঐ হায়বা ঙমদে। ঐগী হুরান লিচৎ অসি ময়াম্না খঙলবনি খনদুনা থমোয়নূংদা অফ-ফত্তা খল্লুবগী ৱাখল পূন্নমক মন্ত্রদগী-মন্ত্রদা তিনখি। ইমানা'মুক করি হংবা, করি দন্দি পীবা মদুগী অকিবসু লৈখিদে। ইশাবু অশিবা মী ওইনা খনখি। ইমা-পাবুংনা ফুরসু ফূরসনু, হাত্তোক্লসু হাতোকচরসনু হায়দুনা য়ুমদা হল্লকখি। অদুবু য়ুমদা মনা-মনিল নাইরমদবদুদা স্বর্গদা লৈবগুম নুঙাইবা ফাউরকখি।

বহাদুরগী লমন পূন্সীদা শিংবা ঙল্লরোই। ইচম-চম্বা চৌকিদার অমনা ওক্লবা অঙাং অমবু হুরানবা মিংচত্তগী কনবীখিবদু করম্না কাউরুনি। করম্না কাউরুনি পাপি ঐবু অফবা মী অমা ওইনা হিংনবগী উৎপিখিবা চল্লবা আদর্শ।

ঈশ্বরগী করি থৌজাল লৈখিবা খঙদে। থৌদোক অদুগী খরনি মতূংদা নোংমা ঐনা বহাদুরগী ময়ূমদা চৎলগা লংজখিবা অপরাধ শেংদোকচরুই। মহাক্না খঙদবা শারগা লৈখি। অদুগা হায়খি - 'ওইদবা ৱাবু অচুম্বা শানা ৱারী লীবা য়াম্না হৈনা নঙদি, ৱারীকা ইরদুনা খবরদা ফোঙনবা তৌ'।

বহাদুরগী লৈফম ময়ূম অদু ওঝাশিংগী ক্বার্টরদগী খরা লাপথোক্লা লৈ। থাংমৈবন্দ লম্বী মনামক্তদনি। ময়ূম অদো য়ূমগী ফর্মুলা মনূং চল্লি হায়বা য়াদে। মায়কৈ মরী অমসুং মথক মখা জিঙ্ঘনা খায়। উতেক-ৱাতেক খোমতি, বেলচা, য়োৎ থাংনা পীক থল্লম্মী। য়ূমদুবু হাবুং-হনাংনা কোযনা শম্বল ওই। শুমাঙগা শম্নবা লৌবুক- ইঙ্খোলদা ফাইরেনগী হঙ্গাম মপাল, হৱাই-থরাক মপালগী মচু-মচু লেং-লেং চৎলি। ইমূংদা ঊগী জেন অমা লৈ মদুদা ধর্মগী লাইরিক খরসু থম্মী। লাইরিকশিংদুগী মথক্তা লৈগী মহুত্তা হৱাই-থরাক মপাল, হঙ্গাম মপালনা নৈবদ্য কৎলি। দেব-দেবীগী মূর্তিদি থম্বা ঊখিদে।

অয়ুক ঙন্তা ইরু-মায়থজরগা লাইরিকশিংদু পাই। মরক-মবক্তা ঐবুসু তাহল্লি অদুগা মহাক্লা হিন্দিগা মৈতৈলোনগা য়ান্নরগা অর্থ হল্লি। শিব-পার্বতি দূর্গাগী ৱারী ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঐখোয় অনী চৈরাও চীংদসু শীং চনবা চৎলি। মহাক্লা চৈরাও চীংদা হৌরম্বা উশিংশা পাম্বীগী মকূ ফক্লগা মহাও তংহল্লি। শারপ-থূম্লপ তৌবা উশিংশাগী মকূ, কবুলিয়াগী অথূম্বা মপাল অনীমক্কী মহাও বহাদুরদগী খঙখি। ঐনা চনবা শীং বহাদুরনা কোলোনিগী ময়াং ওঝাশিংগী ময়ূমদা য়োনবী। মতম খরদি ঐ ইমূংদগী শেল তানখিদে। ইমানা ঙকখি।

শীং চনবা চৎপা নুমিৎ অমদা নোংমা মহাক্লা মশাগী মরমদা ফাগি ওইনা খজিক্তং পনখিবা লৈ - 'ঐ ব্রাহ্মন মচানি। শিখা থাকপসে উইদনা'। মতোনদা কিশি কিশিনবা মাগী থোইদোক হেনদোক্লা শাংলবা শিখা অদু নাল্ল-নাল্লগা মখা তারকই- 'স্কুল কাবা লেপ্লা নুমিত্তগী লু কোকথোক্তুনা শিখা থাকখি। শিখাসিনা খুউ য়ৌনা শাংলকপা মতমদা খৌরিদা কিশিল্লগা থৌরি য়ানদৌরিবনি'। করিগীনো হংলুরবসু নোক্লগা তোকখি। নোংমা অমুকসু হায়খি- 'ঐগী ইনাও অমা লৈরম্মী। মমিং ভোলা কৌই। নঙগী লেংগা ওইগনি। মাসু শিখা থাকই। স্কুল কাবা চৎখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রে। কনানা খঙনি কনানা মাবু মীনাই ওইনা কদায়দা পুবিখ্রবা! ইপাসু মফম মরাঙ খঙদনা মাঙখিবা সিফাইনি।

ইমাসু দার্জিলিংগী চা-বাগান অমগী গুর্খা চৌকিদাব অমগা চেনখি। অদুদগী ঐসু নোংমা মফম-মরাঙ খঙদনা ইম্ফাল য়ৌরকখি'।

চহী তরামাথোই-নীথোই মতূংদা কলেজ অসিদা ছাত্র ওইনা লাইরিক তম্বা লাকপা মতমদা কলেজগী অরিবা ওঝাশিংদা বহাদুরগী ব্রা হংবদা কনামত্তনা মাগী পাউ হায়বা ঙমখিদে। কান্তিনগী মেনেজর শর্ম্মদা হংলুবদা হায়রকই -'নেপালিশিংনা খুঙ্গং ওইনা তারিবা কালাপাহাড়দা চৎলগা থিবিয়ো'। নোংমা, হরি-হবাগুম্না তিন্নবা, বেটচ অমত্তদা বি এ, বি কোমসু তম্মিন্নবা বিদুরগী এন্তিক ওল্লবা সাইকলগী মনীং নপ্লগা কালাপহাড় তান্না চৎলুই। অদুবু বহাদুরগী পাউদি কনামত্তনসু হায়বা ঙমখিদে।

স্কুল কানীংদবগী ক্রোনিক লায়না অমা ঐগী লৈ। পারা ফাহৌদ্রগা লিচৈ চানি হায়বগী অকিবদুসু য়াওরি। নোংবু চুরবা তুশিন্নদুনা খোঙগ্রাউবু লৈখোমদা নৈশিল্লগা যূমদা হল্লকপা শোয়দ্রবনি। অমাংবা নেৎলুরে হায়দুনা স্কুল কাদনা হল্লকপা কয়াসু কোঙ্গায়নি। খোঙগ্রাও অনী সুনসু লৈরমদে। ইমানদি তাৎ অদু খঙদবা নত্তে অদুবু উপাই লৈতবনা খর-চৈ, খর-ফু তৌরগা তোকখি। তশেংনা গৌড়িয়া চৎপা মৈতৈগুম্না ঐখোয় ইমূংসু অমাং-অশেং য়াম্না খায়না চৎলি। থকপ-চাবদি থল্লদুনা তিলহৌ-চনম, হব্রাই মুসোরি, য়েরুম, চা, ইমূংদা পুশিনবা য়ারমদে। ঈরুজদনা চাক চাবা য়াদে। তশেংনমক ধর্মগী মার্শল লো হায়বদুমক্লি। নিয়ম অসিগী মখাদা নিরামিষতা চারগা চাউরকপা ঐসে মতমগী য়াওলদা কয়ামুক লূপশিনখি হায়বদু অঙকপা অমনি। চাবগী শাগৈদা অরেঙবা পোৎ অমত্তা থাদ্রে। চাহৈদবা চাব, যু থকপা হৌখিবদি ঐবু পোকপা ইপা অদুনা মশা ঙমদদুনা ১৯৫৬ কী লোইরমদাই অদুব্রাইদা সিলেটতা অমুক হল্লকপা মতমদগীনি। ইমাদি মণিপুরদা লৈজগে খঞ্জরম্বনি। পাবুংনা য়াখিদে। ইমাদা পাবুংনা হায়বদু তায়-'ঐগী পুম্নীগী লোইরমদাই মতম খরদি পোক্লফম লমদমদা লেনজনীংই। চারসু-চাদ্রসু মশাগী যূমদা লৈনীংদবা কনানো'।

লাই লৈব-লৈতবা খণ্ডদে শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দা মহাপ্রভুদা যুবী লালু শারগা ইমানা মপি ঈরা চেন্না কপলগা কৎচরুবদগী রাধিকা বমনদা যুম বঙ্কোপ থল্লম্বদুদি উচিন নাচিন্না হনদোকপা ঙমখি। অদুনা অমুক্কসু হেন্না হল্লকনীংখিবনি। ইশাগী যুম লৈজরবসু অব্রা-অনঙগী শণি দশাদি কোকপা লৈখিদে। সিলেট গভর্নমেন্ট গালর্স স্কুলদগী রিটায়র্দ ওইরবা মতূংদা পেনসন ওইনা থা-থাগী লূপা মরিফুনীথোই মখায়-অনা ফংবদুদি সংসাবগী অহোবা কয়া মেনবদা পাই অমা ফাওবগী মশক নীংথিনা উখিদে। ইমানা তূম্বা-চাবা খঙদমখে ইন শাই। মদু যুম-যুমদা খোম্বা লাকপা পাঙল ঙা ফাবশিংদা য়োল্লি। লায়রজরবসু ঐগী ইমা-ইপানা কনাগীসু শেল তোল্লমদে। চরা নামা হেল্লবসু কনাদসু খুৎ তিংথোকখিদে। ঐগী ইমাদো নুং য়াম্না কনবীনি। পুন্সীগী অব্রা-অনং কয়া নংলবসু ঐখোয়দা মদুগী থীরবা শক্তম কৈদৌনুংদসু উৎলমদে। মশক মতৌ ফজরদুনা য়াম্না চীং-লেম্বী ইমানি।

অহানবা ফ্রাঙ্কফুর্টতা থুংলবা মতূংদা স্পাইজর ষ্ট্রাসেদা লৈবা অহোঙবা হোটেলদু ঐনা হৌজিক থুংলিবা ৪৪ মুনচেনর ষ্ট্রাসেগী এপোলো কৌবা হোটেলদগী পংলাপ লাপ্তে। 'স্পাইজর ষ্ট্রাসে' অমসুং 'মুনচেনর ষ্ট্রাসে' লম্বী অনীসি পরীং ওইনা চৎলি। লম্বী অনীসিগী ওয়-যেত্তা কিনো (জুব্রার শান্নফম), ব্লু ফিলম উৎফম, ওক্তবীশিংগী চাফম লৈফম শুনা লৈখ্রে। মিংশেল চনবা উপুদা মফি-মরোল য়াওদবী মথব্রায় পানবী দেবী কয়াবু থেনদুনা দিসপ্লে তৌবা হকচাংকাসু লৈ। দেবীশিংদুনা উপু মনূং অদুদা লৈশেম জগোয় শারগা উৎলি। মীৎ খৎতুনা কষ্টমর কৌই। কয়া অমনা দেবীশিংগী মিংশেলগা তক্লবা মশাদুবু খুদোম্বীনা শোক্লবা হোৎনৈ। মতৌ অমনি। মাথা ঙাওবা জাৎনি। মসিগী কষ্টমর অয়াম্বদি মীযাই চল্লবা অমসুং মিডল ইষ্টকী মীওইশিংনি। যুরোপকী মনূংদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা আদি রসকী লীলা-ভুমিদি হামবুগকী রিপর্বানদা লৈখ্রে। দৃশ্য অসিদি কৎচানি। জিবনসিং অমসুং লালজিগী নূপীনা শান্নবা লীলানকা রিপর্বানগী মনাক চঙবা য়ারোই।

মতম অমদা বাংলাদেশকী সমাজদা মৈতৈ খঙদে ময়াং খঙদে নূপী-নূপা নুংশিনবা অসি য়াম্না অৱাবা, খুদোংথীবা থবক্নি হায়না খন্নবম্মী। লৈকাইগী পাখঙ লৈশাবীশিং মখোয মশেলদি মচিন মনাওনি হায়না সমাজনা খল্লি। তিন্নরবসু নুংশিবগী ৱা ফোঙদোকপদু ৱানা থোকলম্মী। মুসলমানগী মতাঙদদি অমুক্কসু হেন্না লুই। মুসলমানশিংদি ইমূংগী মী নত্তনা নূপীনা অতোপ্পা নূপাগা ৱাবী-ৱাতাই শানবা পাপকী মশক্নি হায়না কিনৈ। লোন্না প্রেমপত্র চৎনরগা নুংশিবা ফোঙদোকপা মঙায়। পাউ পীথোক-পীশিনগী খুদোংচাবা লৈতবনা পাউখুমসু যুগ-যুগ হৌখ্রবা মতূংদা যৌবকপকাসু যাওই। পাউ চৎনরিঙৈদা মমা-মপানা থাজবীখিবনসু অয়াম্বনি। অদুগা পাউ পুবিনবা মী ফংবসু লাইবক-লাইবক্কী মখা পোল্লম্মী। নুংশিবা-নুংশিবী অমকা লৈনবসে খুৎনা স্বর্গ লাম্বা ফংবগুম হাযঙমদ্রবা হরাওবা অমনি। ঐদি অসিগুম্বা ফিভমশিং অসিদগী হৌবকপা মী অমা ওইবনা অদুঙৈ গৌহাটিদা অরুনা ফুকোননা নুংশিবা উৎলকখিবদু স্বর্গ লাম্বা ফংলবগুম নুঙাইজখি।

রেহাবাড়িদা লৈবা শেল পায়বা অখোমিয়া মচানি অরুনা ফুকোন। মাসু ঐসু বি বড়ুৱা কলেজদা ক্লাস অমত্তদা তম্মীন্নৈ। মশক-মতৌ ফজবা অদুগীসু মথক্তা শেল পায়বা ইমূংগী মচানি হায়দুনা মরায় য়াম্না হাইগৎনা চৎলি। ঐনা মাবু থমোয়দা নীংজববসু য়ারক্লোই হায়বগী চিংনবা অমনা ছাত্র অতৈনা মাবু তান্নবা মরক্তুদা ঐদি য়াওরমদে।

করি নুংদগীনো খঙদে, মহাক্না নোংমা ঐবু সিনেমা য়েংলুসি হায়না হৌখি। ঐগী পুক্নীদা থাজনীঙাই ওইদ্রবা অসিগুম্বা থৌদোক থোকখিদ্রি। হরাউবনা লুতোন শাৎখিদুনা ফুবিৎখাউদা পাই অমত্তা তাদবা ঐনা হায়খি 'টিকেট ঐ কক্কে। কেলভিনদা তৌরিবা হিন্দি ফিলম অদুবা'। -'ঐনা যেংসি হায়বনি। ঐনা কক্কনি', মহাক্না খুল্লকই।

অদুদগী ক্লাস লৈথোক্কুনা রিক্সোদা কেলভিন তম্না হায়গৎলি। লৈশাবী অমগা রিক্সো অমত্তদা ফম্মীন্নদুনা চৎপসু অহানবনি। খনাউ ফাজিনখি, ব্রা ঙাঙবা থোকখিদে। রিক্সোনা জর্কিং (ঐখোয়গী লোনদাদা জক্কিং) তৌবা খুদিংগী ঈশা পংনিক্তা নিকখি।

সিনেমা য়েংলুবা নুমিৎ অদুদগী মা-ঐগী নুংশি-নুঙোলগী ব্রাবীসু হৌখি। নুংশিনবা হায়বসে তশেংনমক্কীদি অঙকপা যাদু অমনি। তূম্বা চাবা কাউহল্লি। মঙলানদা তাউহল্লি। অদুবু খংপ্রেক-খংনা মীৎকপ থোকপা অদুম হায়না ঐখোয় অনীগী লীলাসু খংপ্রেক-খংনা লোইশিনখি। মফম-মবাঙ খঙদনা লোইশিনখিবদুদা থমোয়দা তাশোন্না থিনখিবগুম চৈনাখোল অমদি লৈখি। অরুনা ফুকোন বিহু উৎসবকী ছুটি মতূংদগী কলেজ অমুক হন্না কারকখিদ্রে। ছাত্র-ছাত্রীশিংনদি হায়নৈ, ফিলম ষ্টার মশক মানবা আর্মিগী কেপ্টেন অমদা লুহোংখ্রে।

হৌজিকসু অরুনাগী ব্রা নীংশিংলুরগা মিংশেল য়েংবদা হঙ্গোইবা পোকই। লাইবক্কী লীলা অমনি হায়গদ্রা খঙদ্রে, হিন্দি ফিল্মদুগী ব্রারীমক্কি ঐখোয় অনীগী লীলাদুসু। মহাক্কী প্রেম পত্র, মিং য়াওনা লোনবা রুমাল, ফাউন্টেন পেন, উমানন্দগী পাক্লবা নূংপাক অমগী মরুম অমদা ঐখোয় অনীনা খজুরাহোগী মূর্তি ওইখিবগী স্মৃতি, পূন্নমক ঐনা ব্রহ্মপুত্রদা বিসর্জন তৌরম্মী। লায়রবনা কৎপা পোৎতী ঈশ্বরনা য়াম্না পাম্মী হায়নৈ। মদু ঐসু থাজে মরমদি ঐনা কৎচবা পোৎ অদু কুইরমদনা ঈরোন্নূংদা তিনখি।

দোলোরিজগা কায়নরবগী মতূংদা মতম খরদি ঈশাদা করিগুম্বা হৈনীং-চানীংবা অমত্তা পোকখিদে। ইম্ফালগী শবনমনা ঐসে মীনুংশি চেনদবা মীনি হায়খিবা, গৌহাটিগী অরুনা ফুকোননা লৌনম তৌখিবা অদুগা হৌজিক দোলো অমসুং ঐ। ইচম-চম্না কায়নবা, অমগ-অমগা অমত্তা মান্নদনা, থোক্লিবা যৌদোক ময়াম অসিগী মরক্তা চমম্লবা পোকই।

দোলোদা স্পেইন, সুইজবলেন্ড চৎপগী প্লান লৈ হাযবম্বদো ওইদবমক্তি নত্তে। নুমিৎ নীনি-হূমনি মতূংদা স্পেইন তম্না চৎলি। জর্মনিগী এপোলো হোটেলদা জপানগী নাঙানো প্রিফেকচবদগী লাকপা সতোসি ওঙাসোৱাবা কৌবা জপানিজ অমসু লোয়নখি। শকসু মান্নবা এসিয়ারোমদগীসু লাকপা মী ওইবদুদা মাসু ঐসু কোইনদে। ম্যুজিয়ম, আর্ট গেলরি, হিষ্টোরিকেল ওইবা মফম ময়াম অসি য়েংবা তল্লদুনা ফ্রাঙ্কফুর্টতা নুমিৎ খরনি লৈবদু মাগা লোইননা লৈরক খুলক্তা কোয়চৎ চত্তুনা লেনখি। ঐনা লাইরিক্তা করিদা থেংনদবা জর্মনিগী অরোৎপা মশক কয়াসু উবা ফংখি। অচোপ-অরেম খঙদবমখৈ লম্বীদা য়ু থকচিল্লগা মতৈ-মনাওরা কনানো মখোয় মশেল পংফূত-ফূনা চৈনরম্মী। লোল খঙদ্রবসু মখোয়না লাউনরিবা ৱাহৈশিংদু অকাম-অপেৎনি হায়বা অদুম ভাব তাই। টুপি লৌথোক্লগা শেল নিবসু কয়া'মনি। লম্বী মতাইদা মপাল থোকচিনবসু অদুমঙাই। সতোসিনা পুবিদুনা অয়ুক অমদি মাগী জর্মন মরূপ এস পিকার্ড জুনিয়রগী ময়ূমদা চাক্কৌদুনা চৎলি। ময়ূমক্তদদি চাবা-থকপগী থৌরাং তৌরমদে। মানা কারদা ওলটেন বাক্কী 'রেষ্ট হাউস ইন স্পাসে' কৌবা বেষ্টোঁরাদা পুরগা পীজে। চীং-মান অমদি শুক্লবা উমংদা লৈবা রেষ্টোঁরানি। মখোয়না পীজবা শাদুসু শিকারদগী ফারকপা তগৎ-তগৎ তেকপা শজিনি। চান-চানা পিকার্ডনা হায় -'রেষ্টোঁরা অসিদা শিকারদগী ফারকপা শা নত্তনা অতৈ সার্ভ তৌদে। অসিনি মখোয়গী স্পেসিয়েলিটি। জর্মনিগী মফম কয়াদগীসু মী কয়া কয়া অসিদা চাবা লাকই। 'ওলটেন বাক্' অর্থনা 'অমনবা লাইরিক' কৌবা লৱাই অসি ঐখোয়গী য়ূমনি। মীশিং চাওরাক্লা লীশিং অমগা চনী লৈ। চয়োলদা অমুক্তং ওইরবসু ঐখোয় মফমসিদা ইমূং-হূপ্না চাব-থকপা লাকই। ঙসিদি অদোমনসু মফমসিদা লাকপীবগী থাগৎচবি - গোটেন্ টাগ্'।

-'গোটেন্ টাগ্' ঐনসু খুম্মী।

সতোসিসু লম কোয়বা থোবকপনি। হৌজিক্কী মতমদা লম কোযদবা জপানিজ মচা লৈতে। অমেরিকা মচাগী মথংদা জপানিজনি যুরোপতা টুরিষ্ট ওইনা লাকপসে। চৎলু-চৎলুবা মফমদা কেমেরা পায়বা জপানিজ অমা নত্রগা অমা হেক্তা লৈরম্মী। কেমেরা পায়দবা টুরিষ্ট জপানিজসু ঙসি ফাওবা অমত্তা থেংনদ্রি। সতোসিদি অনীদুম লোয়নৈ। অমদি প্রোফেসনেলশিংনা শীজিন্নবা অতাঙবা মখলগী কেমেরানি।

স্পেইন চৎপগী ব্রাফমসি সতোসিনা অহানবা হৌদোকই। সতোসিগা ঐগা মান্নবা অমা লৈ। মাসু ময়ূম থাঁদোকপা কুইরবনি হায়। শেল লোইখ্রগা হোটেলদা খঙদে অমদা খঙদে থবক অমা অমা তৌদুনা শেল খরা তাল্লগা দেশ অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎলি। মাগী ঙকশমদা য়ানবা শেঙ্গাও 'হরামাকি' অদুমক মানবা ঐগীসু লৈ। পাসপোর্ট, শেলনচিংবা মরূওইবা পোৎ-চৈ মদুদা চেকশিন্না থম্মী। সতোসিগী হাবামাকিদি য়াম্না শাংনা চোহ্নে, ইশি-শিনা তৃপ্তিঙৈ হুরানবনা মারক্কবসু খঙনবা।

ময়ূম হনবগী ব্রাখল খনদে সতোসি। তৃং-মাঙগী পুন্সীগী ব্রাখলসু থোইনা খনবা মানদে। জেন বুদ্ধিজমগী (সতোরি) মরমদা নীংথিনা লাইরিক লাইশু পারবা মীনি। বুদ্ধ ধর্মগী মরমদা মহাক্না অরু-অকব্বা ব্রা কয়া হায়- 'সাতোরি হায়বসি ঐখোয়গী লোনদা জেন বুদ্ধিজম হায়বনি, বুদ্ধি, লৌশিং, লোজিক, রিজন পূম্নমক্কী ব্রাংমদা লৈখ্রগা থেংনবা এনলাইটন ওইবা এক্সপরিএন্স অমনি'। খঙদে সতোসিনা হায়বা অদুমক ঐনা লান্না ইরিবরা, চুম্না ইরিবরা। মহামুদ্রাবু পল্লগা তিলোপানা করি ঈশৈ শকখিবা, তিব্বতকী তান্ত্রিক বুদ্ধিজমগা সতোরিগা কবি মরি লৈনবা, হায়নবচিংনবগী পীখিবা ব্যাখ্যাশিংদো খঙসু-খঙদে নীংশু-নীংশিংদ্রে। নীংশিংলিবদি মহাক্না খোঙ্গ্রাই চন্না ফম্লগা অশংবা মতম অমা কাইথোক্তুনা নোংমা কায়দনা ধ্যানদা লুপখিবদুনি।

ঈশ্বব লৈব-লৈতবা, সতোসিগী মতৌ অদু যেংলগা ঐঙোনদা পাপ চেনদ্রবা শেংলবা ব্রাখলগী ঈহৌ অমা লাকই। গয়াগী খোঙনাং পান্বী মখোঙদা ফমদুনা লৈবা বুদ্ধগী মূর্তি উই। পুক্নীংদা লৈরম্লা অমকপা ব্রাখলগী শরূক খবমদি ময়েং তাখিবগুম তৌই। মীৎকুপ খরতগী ওইববসু চবাঙ-খোইরাঙনবা মনিলগী শাফুনা উঙবা তাইবংবু কাউথোক্নুনা ঈংলবা সংসার অমদা সতোসিনা লৈখিবসি সুম-সুম খল্লুবগা করিগুম্বা পোৎশক অমদা থাজবা অমা পোকহল্লি। মশক মওং খঙদ্রবা কবিগুম্বা পোৎশক অসিমক্তি ঐনা পুক্নীং লাকপা ঙমদবা মতাঙ খুদিংগী কোইথি-থিদুনা শান্নবসি।

শেংনা হায়রবদা ধর্ম অমসুং জ্ঞানগী লম্বীদা খোঙকাপ অনী-শুনা থাংদ্রিবা মীনি ঐ। শাথীবা ফংনা বৈষ্ণব ধর্ম ঙাক্লা চৎপা ইমূংদা পোকচরবসু তৌহৈদবা, হায়হৈদবা, চাহৈদবা ঙাক্তা ঙাঙ-শক্নুনা, চা-থক্নুনা চাউরকপা ঐনি। ভাগবত গীতা পাদ্রি। লাই নীংবগী ব্রাখলদা মান্দব কাদ্রি। খেচ্রি ঙাইবা ওইনা রামায়ন-মহাভারতকী অচোইবা ব্রারী তাখিবা খরদু নত্তনা অতৈ তাদ্রি। অসি লোইনমক্কী মথক্তা লাইরিক লাইশু পাগনবা জাৎকী মীসু নত্তে ঐ। জ্ঞান অমসুং ধর্ম কথাগী ব্রা কনাগুম্বা অমনকা হৌদোরকপা মতমদা ঐগী ওঝা নীলকান্ত অমসুং ডা: কীর্তিবুতা নীংশিংবগুম তৌই। খল্লি, সতোসিনা হায়রিবা পুন্নমক হিরমসিগী মাইচৌ ওইরবা ওঝা অনীনা লাল্লি চুম্মী তাকপীরমগদৌবনি। অমুকসু খল্লি জ্ঞানগী না নামা পঙলবা ঐঙোনদা দর্শনগী ব্রা তিলোপাগী ঈশৈ নাকোংদা য়ৈরনি হায়বগী আশা উদে। তাকপী-তম্বিরবসু অরেম্বা তাগনি।

ফ্রাঙ্কফুর্টতগী স্পেইন্‌গী মাদ্রিদ, বার্সোলোনা য়াম্না লাপ্লী। ত্রেনদা নুমিৎ নীনি চংই। ফ্রান্স ফাওরগা চৎপা তাই। দোলোদা ফ্রান্স চৎখিরোই হায়খিবদু খল্লুরগা চরক-চহীংনৈ। অদুবু নোংদম্বগী বা তম্বা ঙমদে। থোক্লু-থোক্লুবা অদুতনি। ফ্রেঞ্চশিংগী বাহৈদা -'সে লা ভি' - অসিনি পুন্সী!

অহানবা সতোসিগা ঐগা জর্মনিগী কোনুং বোনদা চৎলি। ফ্রাঙ্কফুর্টতগী কিমি ১৮৯ শাংবা লম্বী অসি ত্রেন্না পুং অম-মখায়/ অনীমুক চংই। রাইন তুরেলগী তোর্ব্বান শমলগা লাকপা মতমদা চীংথক্তা কিলানা কোয়শিনবা কোনুং অমা থেংনৈ। জর্মন যাত্রিক অমনা খুদোম্বী থিল্লগা তাক্লকই- 'আদা উরিবা কিলাসিদা নেপোলিয়ান বোনাপার্ট লৈরম্মী। অদুগা ফেব্রুবারি ২৬ নত্রগা মার্চ ২দা লাক্লম্লগদি বোন অমসুং কোলোন্‌গী কার্নিভ্যালসু থেংনরমগদবনি'।

কার্নিভ্যাল, বোমান কেথলিক ধর্ম চৎপা দেশ অযাম্বনা ফাইবেন লমতাদা পালন তৌবা, মৈতৈগী কাং চিংবগুম্বা হ্বাউ- কুম্মৈগী অচৌবা উৎসব অমনি। হৌজিক্তি মফি-মবোল কোম্না শেৎপী নূপী-নহানা লম্বীদা জগোয় শার-শাবগা চৎনবে। সর্কসসু উৎলি। য়ুগী খরূং মবাঙ কায়না খিল্লি। ধর্মগা মরি ইবৈ লৈনদবমক্কুম থোক্লে।

বোনদগী কোলোন্, ইস্ফালদগী লমাংদোংমুক লাপ্পী। ঐদি কোলোন কৌবা মফম অমা লৈ হায়বসি জর্মনিদা লাক্লবা তূংদা খঙখি। কোই ফানবা মতূংদা খজাইদা অমদি কোক শারগা কোক ঈংনবগীদমক লব্রাইদা তৈনব নুংশিবা মনমগী মহী 'ও-ডি-কোলোন' অদুদি খঙই। গুলাবজলদগী হেন্না কান্নবা ফংই হায়দুনা পাবুংনা শীজিন্নরম্মী। য়াম্না চেকশিন্না শীজিন্নবম্মী। ঐখোয়না তৈব-খোৎপা শোকপা লাকপা য়াবমদে। জর্মনগী কোলোন য়ৌরগদি ব্রাহে অসি-'কোলোনগী ঈশিং' হায়বা ওইবম্মী।

কোলোনবু য়ৌরুরবা,ও-ডি-কোলোন লৈদবা মী লৈতে। ঐসু সুভিনির ওইনা লীক্লি মচা অমা লৈ। ঐনা লৈবা ও-ডি-কোলোন অদু পর্ফ্যমমক্তি নত্তে। মমাঙঙৈদা পাবুংনা শীজিন্নরম্বা কমলা-চম্প্রাদগী শুংবা থাউ, লেভেন্ডর পাম্বীদগী লৌবা মনম অমসুং নেরোলী (কমলাগী মপালদগী লৌবা থাউ) তিন্নশিল্লগা শেম্বা ও-ডি-কোলোন্ অদুনি। মদু কোলোনগা কোন্নবা মিং ওল্লে হৌজিক।

- 'কোলোনদগী ফ্রাঙ্কফুর্ট থৈরগা মাইঞ্জ শল্লগা পেরিস চৎলি। মাইঞ্জ চৎলগদি বেলজিয়ম, লুক্সেমবুর্গ ফাওবগী মথৌ তাদে।' সতোসিনা হায়।

ঐসু ফরে, ফরে হায়দুনা য়াখি। মরমদি হৌখিবা চহীদা মারটেন সার্লস অমসুং সাপিরা আব্রিগা লোয়ননা বেলজিয়ম কোয়রুই। অনীমক লন্ডনদা ঐগা ক্লাস অমত্তদা ইংলিস লোল তম্মীন্নখিবা ছাত্র-ছাত্রীনি। হিপ্পিগী শাজৎ-লিচৎ খব-খরা চৎলি মারটেন সার্লস। মরাং-তুবাংবা রুমালনা মাগী খোইরবা লিমোন মানবা মশম অদু ফজনা কিশিল্লি।

লেংজুমদা হেসিয়ান (লিমোনগীগুম্বা) ফিনা তূবা বেগ মনূংদা য়াওরিবা পোৎশিং অদুসু মাগী চরিত্রগুম্না অঙকপা অমনি। মখল মখলগী সেমি-প্রেসস ওইবা নূং, এমেথিস, জিরকোন, এম্বর, গোমেদ, তার্কোইজ, শা-ঙাগী খুজিন-খুয়া, ঙুগী মূর্তি মচা-মচা, কোঙ্গ্রেং মকু, রুদ্রক্ষগী ঊরিক, খ্রিষ্টল-বোল, টারো কার্দ অমদি গঞ্জারা করিনো খঙদে অতৈ পোৎয়োম মচা মশু কয়া অমা য়াওই। ঐনা খঙদবা পোৎ কয়ামসু। অঙকপা চরিত্রগী নূপী অদুনা ব্রাসেলদা কোয়রুসি লৈফমগীদমক খল্লুনু এদিথ কাভেল ষ্ট্রিটতা ঐগী ইমা লৈ হায়বদুগা, ছাত্রশিংগীদমক হোঙনা বেলজিয়ম কোয়বগী খুদোংচাবা ফংখিবগা অয়াম্বা য়াখিবনি। ইসরাইলি মচা সাপিরা আব্রি মাগী বোয়ফ্রেন্ডনি। হোই-মাই হায়বা ঙম্বা মীওইসু নত্তে। ময়াংলোনদা হায়নৈ, নাকোং চিংলগা কোকসু লাকই। মদুমক আব্রিদা থোকই, মার্টেননা হায়রিমখৈ মহাক ইল্লি।

মার্টেনগা খর-লুনা তিন্নরুবগী মরমদি, ঐনা নোংমা মাগী খুবাক ময়ি য়েংবিখি। ময়ি য়েংবা হৈ হায়দুনা য়েংখিবা নত্তে, মফি মরোল কোম্না শেৎপা মশা অদু য়াম্না পায়নীংদুনা মখুৎ তাপ পায়রগা খুবাক ময়ি য়েংশিন্নখিবনি। নিশা কাদুনা শেরান-তুরান অম-অমা হায়জিনখিবদুদা অচুম্বকা য়াওখিব্রা, য়াম্না থাজনা লৌখি। তৌবগীবুদি য়ুরোপকী মীনা বৌদ্ধ লামা মানবা ঐখোয়গী মায়থোঙ ঊরগা যাদু মন্ত্র হৈরমগনি হায়বগী থাজবা অমা থম্মী। মদুমক্না ওইরম্বা তাই, ঐঙোনদা মাগী ব্রিকনেস্ অমা লৈখি। মতূংদদি মানা ঐবু ইথামক থাখিদ্রে। অম-অমদা চৎপা খুদিংগী ঐবু হৌরগা পুই। চা-কোফি তত্তনা কৎলি। ফ্রেঞ্চতা ইবা, মারি মেগ্ডেলেইন ডেভিগী 'এন্সাইক্লোপেডি ডে মিষ্টিক্' ৪শুবা ভোল্যুম অদুসু ঐঙোনদা কান্নগদ্রা খনদুনা দান তৌরম্মী। ফ্রেঞ্চ খঙদে হায়বদুদা মানা ঐবু খরনি ফ্রেঞ্চ তম্বীখি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী শেরান্না শীজিন্নবা 'জ্য টেম'-'ঐনা নঙবু নুংশি' হায়বা ব্রাহৈসিনা ঐগী অহানবা ফ্রেঞ্চ পারানি। সুম নকশীন্নবা হেল্লকপদগী আব্রিগী মাঙদা কোনশিল্লবসু মার্টেননা শাউবা উৎলক্তে। খুবাক ময়ি য়েংবীখিবদুনা ঐগীদি কান্নবা ওইখি।

বেলজিয়ম য়ুরোপকী পীক্কবা দেশ খরগী মনূংদা অমনি। ফ্লেমিশ অমসুং ফ্রেঞ্চ অনীমক ঙাঙই। মখোয় খরা চাউথোক-পোংথোকপগা লোয়ননা মফি মরোলকাসু নান্না শেৎলি। জিন্স শেৎপা, ফি খরা ফত্তবা শেৎপসে হঙ্গোইনৈ। সহরসিগী ময়ায়দা লৈবা 'গ্রাঁ প্লাস' হায়রিবা মফমগী রেস্টোঁরা অমদা জিন্স শেৎলি হায়দুনা ঐবু চঙহল্লকখিদে।

গ্রাঁ প্লাসকী মনাক্তা 'মিনিকেন পিশ' লৈ। কোরীনা শাবা অঙাং অমনা ময়ূং হানদুনা লৈবা মূর্তিনি- মিনিকেন পিশ। হায়নৈ, মিনিকেন পিশনা বেলজিয়মগী অহানবা প্রজানি। চহীদা অমুক উৎসব ওইনা ঈশিংনা ময়ূং ওইনা হাল্লিবদু বিয়ারনা শিল্লি। বেলজিয়ম ঐ কয়া হৈনদে। ফজ-ফজরবা মোরোক্কান নূপীনা হৌরকখিবা ফাওবদা পাউখুম পীনীংদে।

ঐখোয়না তোংবা 'কোলোন এক্সপ্রেস' ট্রেন অদু নোংঙাল্লমদাই পূং অনীকা তাবা মতমদা জর্মনি বোর্ডর - 'সর ব্রোকেন' য়ৌরকখি। ইমিগ্রেসনগী থৌরম লোইরগা পেরিসকী 'গ্যার দু নোর্ড' রেলষ্টেশন য়ৌবদা অয়ুক্কী পূং তরেৎ তারে। অহীং নোংশোইবা তূমলক্তে। ভিয়েনাদ্দা বাঁসিগী মথক্তা ক্লাসিকেল ম্যুজিকসু তন্নিবী বৃটিশ নূপীমচা অমনা খোংবা বাঁসিগী খোঞ্জেল অদুনা শুক্কৎতুনা থমখি। ৱেষ্টর্নগী করম্বা সুরদা খোংলিবনো মদু ঐ খঙদে অদুবু তানীংনদি থোকখিবা সুরনি। অচূম্বনি, কলাদা ৱেষ্টর্ন-ইষ্টর্ন, জাতি-বিজাতি-ধর্ম নাইদে হায়বদু। মীবু মীদগী খায়দোক্তে। ঐঙোনদদি মদু ধর্মদগীসু হেনবনি খল্লি।

বাঁসিগী সুরনা যুগ কয়া মমাঙদা নরেনগা য়ূম থাদোক্তুনা চেনবা মতমগী স্মৃতি নৌহৌননা লাকশিলহল্লকই। নূপীমচা অদু চহী নৌরি। ৱাং-চাউদে। মমায় কোইরপ তাই। সংসারগী কোৎচি -কোরাং খঙদ্রিবা অঙাংগী থমোয় চেনবা মায়থোঙ মাল্লি। নুংশিবা পোকই। গ্যার দু নোর্ড রেল ষ্টেশনদা কূমথরগা চৎখিবা মতমদা মখুৎ হাইরম্মী।

মাদি বসনা কেলে-ডোভর ফাওরগা লন্ডন চৎখিগদবনি। সতোসিনা তান্নবগা নুপীমচাদুগী ঠিকানা লৌরুই, নীংথিনা পীরম্মী। হায়, ত্রেনদা লৌগে তৌবনি কাউথোক্লুরে, অদুগা ঠিকানাদু ফজনা থুপচিল্লগা মঙকশমদা য়ানবা হবামাকিদা হাপচিনখি।

পেরিসতা লাকপসে কয়ারক শুখ্রবনো, মশিঙ লাকপা ঙমদ্রবনি অদুবু য়েংবগী লোইবসু নাইদে পেনবসু লৈতে। সেইন তুরেলগী খা থংবা মায়কৈদা লুভর ম্যুজিয়মদা আর্ট গেলরিদা যীশুনা পোকত্রিঙৈ চহী চাতরেৎ মমাঙদগী তরামপালশুবা শতাব্দীগী ময়ম্ম ফাওবদা, ফাওরবা কলাকার কয়ানা য়েকলম্বা চিত্রকলা ময়াম অদুতা য়েংবদা পুন্সী অমা হৌখিনি। ভিক্টরি ওব সামোথ্রেস, মোনা লিসা, ভিনস্ ড মিলোগুম্বা আর্টকী খুদমসু লৈরি। ওরিয়েন্টল সেক্সনদনা পীক-থন্না লৈখ্রে মোসোপোটেমিয়ন আর্টকী তাঙলবা কলেক্সনশিং।

পেরিস, আর্টিষ্ট অমসুং ইন্টেলেকচুয়েলশিংগী স্বর্গনি। খা মায়কৈদা 'মাঁ মার্ট সেক্রে ক্যুর (?)' কৌবা মফম অমা লৈ। মিংচৎ লৈত্রিবা আর্টিষ্টশিংগী লৈকাই কোল্লুপনি হায়বা য়াই। পৃথিবীগী কাচিন-কোয়াদগী লাকপা, মমিং অমুক্তংদি ফাওরগে হোৎনজরিবা কবি, সাহিত্যিক, শিলপী, চিত্রকারশিংগী গয়া-কাশীনি। টুরিষ্টশিংগীসু পোত্থাফমনি। নাইট ক্লবনচিংবা এন্টরটেইনমেন্টকী মফম কয়া অমসু লৈ। ন্যু য়োর্ককী 'গ্রীনিচ ভিলেজ', মোঁ মার্ট সেক্রে ক্যুরগী মতৌ তমদুনা শেমখিব্রা হায়না খল্লি। ঐনা পেরিস চৎপা খুদিংগী মফম অসিদা চংদবা লৈতে। অচা-অথক হোঙনা ফংই। টেলেন্ট লৈবা মী জাৎ-জাৎকা শম্নবগী খুদোং চাবসু ফংই। মফম অসিদা কালিদাস কর্মকার কৌবা বাংলাদেশকী লাইয়েকপা অমগা খঙনখি। হৌজিক মহাক হাইফেৎ মমিং লৈববা মী ওইরম্লগনি। কুইরবা মতৃংদনা পেন্তোমাইম্গী ঋষি মার্শেল মার্শোগী ছাত্র পার্থ প্রতীম। লংফৈদা দেশমচা উনবগী কান্নবা অমদি লৈ। সেবা লেম্না ফংই।

পেরিস চৎলুরগা 'সাঁজে লিজে' গী লম্বীদা হায়-হুম্না চৎলুদ্রিবা মীবু মীনি হায়না থানদে। ঐবুসু মীনি হায়না থানবীরোই হায়বগী

অকিবা অমনা অমুক্তি মেত্রোগী 'অ্যান্ভেলিদে' ষ্টেশনদা কূমথরগা খোঙনা সাঁজে লিজে ফাওরগা 'আর্ক ড ত্রিয়োন্ফ' তা চৎলি। পাক চাউরবা সাঁজে লিজেগী ওয়-য়েৎতা পরেং শানা উ পাম্বী হৌই। ক্রিক-ক্রিক ইন্ননা ফজ-ফজরবা অকে-অমৌগী দুকান, কফেটরিয়া, সিনেমা হোল, নাইট ক্লবশিং লৈ।



ওল্ড বার্সেলোনা টাউনদা লৈরিবা 'পিকাসো ম্যুজিয়ম' গী মাঙথা, স্পেইন।

লম্বী চৎন-চৎনা, ইম্ফালদা লৈবা পাউনা বাজাবগী দুকান পরেং, সিনেমা হোল অমদি রিক্সোনা খুরক হাঙদ্রবা সিলেটকী বন্দর বাজারগী দৃশ্যশিংদু মীত্তা উরকখি। খঙদে মতমদুদা পেনদবগী খোইবাং-খোইশাওনবা অমগা লোয়ননা কপনীংবা পোকপা করিগুম্বা অমা থমোয়দা ফাওরকখি। শাওনীংবসু, মীহৌবসু পোকখি। খঙহৌদনা শাফ্ অমদা আর্ক ড ত্রিয়োম্ফপু কোযনা খারিবা যোৎহ্লিংদা ঐনা য়ুগী লীক্লি থুগাযবম্মী।

নোটবডাম কেথিড্রেলগী অলটাবদগী মোমবর্তি চবুল অমা হুবাল্লগা পুবকখি। শোযদনা পেবিসকী মযেং খবদি তাবমগনি।



নোটবডাম কেথিড্রেলগী মমাঙদা, পেরিস।

সতোসি দাইরি থম্মী। চৎলু-চৎলুবা মফমদুগী ব্রা শনদোক্লা ইশিল্লি। মেপতসু খোৎচিল্লগা থম্মী। হোটেলগী মিং, এদ্রেস, রুমগী ভাড়া, লম্বী-থোংগী ডিরেক্সন, ত্রেন বসকী সেড্যুল, কবম্বা বেষ্টৌরাদা হোঙনা করি ফংই অমত্তা চিংখদে। - 'সতোসি নঙ লম কোয়বগী মরমদা ইগে খনব্রা', ঐনা হংই। -'মঙদসু খল্লুদে.... জপানদা হল্লগা দাইরি অসি ত্রেভেল এজেন্সি অমদা য়োল্লুগদৌরিবনি। মখোয়না মসিদা য়াওরিবা ইনফোর্মেসনশিংসে খোমজিল্লগা গাইড বুক ওইনা ফোঙগনি। ঐতা নত্তে জপানিজ অয়াম্বা লম কোয়রুবগী এক্সপরিয়েন্স য়োন্নে। অহানবা লম কোয়বা মীগীদমক য়াম্না কান্নবা পোৎনি', সতোসিনা খুম্মী।

মমাঙঙৈদা জপানিজ নূপা অমত্তগা ঐগা তিন্নখিদ্রি। সতোসি তিন্নবদগী মখোয়সে থিজিন-খোমজিনবা কনবতা নত্তনা তূংগী পোরম চেকশিন্না য়াৎপা জাতিনি হায়বদু খঙখি। অদুগা মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎপা, মজাতিবু য়াম্না নুংশিজবা অসিগুম্বা কলকনীঙাই ওইবা গুনসু চেল্লি। খঙন-খঙনদবা লম্বী চৎপদা মখোয় মশেল কৌনৈ, অমগ-অমগা মতেঙসু পাংনৈ। জপানিজ অমা ওইনা জপানিজ জাতিগী সম্মান কায়বা থবকসু তৌদে। এসিয়ান মচা অতৈগুম্না খোম্থি থোক্লা হৌন-হৌনা ব্রাসু ঙাঙদে মীথানদবসু তৌনদে। নেম্লবসু,পীক্লবসু, থীজরবসু মশাগী পার্সনেলিটি অমদি লৈজে। য়ুরোপ এসিয়াগী চৎনলোন খঙই। শম্নবদা নুঙাই।

পেরিসতগী বার্সেলোনা ফাওনা লাকপা লম্বীদুমা সতোসিনা মশাগী মরমদা লীবা ব্রারীদা তেনশিনখি। নাঙানো প্রিফেকচরগী জেনকোজি কৌবা মফম অদু মাগী পোক্লফমনি হায়। দাইরিগী মখূমদা য়েপ্লম্বা ময়ূমগী ফোটো উৎলি। উন্না কূপ্পা চীংদোন অমগী মখাদা লৈবা য়ূমনি। বংলো টাইপকী ময়ূম অদো উরিরৈগুম্বা উরি ব্রারীনা কোয়না থুংনা য়োম্মী। য়ূমগী মমাঙদা তপথোকপা বরনদাদা মী অহুম লেপ্তুনা লৈবদু ফোটোদা উই। কেমেরা তম্না নোকমি-নোকমি য়েংলগা মখুৎ হাইবগী ফোটোনি- 'ইমা-ববানি, অদুগা অসিনা ঐগী ইচল নূপী মিশাকো,' মানা তাকই।

ইম্ফালগী মেজোর খুলদা ঐনা চারিঙৈ মতমদা উখিবা নীংথিরবী কবুই নিঙোল মকুগাংগী মশক হৈজিল্লি মিশাকো। মমায় পীক্তক তাই। মঙকশম শাংই। উনশা পাত্রিৎ-পাবা মাল্লি। পিশুম অনীমক তুরিনা য়েকপগুম্মী। মখ্বাঙদসু খুৎনা পায়শিনবা য়াবগী মওংদা চেংজরবসু শাওং-শাবানদি কায়দে। নূপাশিংগী মমীত্তদি তকশি শোনবা জাৎকী মশক্লি।

-'মিশাকোনা শিণশু য়ুনিভর্সিটিদা তম্লিঙৈ নমখিবনি হৌজিক্তি লুহোংদুনা টোকিওদা লৈখ্রে', হায়রগা সতোসিনা ফোটোদুদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈখি। ঐনা মকুগাংগী ম্রাখলদা লূপখি। মকুগাংসু লুহোংলল্লনি হায়বসে থমোয়নদি য়ানীংখিদে।

> -'নাঙানোদা আপেল, সেম য়াম্না ফংই। ঐখোয়গী ফেমিলি বিজিনেসসু আপেল থাবগী কারবারনি। ঐসু লৈত্রে ববাসু অহল ওইরে। ইমানা হোৎনবসু কদায়, মহাকসু কেন্সরনা নারি। অদুনা কারবার অদু তোক্লগা য়ূমদু শেমদোক্লুনা গেষ্ট হাউস ওহ্লোকখ্রে। ফোটোদা উরিবা য়ূম অসি মানদ্রে হৌজিক।'

তাম্লক্লবা মরমদমবু ফোটোদা উদুনা সতোসিনা হায়রকপনি। ঙাইহাক লৈরগা অপেল অমা শায়ন-শায়না ত্রেনগী সিট মখাদগী ফমূং চিংথোক্লগা হাইথখি।

হয়েং অয়ুক ত্রেন বার্সেলোনা থুংগনি।

সতোসি নূপী থিরে। অদুবু নূপী লৈতবগুম্মী মাগী নূপী য়ুকা ফুজি, রোবার্ট কৌবা ইংলিস মচা অমগা লোইননা চৎখিবা কুইরে। পোপ ঈশৈ শকপগী গ্রুপতা রোবার্ট গিটর খোংই।

সতোসিনা মতূ কায়নবগী করিমত্তা নুঙাইতবা উৎতনা হায়-'য়ুকা সান্ ঈশৈ নোংমাই য়াম্না পামজৈ। ঈশৈ লেংলগা সুরসু পাল্লি। রোবার্টসু অসিদা থব্রায় য়াওজবা মীনি। অদুসু অদুনি হায়ববু মখোয় মশেন য়াম্লসু নুংশিনজৈ'।

মিংগী তুংদা 'সান' তপ্পসি জপানিজ মশেল ব্যাবহাব উৎনবনি। মাবু থাদোক্লম্লগা চৎখিবী নূপীদা সান্ কবম্না কৌবিবনো ভাবনা লাম্বা ফংদে। মাগী থৌদোকশিংগুম ঐঙোনদা ঙসি থোক্লম্লবদি ইকাযমনদুনা কনাদসু হাযদোক্লম্লোই। ঐবু থাদোক্লনা চৎখিবী নূপীদা ব্যাবহাব তৌবসু ঙম্লোয। ঐদি ইন্ডিযা মচানি, মবা মপৃবোইবা থাদোক্লনা চৎখিবী নূপীবু কবম্না অফবনি খল্লুনি। ষষ্ঠি নুমিৎতা অহানবা ঋতু চৎখিবী কুমাবীনি মদো।

-'যুকা সান্সু, ঐসু মী ওইনা অমুক হন্না পোক্কনি হাযবগী থাজবা লৈতে। মান-মানা পামজবদু তাইবংসিদা ঙল্লিবমখে থুংনবা হোৎনবা অসিনি। আইনবু কাযদ্রবদি ঐখোয অনীমক্লা পাম্ল-থোকপা পোৎশক্তা কনানসু অথিংবা পীনদে। মহাক্লা বোবর্টকা চৎখিবদা ঐনা থিংখিদে। ঐখোয লোযনমক বোর্ন ফ্রিনি।'

সতোসিগী ব্রাহেসি তাবগা ঐনা খল্লি, নুংশি নুঙোলগী কাদা থমোয চাউথোকপগী মসিমসু শক্তম অমনি। নুংশি নুঙোলগী খূববা লম্বীদা মী অমদগী হেন্না লেংথৈনফম লৈতে হাযবা উর্দুগী শৈবেং অদুমসু রূপ অমনি। অদুগা রূপ ময়ামসি থক্তুনা মরূপ বিদুবগী ব্রাবী অমা নীংশিংলকখি।

'মতম অমদা পূকচেল চাউবা কৈ অমা লৈরম্মী। শজি শঙাইগী তিন্নবব্দগী নাপি চাবা তমখি। কৈদু শিরমদাই য়ৌরক্লে। নোংমা কৈদুনা শোল্লি, ঐদি নাপী চাকবদগী পূকচেল চাউবা কৈ হায়বদু ওল্লবনি অদুবু শিরমদাইসিদা অমুক্তংদি কৈ ওইনা শিজনীংইদা। অদুদগী শিব-শি চঙঙ-চঙ কৈদুনা হান্নগী রূপ লৌবদুনা শজি শঙাই তম্না চোংশিনখি। শোল্লবা কৌবনিনা লৈমাযদা বোব তারকপা মতমদা হার্ট ফেল ওইদুনা কৈদো শিখি।'

ব্রাবীসে লোইশিল্লগা বিদুবনা হাযখি -'বন্ধু, ঐ কৈ অদু ওইজনীংদে'।

ঙসিদিগী চঙ্গী অনী মমাঙদা য়ুকাগা লোয়ননা সতোসি য়ুবোপ কোযবা লাকখি। য়ুবোপিয়ান লোল অমা হৈত্রবদি লম কোয়বা ৱায়োং চাবোই খনদুনা অহানবদা মখোয় লন্ডনদা লৈদুনা ইংলিস তম্মী। লোল তম্ল-তম্না মখোয় অনীমক জপানিজ রেষ্টোরা অমদা ৱেটব-ৱেষ্ট্রেসকী থবক তৌই। মফমদুদা নোংমা য়ুকানা রোবার্টকা খঙনখিবনি।

সতোসিনসু ঐবু নৃপী থিবববা হংই। 'থিদি থিদ্রি নুংশিনবন্বা নৃপীনা ঐবু থাদোক্লন্নগা চৎখিবনা অয়াম্বনি' ঐনা খুম্মী। মানা ফাগিনি খল্লব্রা খঙদে নোকই। ইশাগী মরমদা মঙোনদা থোইনা তমখিবা লৈতে। অনীশুবা লাঞ্জাওদা জপানিজ লাম্মীশিং মণিপুরদা লাক্লম্বগী ৱাদি হায়খি। 'হোন্তোনি!' অচুম্বা! হায়রগা মখা তাখিদে। মরমদি জপানিজ অমত্তনা লানগী ৱা হৌদোকপা পামদে। অদুবু মখোয়গী বদনাম চেনবা ৱা অর্মদি সাতোসিনা তম্মী- ''জপানদসু ইন্ডিয়াগী হরিজনগুম্বা 'বুরাকুমিন' কৌবা জাত অমা লৈ। মখোয়গা অতৈ জপানিজ অমত্তগা চাবৌ মৌবৌনদে। শোক্ল-লাক্লবসু য়াদে। তোকুগৱাগী মতমদা মখোয়বু আইন্না সমাজদগী ইছোকলম্বনি। ১৮৭১, মেইজোগী মতমদা আইন শেমদুনা অমুক হন্না লৌখৎলবসু সমাজনা মখোয়বু হন্থনা য়েংখিবা মীৎয়েং অদুদি অদুম লৈখি। হৌজিকসু লৈরি।' সতোসি মমায় লুকথখি।

স্পেইন অমসুং ফ্রান্সকী ঙমখৈ, পীরেনিজ চীংশাং পরেংনা খায়রি। ঐখোয়না তোংবা ত্রেন অদু করম্বা মতমদা পীরেনিজ চীংশাং নাপোমগী 'কাদি' কৌবা চীং অদু হুৎলগা শেম্বা টনেল লাল্লগা বার্সেলোনা য়ৌরকখিবা খঙহৌদ্রে। কাতালোনিয়া প্রোভিন্সকী কোনুং বার্সেলোনা য়ৌরমদাইদদি ত্রেন অদু মেদিটরেনিয়ন সমুদ্রগী মপান ওইনা লাকখি। অয়ুক্তা থোকপা নুমিৎকী মঙালনা মেদিটরেনিয়নগী লেং-লেং চৎপা ঈপোমদা য়ৈবদু য়েংবদা কয়াদা নীংথিজে। অদুগা অরাপ্পা মায়কৈ তম্না ঙমখৈ লৈত্রবা অতিয়াদুসু অমুক তিনখ্রে সমুদ্রনুংদা। খল্লুবদা ৱাখলগী লয়ি ফংদে! পুক্নীচৃপপা সাধনা তৌরবসু অর্থ খঙলবোইদ্রবা পিকাসোগী এবষ্ট্রেক্ট চে-লাইনি খল্লি।

ফুঙ্গা ৱাবীগী ফাওববা রাইটব হ্যান্স খৃষ্টিয়ান এন্ডবসননা বার্সেলোনাবু স্পেইনগী পেবিসনি হাযনা থোল্লম্মী। অচূম্বা অমদি লৈ। কলাগী কেন্দ্র পেবিসকুম বার্সেলোনাসু কেন্দ্র অমনি। সহব অসিগী ময়ায়মক্তদা লৈবা খূরবা লম্বী রামব্লাসকী নাক-যেৎতা লাইয়েকপা কয়ানা ঈজেল মথক্তা চে-লাই য়েক্লিবদু উবগা পেবিসকী মোঁ মার্ট সেক্রে ক্যুর নীংশিংহল্লি। যুগ অসিগী শিংথানীঙাই ওইববা চিত্রকাব পিকাসোসু বার্সেলোনাদা লৈবগা লাইয়েকপা তমখি হায়। মহাক্না লৈবম্বা য়ূম অদু রামব্লাসতগী পংলাপ লাপ্তে। খোঙনা অদুম চৎখিবা য়াবনি অদুবু সতোসিনা মতম চংহনগুমসি হায়বদগী ত্রাম তোংলগা চৎলি।

ম্যুজিয়ম ওইনা থমখ্রবা পিকাসো (পাবলো রুইজ্ ই) গী ময়ূম চংফম থোঙ অদু মুশুক মুরবা মেহগিনি উনা শায়। শামু মচা অমা লিৎপা য়াবমুক পাক চাউই। ইমূং-মনূংদা খরুং মানবা লৈপাক্কী চফু তরা-কুনমুকসু খিনবা উই। মদু ফি মচু শঙনবগীনি হায়দুনা গাইড অমনা তম্মী। ফক্লাংদা মহাক্কী স্কেচ কয়ামসু থেৎলি। মদু পূম্নমক্ত পুকীং চঙনা য়েংবগী ভাব লৈখিদে। পিকাসোগী ময়ূম উজরে হায়বগী নুঙাইবা ৱাখল অমদা তাউখি। চৎলমদাইদা স্মৃতি ওইনা ডা: কমলগী 'লৈ পরেং' শৈরেংগী লাইন মরীখক কোকফাই মনম নম্বা সিতানি সিগরেট উপুগী মখুমদা ইরগা থোঙদুগী অহোবা মখুল অমদা ফজনা তাশিল্লগা থল্লম্মী -

"অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচৌবা অপীকপসু
নীংনসি মৈতৈ চনুগী মচানি
লৈগী পরেং তত্তনবা।"

অদুদগী ঐখোয জহাজ থাঙফম মনাক্তা লৈবা প্লাজা পুয়েবতো পাজ্ তম্না চৎলি। মফমদুদা 'কলম্বস মনুমেন্ট' লৈ। বার্সেলোনাদা কলম্বসনা অমেবিকা পুথোকপগী পাউ অহানবা লাউথোকখি হাযবদু নীংশিংবা ওইনা শাখিবা মনুমেন্টনি।

স্পেইন কোযবা লাল্লমদ্রবদি ঐনা কৈদৌনুংদসু খঙলবোইদবা ব্রাফম অমনা 'কতালান' কৌবা 'কাতালোন' ভাঙবা জাতি অমা লৈ হায়বসিনি।

স্পেইন, যুবোপকী অতৈ মফমগা মান্নফাত্তে। আফ্রিকাগী মুবশিংনা চহী চাতবেৎ পাল্লম্বগী খুদম কয়া'ম লৈ। যুমশা-কৈশাসু তোঙাল্লি। চেক মচুগী ফুবা দলানগুম্বা যুমনা অয়াম্বনি। যুমথক্তা তারা তিংলদুনা ফি ফৌবসু উই। যুরোপকী মফম অতৈদা ফৌনদ্রবসু মেদিটবনিয়নগী হব্রা ফংবা লমদদি ফি ফৌনৈ।



পার্থেনোন,এথেন্স, গ্রীস।


কোলোসিয়মদা জপানিজ চনু হারুয়ো।

বার্সেলোনাদা ইশাগী ওইনা থমোয় শোকপা থৌদোক অমা থোকখি। ঐখোয়না থুংবা পেনসিয়নদুগী মেনেজর নূপী অদুনা ঐসে ইন্ডিয়া মচানি খঙবদগী তৌরকপা ব্যাবহার অদুনি। অহানবদা মানা ঐসে জপানিজ ওইনা খল্লুই। জপানবু য়াম্মা থাগৎলগা হায়- 'ৱেল কম, ৱেল কম টু মাই কান্ট্রি, য়ু ইলেক্ট্রোনিক প্যিপল'।

মথংদা ঐগী পাসপোর্ট য়েংলগা উশিত্তনা ইংলিস লানবোই-চুমবোই হায়রকই- 'ইন্ডিয়ান নো গুদ,'।

করম্বা ইন্ডিয়ান মচানা করি ফত্তবা তৌরম্বা ঐ খঙদে। খঙলুবগী ঈথৌসু তাদে। সতোসিগী মমাঙদা, ময়াম মমাঙদা ইকায়বা পীবদু নুঙাইতদুনা ঐনা নূপীদুদা খংশাউ-শাউনা খুম্মী- 'ইবেম্মা ঙসিদি নঙ ঐগা তৃম্বা তারে। নঙগুম্বা নূপীনি ঐনা তৃম্মিন্নগদগী থিরকপসি'।

-'অদুগুম্বা ৱাহৈ শিজিন্নগনু অসিদা চৎনদে,মিষ্টর।' মাসু শাউমনখিদুনা মরৈ লোম্মা খুল্লকই।

-'ঐদি নো গুদ ইন্ডিয়ান মচানি', ঐনা খুম্মী- 'নো গুড ঐঙোনদগী নঙনা অফবা করি আশা তৌফম লৈবগে মিস'।

সতোসি, হৌন-হৌনা নোক্লকই।

বার্সেলোনাদা নুমিদাং অনী লৈখি। নুমিদাং অনীদু ঐখোয় স্পেনিস্ খেচ্রি চারগা লেনখি। চোরফোলদগী শুংবা থাউদা চনম হাপ্লগা থোংবা খেচ্রি, হঙ্গামগুম্বা রাপেনী মনাগী ঙৌথোং অদুগা খজিং কাংঙৌ কৎপদু ফনা মহাউখি। মখোয়গী তোঙানবা মরূওইবা চিঞ্জাক কয়াসু লৈ অদুবু সতোসি অমসুং ঐ চাক্কী কাউঙমদ্রবা নিশা ককপা ঙমখিদে, ঙাওচংনখি। মখল মখলগী যুদা জাৎ-জাৎকী ঊহৈ-ৱাহৈ হাপ্লগা শেম্বা শেংগ্রিয়া যুদুগী নিশা অদুসু চাক্কী মনাক চংবা ঙমখিদে। চান-চানা সতোসিনা হায়রকখি - 'চাক লাম্বা মতমদা পূক থন্নবা অম-অমা চাবদু অহাউবা চিঞ্জাক্লি হায়নবা চিনাশিংগী পাউরৌ লৈ। মসি চুমদ-লাক্তবা নত্তে'।

পেরিসতগী লাকপা মতমদসু ঐখোয় নীংথিনা চারক্তে। ফ্রেঞ্চশিংনা বাগেট কৌবা শাংদ্রোং শাংবা ব্রেদ অদুগা লোয়ননা নাতোন জিং-জিং কাবা 'মুটার্ড প্রেপারে' (কূপ্না শুবা হঙ্গাম মরু, ঈশিং, ভিনেগর, য়াইঙং অমসুং থুম থাক্তুনা শেম্বা পেইস্ত) চারগা লেনখি। মদু শিদনবা চাবা চিঞ্জাক্লি।

বার্সেলোনাদগী গ্রানাদা নুমিদাং অমগী লম্বীনি। চাউরাক্লা কিমি ৭০০ মুক ওইরমগদ্রা হায়না খল্লি। প্রোভিন্স অমসুং সহর অনীমকপু গ্রানাদা কৌই। সহর অসিগী ময়ায় ফাউরগা 'ডার্রো' তুরেল চেল্লি। তুরেল অসিগী খা থংবদা চীং মচা অমা লৈবদুগী মথক্তা মুর মুসলমান সুলতানশিংগী কোনুং 'অল্‌হম্‌রা' না ঙাহ্নোইরি। অঙাংবা চেক্লা শাবা কোনুংনি। আরবী লোন্না ইবা কোরানগী আয়াৎশিং (শ্লোক) কেলিগ্রাফিদা য়েকপদু য়েংবদা পুক্নীং হুই। অল্‌হম্‌রাগী মনাকমক্তদা 'কুৱার্টো রিয়াল দু সান্তো দোমিঙ্গো' কৌবা খৃ ১৩ অদুৱাইদা মূর মহারাণিশিংগীদমক শাখিবা অচৌবা হারেম অদুসু য়েংনীংঙাই মশক্লি।



মার্বল নূংনা শাবা ওলিম্পিক ষ্টেদিয়ম, এথেন্স, গ্রীস।



কোঙ্গেল হাভ (কিঙ্গস্ পার্ক),

তূংদা বোজেনবার্গ স্লোট, কোপেনহাগেন, ডেনমার্ক।

য়েংলু-য়েংলুবা মায়কৈ খুদিংমক্তা আধুনিক ওইবা শরূক্তা নত্তনা ইসলামিক আর্ট, কলচরগী মমি তাই। য়ুরোপকী মনূং চল্লবসু নোংপোক নোংচূপ মায়কৈ অনীমক্কী কলা-সংস্কৃতি অমসুং সমাজিক চৎনবী তিন্নখিবনা মরম ওইদুনা স্পেইন অসি দেশ অতৈগা মান্নদে। মাগী তোপ-তোপ্পা তাবা নাতকী শক্তম অসিনি স্পেইনগী নীংথিবা শরূক হায়বদু।

গ্রানাডাদগী অথেংবা অহীংগী ত্রেন তোংলদুনা সেভাইল চৎলি। থোইনা লাপ্তে। নোংঙানদ্রিঙৈদা য়ৌরকখি। মরূওইনা ঈশৈগা কোন্নবা ফ্লেমেঙ্কো জগোয়গী হৌরকফম অসি য়েংলুসি হায়দুনা সতোসিনা ঐবু পুরকপনি। ফ্লেমেঙ্কো কৌবা জগোয় অমা লৈ হায়বসে পুন্সীদা তাখিদ্রি। সতোসিনা তম্মী- 'ফ্লেমেঙ্কো জগোয়সি জিপসীশিংনা শাবা জগোয়নি। অদুবু হৌজিক্তি জগোয় অসি স্পেইনগী মিংগা কোন্নরবা মিংত-নত্তনা য়ুশঙদা, কফেটরিয়াদা, হোটেলদা, অম-অমদা এন্টরটেন্টমেন্ট মখল অমা ওইনা লৈখ্রে। ঐখোয়না লঞ্চ চাবা মতমদা নূপী অমনা জগোয় অদু শারম্মী। খোঙউপ অৱাংবা অদুনা লৈমায়দা খৎলগা মানা শাবা জগোয় অদু কথকলি য়াম্না মাল্লি। ঐনা খল্লি জিপসীশিংদি কোয়চৎ-চৎপনিনা ইন্ডিয়াদগী শোয়দনা লৌরকপনি। অদুগা মখুৎনা শাবা মুদ্রা অদুদি ভারত নাট্যম ওইরমগদ্রা হায়না চিংনদবা ঙমদে। জগোয়গী মরক্তা মানা মফি চিংখৎলগা উৎপা অদুদি তোঙানবা মুদ্রা অমনি। মদুগী লম্বা লৈতে। লঞ্চ লোইবগা ঐখোয় কোরদোভা তম্না ফৃগৎলি।

সেভাইলগী অৱাং-নোংপোক মায়কৈদনি কোরদোভা। বুলফাইটকী ষন কোরদোভাদগী সপ্লাই লাকই। ফাওরবা মাতাদোর (ষনবু লাক্লবা মী) এল কোরদোবাসনচিংবা শান্নরোয় কয়াগী পোক্লফমসু কোরদোভানি। বুলফাইট হায়বসি শা-ষনগী থৌরমনি। ষন অদুবু ৱাহনবা মখৈ ৱাহল্লগা অরোইবদা থাংশাংনা থিল্লগা হাৎপী শান্নবনি। মসি য়েংবগী থৌনা ৱাৎলি ঐগী। সতোসিদি হুই খোংলদুনা

ঙসিগী মেটিনি শে।। ওইনা উৎপা বুলফাইট অদু য়েংবা চৎখি। হাযবম্মী -'হাৎন-শুনবা অসিগুম্বা হিংচা-য়াইতম্বগী মবক্তসু নুঙাইবা ফাওহনবা ঙম্বা বস অমদি লৈকো'। সতোসিগী ব্রা তাবদুদা কোকনিশিংনা ঙাঙবা ইংবাজিগী অকাম-অপেৎ ব্রাহে খবা ঐনা মুকুম-মকুম শোল্লি। - 'শাউবা মতমদা অকামবা লোন শীজিন্নবসিসু নুঙাইবা মখল অমনি,' সতোসিনা নাকচেক্তা ফুরকই। অকাম-অপেৎ ঙাঙবসে বিদুবনদি নোংমা হাযখি- 'লোনগে খঙবা ব্রাৎপা মীনতা খবা হেক হেন্না শীজিন্নবনি। বন্ধুদি লোনগে খঙবা য়াম্না ব্রাৎলিকো'।

মাদ্রিদ য়ৌরগা অমুকসু লাস্ ভেন্টেস বুল-রিংদা প্রোফেসনেল মাতাদোরশিংগী কুম্মৈ অদুসু য়েংবা চৎখি সতোসি। 'কোরদোভাগীসিদি মাতাদোর ফম য়ৌদ্রিবা টোরেরোশিং ঙাক্তনি, অঙাংগী খেলানি।' তর্কদা মানা চুল্লবসু ঐগী পুক্নীংনদি য়াখিদে। 'শোনী তকশি শোঙ্গনি। স্পেইন চৎলুরগা বুলফাইট য়েংদবা হৌনদে, কোম্প্রান্দো আমিগো (খঙব্রা মরূপ)' নৌনা তমজবা স্পেনিস ব্রাহে অসি হায়রল্লগা চৎখি।

হোটেলদা থুংদে ঐখোয়। মরমদি ঙসিমক নুমিদাংগী ত্রেনদা মাদ্রিদ চৎকনি। অদুনা রেল ষ্টেশনগী লোকর অমদা নম্বো-থাবো থল্লগা বেঞ্চ অমদা ঐদি উইরি। অদুবু তূম্মীংবদি পোক্তে। কিহোম মহী অমা লৈরগা মদু থক্ল-থক্লা কোরদোভাগী লৈরক-খুলক শল্লগা মুর সুলতান অবদর রহমান ১বনা শারম্বা 'লা মেসকুইটা' য়েংবা চৎলি। মসি মুসলিমশিংগী মসজিদনি। ওহ্নোক্লা চংখোল্লা শাবা মসজিদ অসি পৃথিবীগী চাউরবা মসজিদশিংগী মনূংদা অমনি। য়ুংলিবা য়ূম্বী লোয়নমক মার্বল নূংগীনি। য়ূম্বী কয়ানো মশিঙ লাকপা ঙমখিদে। স্পেইনদা লৈরিবা আর্কিটেক্টকী খুদমশিং উরগা মুগলশিংনা মতৌ তমদুনা তাজমহলনচিংবা ফুরা-দলানকা শাখিব্রা হায়নসু খল্লি।

মাদ্রিদকী ঐনা খ্বাইদগী নুংশিবা অমনা মাগী বেল ষ্টেশনগী মিং অদুনি। 'অতোচা' কৌই। মৈতৈগী ওইবা মিং মাল্লুরে অহানবদা।

জুন-জুলাইদা মাদ্রিদ য়াম্না শাই। খাংবদা ব্রাবা জাৎনি। অদুগীসু মথক্তা যুবোপকী সহর খুদিংদা অচৌ-অচৌবা তুরেল লৈবদু মাদ্রিদতা লৈতে। ত্রাফিক্তি কলকতামক্কি। ক্রিক-ক্রিক ইন্নে। লম্বী থোংসু য়াম্না খুই। অয়াম্বা মী ইমুংগী মপানদা মতম লেল্লি। চাকসু থেঙনা চানৈ। অথেংবা অহীংদসু চখোক চৎশিনগী লোইবা লৈতে।

মাদ্রিদতা ঐগী স্মৃতি হায়ববু এল রেটিরো পার্ককী নাপী মথক্তা ব্রামল্লদুনা তূমথোক্লুবা মতমদা পুলিসনা ঐগী নীংদা বেটোন্না থিল্লগা হৌদোবকপা অদুনি। খঙদে ঐসে গঞ্জা বেপারি মাল্লুরব্রা! ঐগী আই ডি অদু য়েংলগা হোই-মাই করিমত্তা হায়রমদনা চৎখি। ঐনা খঙজবদা ইংলন্ডগী পুলিসনা খ্বাইদগী ব্যাবহার ফজব্রা! নোংমৈ, পিস্টোল পায়দে। ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ লুই। লাওথবী,চৈথবী, ধমকাবী, শেখবী তৌদে কনাদসু।



(নিংগৌ কোনুং) গী কন্‌পাউন্দ, ওস্লো, নোরবে।

স্পেনিসশিংনা মাদ্রিদপু য়াম্না পামজবদগী হায়নবী অমা লৈ- 'স্বর্গদা থোঙনাউ মচা অমা ফাৎপদু মাদ্রিদ য়েংনবগীদমক্কি'। কনানা স্বর্গদা থোঙ মচা অমা ফাৎলম্মী কনামত্তা খঙদে। মতম খরগী মতূংদা মাদ্রিদতা সতোসিগা ঐগা কায়নবে। মাদ্রিদকী নেসনেল পেলেস হায়বা অবিবা মতমগী লানগী খুৎশু খুৎলাই থম্বা ম্যুজিম অদুদা মহাক্কা খঙনখিবা স্পেনিস নূপীমচা অমগা লোয়ননা জিব্রাল্টর লাল্লগা মোরোক্কো তম্না চৎখি। নুপীমচা অদুগী মমিং ঐগী দাইরিদা অসুম্না লৈ- 'মার্খিদিস্ য়ামাজরেজ, ফুয়েৰ্টে'। মার্খিদির্সকী এম্বিসন মচা অমা লৈ।

- "সতোসিগা ঐখোয় অনী পূল্লগা পৃথিবীগী লোন খুদিংদগী 'আই লভ য়ু' হায়বদুগী ৱাহৈশিং খোমগৎলগা লাইরিক ফোঙগনি। লোল কুন্থারোমদি লৈরে নঙগী লোনদনা কবম্না হায়বা?"

- 'ঐনা নঙবু নুংশি'।

- 'তে কিয়েরো।'

ঐনা স্পেনিসতা করম্না হায় হংদ্রিঙৈদা হান্না মহাক্না নোকমি-নোকমি হায়রকই।

দোলোসু কাযনবে, সতোসিনিসু চৎখ্রে। ইচিল ইনাও, মরূপ-মপাঙ কযাদগীসু লাপথোক্লে। লাইবক্তা কাযন থুংনদবগী শরুক্তা ওইহৌবে ঐগীদি। ঐগী মথোঙ-মবম খঙদ্রবা খোঙচৎ অসিনসু মখোযগা অমুক হন্না উনগনি হাযবগী আশা লৈবা উদ্রে। মাগী -মাগী বাখলনা চিংদুনা তোঙান তোঙানবা লম্বীদা চৎনখ্রবা ঙাক্তনি।

লৈখম চৎনম মৎনম খঙদ্রবা অবা অনা কযাগী চৈথেং নংলিবা ঐভোনদা কাযনবে। অবনবা খাঙবসে হৈনবীসু ওইরবে কবমদি তৌগনি।

অদবু বিদুৎনাদ নোংমা হাযখি,

> ‘বন্ধু, পৃথিবীসি মতৃম তাবনি, লেপ্তনবু চৎলবদি নোংমদি ষ্টাবটিং পৌইন্টতা অমুক হল্লকপা শোযদ্রবনি। শিদবতা লাই খুবম্মু। ঐখোয অমুক হন্না উনখিনি। কবিগুম্বদা হকথেংমনা উনহৌদবা থোক্লবসু ব্রাখলগী জগৎতা শোযদনা উনসি। ব্রাখল হাযবসে অবিবা লাইশঙদগীসু হেন্না লিববা নীংশিংবগী খুদমনি। শিদ্রি ফাওবদা মৎপা লৈবোই।’



নোটবডাম কেথিদ্রেল মনূংদা মোম্বর্তিশিং



জপানিজ ফিল্মগী মমিং চৎলবা হিবো হিদেযাকি নিতানিগা লেযেননা নেশ্নল আর্কিওলজিকল ম্যুজিয়ম, এথেন্স, গ্রীসকী মমাঙদা।





খোঙচৎকী খোঙলোয খবগা মাদ্রিদতা।

...শোণীগা চৎমিন্নবা অমত্তা ঙাওদবা লৈতে। শোণীগী হাযববু মদুনি। শোণীগী লাইবিক পাকববদা ডাঃ তোম্বীফাওবা ইঙাও ঙাওবকই শোণীদৌনা ঙাওদুনা চৎনিঙই হাযবকই ।...

**- অমরগী চিঠি, পোক্লফম, জুলাই ১৩, ১৯৯৯।**

...লাইবিক অসি পাবগা ঐনা শোণীদা হংজবি - ... নহানমখৈ নহাক অসুক কুইনা তূমিন্না লৈকববগী মবম কবিগীনো? ... তশেংনমক, লাইবিক অসি সাহিত্যগী মহাও লৈবা, অনৌবা খুৎই অমনি।

**-চুম্না য়েংবা নোংমাই পণ্ডিত, পোক্লফম, আগষ্ট ৯, ১৯৯৯।**

... খ্বাইদগী নুংঙাইবা অদৃগা ঙক্লসু থোকপা পোৎতি হন্দক্কী মাগী খোঙচৎ অসিনি, মণিপুবি সাহিত্যদা লৈচল অমা ওইনা পাববু হৌকববদি লেপ্লিংদবা লাইবিক অমা ফোঙলম্বসিনি।...

**-লাই ইমো, চইযেনু লানপাউ, ২১-৮-৯৯।**